# নোংদি তারকখিদরে

কৈশাম প্রিয়োকুমার



রাইটর্স ফোরম
ইম্ফাল

**Nongdi Tarakkhidare**

a collection of Manipuri short stories

by Keisham Priyokumar

Imphal, 1995




অহানবা ফোঙবা ঃ মার্চ্চ, ১৯৯৫

*অফোঙবা ঃ*

রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক **লাইশ্রম নন্দকিশ্বর সিংহ,**

বিজোয় গোবিন্দ, ইম্ফালনা ফোঙবা।

নম্বা ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স (কম্প্যুটরাইজ)

পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

মখুম ঃ বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম

মমল ঃ লুপা ৩৫/-


**অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ**

১। *অরাওবা পুন্সি* (১৯৭৩)

২। *ঐখোয়' য়ুম্লোন্নবা* (১৯৯০)

মখোয়নদি খঙবিদনা মখোয়গী অন্না নুংঙাই, পুন্সি মরক্তা ওন-থোইনা
লেনমিন্নখিবা মণিপুরগী খুন্সংখুনয়াগী খুঞ্জাশিংদা লাইরিক অসি কৎপাকচে ॥

# ফোরম্‌গী মায়কৈদ্‌গী

খৃষ্ট চহী ১৯৮৮ দগী হৌজিক্‌ ফাওবদ ফোরমন থম্‌লক্‌প লাইরিক্‌ ফোঙবগী পান্‌দম্‌ মখাদ পূন্ন লাইরিক্‌ ৩০ ফোঙ্‌জখ্রে। অতোপ্প ৭ অমসু ফোঙ্‌ননব সেন্‌থং পীজখ্রে। মগুণ্‌ লৈব সাহিত্যগী পোৎথোক্‌সিং মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্‌কৈদা হাপ্‌চিনজবগী পান্‌দমদ ৩১ সুব লাইরিক্‌সি খূদোল্‌ তম্‌জরি।

মণিপুরী অয়াম্‌ব অইবসিংন য়াওরব, অমগ অমগ মতেং পাংনরগ লাইরিক্‌ ফোঙ্‌নব হোৎনজরিব অইবসিংগী মরূপ্‌ অসিনি অইব/অইবী ৩০ গী সৈরেং লাইরিক ১৪, ৱারীমচা ৯, ৱারেং ৩, দ্রামা ১ অমদি উপন্যাস্‌ ৩ পুথোকচখ্রে। হন্দক্‌ পুথোক্‌চরিব কৈসাম প্রিয়োকুমারগী ৱারীমচা – "নোংদি তারক্‌খিদরে" অসিন ঐখোযগী ৩১ সুব খূদোল্‌নি।

অইবন ফোঙব ঙম্‌দবগী অৱাবসি কোক্‌হন্নব মরূপ্‌নি, সেন্‌দোং তান্নব নত্তে, সাহিত্যগী পোৎথোক্‌ পুথোক্‌মিন্নবনি। অদুন লাইরিক্‌ অসি ফোরমগী মায়কৈদগী চাউথোক্‌চবগ লোয়নন মীয়ামদ লানথোক্‌চরি।

দিলিপ্‌ ময়েংবম্‌

*জেনরেল্‌ সেক্রেতরী*

রাইটরস্‌ ফোরম্‌, ইম্‌ফাল্‌

ইম্‌ফাল্‌

তাং ১৩। ২। ৯৫

# অইবগী ৱাহৈ খরদং

হন্দক পুথোকচরিবা লাইরিক অসিনা ঐগী অহুমশুবা ৱারীমচাশিংগী খোমজিনবা লাইরিক্নি। ইং ১৯৯১ দগী ইং ১৯৯৪গী নভেম্বর থা ফাওবদা ইখিবশিংদগী লৌখৎচবনি। সমাজ অসিনা পীরিবা নে-তাদবা পুন্সি খুৎহিং, নুংগী চয়েৎনবা, বিজ্ঞানগী খোংজেলসিনা হিংবদা অচৌবা চৈফু অমা ওইরক্লবা ঐখোয়গী য়াম্না তমঙমদবা পুন্সিগী মশক পুন্নমকশিং হৌজিক্কি মতমগী অইবশিংনা ফোঙদোক্লবা হোৎনরি। মখোয়গী নুংগী ওইবা মশক অমদি ৱাখলগা মপান্থোংগী ওইবা মশকশিংগা মুক্লবা য়েৎনবা কয়াদগী তোপ তোপ্পা কলাগী মশক অমা চোংথোরকই। হান্নগী লৌনরম্বা কনসেপ্ত অদুদগী হোংলক্নুনা সাহিত্যসু লোইনাইদ্রবা খোঙচৎ অমা ওইরক্নি। অদুগা সাহিত্যবু য়াম্না সেরিয়স ওইনা য়েংনরি। মপান্থোংগী ওইবা সমাজগী মশক খরা উৎপখক্তংনা অফবা কলাগী পোৎথোক ওইনা লৌনরক্লে। মীৎয়েং অসিদগী ঐখোয়গী মণিপুরী সাহিত্যগী অইবশিংগী খুৎইদসু অহোংবা কয়া লাক্নি। ৱারীমচাগী কলা অসিদসু নুংগী ওইবা মশক কয়া ফোঙদোক্লবা হোৎনবদা অনৌবা খুৎফোঙদোক কযাগী মশক উরক্নি। ফজবা ৱারীমচা কয়া ইনরক্নি। মসি চাংয়েং (এক্সপরিমেন্ট) নত্তে। মতম অসিনা পীরকপা মতোমতা থোকচরকপা কলাগী মশক অমনি। খোঙচৎনি।

অদুনা ঐহাকসু লাইরিকসি ফোঙলমদাইদা হেক্তা খল্লকই – কলা অমবু সেরিয়স ওইনা য়েংনরবা মতম অসিদা ঐগী ৱারীমচাগী মফম কদায়দা লৈগদগে? ঐনা সমাজ অসিবু, পুন্সিবু কদায়ফাওবা মনুং হুঞ্জিন্না, পাকশন্না উবা ঙমলবগে? নুংদা ফাওরিবা খুদিংবু কয়া য়াম্না ফোঙদোকপা ঙম্লবগে হায়বসি তত্তনা খল্লকই। ইরুরবা মতুংদা পামলক্তে। মসিগী অৱাবা অসিমদি অদুম মায়পুননা ইখি অমদি ফোঙদোকলি। মণিপুরগী খুঙ্গং খুনয়াশিং (মরু ওইনা মণিপুরগী মখা মায়কৈ) দা ঐহাকনা থেংনজরকপা, উজরকপা মপান্থোংগী ওইবা খুঙ্গংগী পুন্সি অমদি ইচম চম্না হিংলিবা তোল্ল তারবশিংগী পুন্সিদা ঐগী পুন্সি শরুক খরা য়াজরুবতনি। মখোয়গী নুংগী ওইবা মশকশিংদি কদায়ফাওবা ঐনা উরবগে হায়বদি খঙজবা ঙমদে। ইচম

চম্ন মপানগী ওইবা খরতনি। অদুবু মখোয়না ঐগী থম্মোইবু হেক হেক লৈতাহন্দে। ঐগী পুন্সি মখোয়দা হেক হেক তিনশিনবগুম তৌই। মসিমদি থম্মোইগী শেংলবা ৱানি।

'খুঙ্গং থাদোকপা' 'শকখঙবিখিদ্রবা পুন্সি' 'মৈশা' হায়রিবা ৱারীমচা অহুম অসি মণিপুরগী মখা মায়কৈগী ঈশিং ইচাওনচিংবা অৱাব মায়োক্লরিবা অমদি খুঙ্গংগী পুন্সি খূৎহিংদা য়ুমফম ওইরগা উপন্যাস অমা ইগে খন্দুনা সিপনোসিস ওইনা ইবদগী ৱারীমচা ওস্লোকখিবনি। অদুনা ৱারীমচাশিং অসিদা য়াম্লা মান্নবা মশক অমা থেংনবিগনি। অদুগা ৱারীমচা খরদনা পুক্লিং ইহুন্না হেনখিদুনা ৱারীমচাগী চোকশিনবা ৱাৎপগী মশকসু য়াওদবা নত্তে। মসি খুদিংমক ঐগী অশোনবনি। মনুস্কৃপ ওইনা লৈরিঙৈ ঐগী মরুপ য়ুম্নেম্বম ইবোমচা অমসুং রাজকুমার ৱোজেন্দ্রগী শেমদোক্লবগী সজেসন কয়া ফংখি। অদুবু পাওতাকতমক লৌশিঙ্গরগা খূৎ ওইনা থাখিদবগী-দমক্তি নুংঙাইতবা অমা লৈজহৌরে। মরুপ অনিগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। অদুগা মশাগী অচিনবা কয়া কায়থোকপিদুনা লাইরিক মখূম য়েকপিরিবা (মশাগী লাইরিক্তি মখূমফাওবা মীঙোন্দা য়েকহল্লবা) শক্লাইরবা অইবা অমসু ওইরিবা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেমগী মফমদদি লমন অমা তোনশিঙ্গরবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারী মচা তরামুক্তি অকাশবাণি ইম্ফালদা পাথোকখ্রবনি। অমুক হন্না ফোঙবা য়াহনবীবগীদমকসু মরী লৈনবা ওথোরিতিবু থাগৎচরি। শরতচান্দ থিয়াম, রাজকুমার ভূবনস্নানা লাইরিক অসিবু পুথোক্লবা হোৎনবিবদা তেংবাংবিবগীদমক্তসু কাউজরোই। লাইরিক অসিগী মমিং থোনফম খঙদনা লৈবদগী দিলিপ ময়েংবমনা নমদুনা মমিং অসিবু থোলহনবিবগীদমকসু থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু ফোঙহনবিরিবা রাইটরস ফোরম, ইম্ফালগী মেম্বরসিং অমদি পদ্মা প্রিন্টর্সকী ইচিন ইনাওশিংবু থাগৎচরি।

কৈশাম প্রিয়োকুমার

ইম্ফাল

তাং ২৭/২/৯৫

তেরা কৈথেল, খুরাইজম লৈকাই

ইম্ফাল

# য়াওরিবশিং


অমন্বা ১
মৈশা ৭
ঈশিংখোংগী ৱারী—২ ১৪
শকখণ্ডবিখিদ্রবা পুন্সি ২০
কনাগী মায়য়োক্তনো ২৬
ইজ্জৎ ২৯
স্বর্গ অমসুং নরক্কী খোঙচৎ ৩৪
খুঙ্গং থাদোকপা ৪০
নোংঙ্খাংনা মুৎখিবা ৪৬
থা অমসুং রাহু ৫৩
গ্রহগী দশা ৫৮
করিগী উচেকনা পাইখিদ্রিবা ৬২
লাংদা থুবা ৬৯
মৈঙাল ৭৭
মহৌশাগী অহোংবা ৮৪
নোংদি তারকখিদরে ৮৯
মপৃং ফাখিদ্রবা লীলা ৯৯
ভাবনা শাগৎপা ৱারী ১০৮




# অমম্বা

দ্বিপানিতা নুমিৎনি।

থোঙজিন্দা মোমবর্তি অমগা কবোক খোয়দুম অমত্তংগনি লাইদা কৎচরিবা। হৌজিক্তা লিরি লিরি চাক্লম্বা মোমবর্তি, মনম নুংশিরবা ধূপ লোইনমক তুমখরে। যূম্লোন কৈরোন্নবশিংদা থাল্লম্বা থাউমৈ পরেং পরেং, নিল্লম্বা লাঙলম্বা পূম্বা তাকখরে। অমম্বা থাশিগী অহীংনা তাইবংপান কুপশিল্লক্লে। ঙৈহাক্কী মমাঙদা মৈঙালগী ফজরবা তাইবংপান অমা লৈরম্মি হায়বগী খুদম অমত্তসু লৈখিদরে। অমম্বা মরক্তা মাঙ্গোলগী উখোক্তেন্দা ঙাদুনা অঙৌবী তুমিন্না ফম্রি। অমম্বা মরক্তা।

(১)

'নোংনা ফূবদা ফক্লাং অসি খরা নিঙখায়বতনি। কোত অসি করিসু তৌদ্রিবনিসে। মসিবু হেক শীদোকপা হায়বসি পাম্মুদ্রনে? হা, করি হায়বগে কুলবিধু ?'

'অচুম্বনি তাইবুঙো। করিগী শীদোকউগদগে। অসুক চাউখ্রবা অসুক ফরিবা কোত অসিবু।'

'হয়েং হংচিত্তা মঙাইরে ফৌদি কারক্কদবা। অদো, লক্ষ্মী পূজা নংনবা মসিমা নঙনা ব্লাই তৈথোকপা তাবা।'

'ফগনি তাইবুঙো, হৌজিকমক হৌজরগদবনি।'

কুলবিধু খুম্বফাও লোইফাৎত্রি। মখূৎনা চেকখায়রবা ফক্লাংগী লৈবাক্তু লৌথোকপা হৌরকই। ফক্লাং ব্লাই অতৈমন ঙাঙনবগী দরকার ওইদে। হন্দক থা অমরোমসিদি কহ্নাইখোয়গী ইমুংগী থবক মচা মচাদা তৌদুনা লাক্লবনি। লৈপললনাবগী, উখোঙ শিন্দোকপগী, ইমুংগী শুনু হাইবগী অসিনচিংবা। হন্দকমুক মখূৎ হাঙদনা থবক ফংবা লৈখিদে। মহাক খঙঙি ইনাকখুনবগী মতিক কহ্নাইমুক লিকপসু লৈতে। লিকপদা মখোয় লৈকাইদা মমিং চৎলিবনি। খূৎশুমনগী মতাংদদি

মানা লৌনিংলিবদুদগী খরমখৈদি তারক্কনি হায়বা কুলবিধু খঙদবা নত্তে। অদুবু থবক্কী তাঞ্জা অদুদি মহাক নাম্থোকহন্নিংদে।

অয়ুক চাকচা মাঙদা মপান থংবা ফক্লাংগী লৈবাক ময়ামদুমা লৌথোকপা লোইরে। লৈবাকশিংদু তাশিল্লি। লৈপী ওইনবা ঈশিং হৈজিল্লি। হিয়াঙ্গৈ থাগী ঈংলক্লবা মতম ওইদুনসু ময়াংলেন্দা কুলবিধু হুমাং মরিক মরিক কারকই। মশাদু ইচোক চোকথৈ। অয়ুক্তা চাঙাং অমত্তনি থকখিবা হায়বা নীংশিংলকই।

লূপা কুনখক্তং কহ্নাইদগী কুইনা তকনরবা মতুংদা লৌরকই। য়ূমদা চঙদদুনা তোমালগী য়ূমদা হাইজিল্লি। য়ু য়োনফমদা। নুংথিল পোবোপসিদা মখোয় লৈকাইগী অহল ওইরবা য়াইমা য়ুনা লেকথদুনা লৈরম্মী। মাদা নত্তে মী কয়াসুনি। মখোয়গী মরক্তা তোমচৌ য়াওরি। মরক মবক্তা মাগা থবক হেক হেক শূম্নিন্নবা। অহানবদা গিলাস অমত্তংনি কুলবিধুনা থকপা। চৎলগে খল্লুববনি। করি ৱাখলদগীনো খঙদে অমদু থকখ্রবা মতুংদগী গিলাস তরা। চানবসু য়াওদে। মশাদু ইপঙ পঙথবকই।

‘বস, সিমঙাইদনা। মপা কনাগী মবলনা থকপা নত্তে। ইশাগী হুমাং মমলনা থকপনি।’

‘তাকুলবিধু লূপা অনীদংগী লানবীরম্মু।’ তোমচৌনা হায়জরকই।

‘লাল্লোই, কবিগী লালগনি। নঙনা কহ্নাইগীদা থবক শূবা ইকাই। ইনাকখুনবা ইমুংগীদা অমোৎ-অকায়গী থবক শূবা ইকাইবা নঙোন্দা কবিগী হিদাক লালগদৌরিবনো?’

‘ৱাজাও ঙাঙবদুদা তানিংদা তৌবনি। লিকসু লিকখরে হায়বনি।’

‘অদো, মঙোন্দগীদি ঐখোয় নিদে। লেম্রা পৈশা লৌগেদি হায়দেদনা। নঙ থবক শূবা য়াওনিদা হায়য়ু গিলাস অনিতা নত্তে – গিলাস অহুম।’

গিলাস অহুমগী ৱা পল্লকপদা তোমচৌদু ৱাখল হায়ফেৎ খল্লকই। খুদোংচাবসু নাম্থোকহন্নিংদে। থবক শূনিংদ্রবসু গিলাস অহুমদুগীদমক মহাক য়ারে। মখা তাবদি কোন্না লাক্কনি খল্লকই।

‘বস, অদুনিদনা। গিলাস অহুম অমুক্তদা থকউ।’

লূপা অনী অনী পীবা গিলাস অহুমদু তোমচৌ য়াম্না খৌরাংলবা মীওম্না অমুক অমুক্তা চিংশিল্লি। কুলবিধুসু থকচিল্লি। মরোলদু ইফাই ফাইনা হায়রকই –

‘সিমুক নুংঙাইবসিবু কদায়দগী কোৎলুনি। পৈশা পায়জরবসু কহ্নাইনা ঐখোয়মুক নুংঙাইবা ঙম্লমগদ্রনে?’

হায়না হায়না কুলবিধু ফক অমা থারিবদুদা হিপথরকই। করিনো খরসু মরোল লৌবা য়াদবমখৈ মুরুম মুরুম শোন্নকই। অদুদগী অশিবগুম্না মখোল থোক্তব-মখৈ য়ুগী নেশানা নম্থরকই। তোমচৌনা ফনা মশা পায়দুনা হৌদোকই। করিমত্তা মচী লেঙদে। কুলবিধুগী খুঁদে মচীদা চেৎনা কিরিবা লুপা কুন চৎপীদু লৌথোক্লগা তোমালদা পীরম্লগা মখোঙ কারল চন্না থোকখরে। হৌজিক্তি য়ু থক্লম্বশিং অমমম অনীনি থোকখিদুনা কনাসু লৈহৌদরে। কুলবিধুদংদি ময়ুমগুম্না তুমহৌরি।

(২)

লুখাক কোম অমদি অমাংশঙগী মুশুক মুরবা মচুম্না অরৎপা লৈতনা চেম্থবকই। নমখিখ্রবা মনমদু কুলবিধুদা ইফাও ফাওদবগুম তৌই। মখুৎনা লৈবাক খরা পেকখৎলগা চেনথবক্লিবা মচুমদু মেনলি। অদুগা খোংবান মচাদু তৌদুনা লৈপল নারকই। মচিন্দা চুপলিবা বিড়িদুদি ঙসাইনা মৈ মুৎখ্রবনি। অদুবু মচিন্দা অদুম চুপ্লি।

লৈবাক অদু তৌনা তৌনা দুকানগী পোৎ শোৎপগী হিসাব পাই। বাকী শিংদবা থা অনী হেল্লবনি। দুকান্দাব উদনবা থৈদুনা চৎলকপা কুইরে। হন্দক্তি শিংদোক্লগে খল্লকই। খুৎশুমন অসি হেক ফংবগা। মীগী মরল তোনবসি কাংখদা লিল চঙবগা মান্নবগুম খল্লকই।

অদুগা লৈবাক অদু তৌনা তৌনা তোমচৌবুসু নীংশিংলকই। শাউনিংলকই। থবক শূবা য়াওনবা হায়বনি। অদুবু তোমচৌ য়াখিদে। মহেন্দ্রগীদা থবক শূবা মহাক তশেংনা ইকাই। ইকাইবগী মবম হায়ববু অঙাং ওইরিঙৈদগী মহেন্দ্রগা তোমচৌগা লাইবিক তম্মিন্নবকই অসিদনি। মসিদনি কুলবিধুনা খ্বাইদগী শাউনিংলিবা। খল্লকই মহাকনা রাদনা কনানা রাগনি। মতোমতা শোনখি— 'ইজ্জৎ য়েংবা নঙনা নংদনা কনানা নংগনি?'

'তা কুলবিধু, নতোমতা মুরুম মুরুম শোন্নিবদু করিনো?' মহেন্দ্রনি। মনাক্তা চঙলক্লনা লেপলম্বদু মহাক খঙহৌদে।

'ঙাওবা তম্লিবনি। লাইররবদি ঙাওরকইদনা।'

নিঙাইবা লৈতনা কুলবিধু মচিনদা শৎ হায়দোরকই। মখা তারকই –

'অসিগুম্বা থবকসিবু শূবিনবা মীদি তাঙবনিদা। চেম্থরকইবা মচুমসে উবিরেদনা। মনমসু ফাওবিরমগনি?'

মহেন্দ্রদু খুম্ফম খণ্ডদে। করিনুংগী কুলবিধুগী মনাক্তা চণ্ডজরকপনো খল্লকই। করি করিনো খরা মানা থোকপা ঙাংলম্লগা অদুম্মক থোকখরে। কুলবিধু মতোমতা অমুক থবক শূরকই। য়োৎলৈ অমগী মথংদা য়োৎলৈ অমা থাদুনা লৈপল নারকই।

ঙৈহাক লৈরগদি পল অদু নীংখায়রক্তুনা মুশিন মুরবা মচুমশিং অদো চেম্থরকই। অদুদা নত্তে। ইফুৎ কয়াসু ফাওরকই। ঙৈহাক খঞ্জানৈ। অদুবু থংনবা মীৎকুপ্তদি লিৎলিবা মোজা ফুরিৎতু লৌথোকই। মোজা ফুরিৎতুনা কোশেৎ ওইনা য়েৎশিল্লগা মচুম মরক্তা লৈবাক্তু অমুক তৌরকই। অতৌ-খুদিংগী চোংখৎলকপা নমথিখ্রবা মুশিন মুবা মরিকশিং অদুনা মশাদগী হেন্দোক্তুনা মমায় মমীৎ পূম্বা লুপলকই। অদুগা মখূৎ অনীদুনা লৈনাং তারবা লৈবাক্তু পেকখৎতুনা লৈপল নারকই।

(৩)

ঙসিদি দ্বিপানিতা নুমিৎনি।

কুলবিধু থবক ঙল্লপ থাই। মচা অহুমদুদা মোমবর্তি লৈরক্কনি হায়রম্মী। অদুগা হংচিৎ নিংঙোল চাক্কৌবা নুমিত্তা চানবা হয়েং কৈথেলদগী ঙা লৈরুসিসু হায়রম্মী। মহেন্দ্রদগী লুপা চাম্মা খক লৌরগা থোরক্লে। হিসাব কুপ্লা পারবা মতুংদা লুপা চাম্মদগী হেন্না পিরকউ য়াখিদে। কুলবিধু শাউদে। মঙোন্দা হেনজিন্দবগীদমক। কনানা মখোয়বু থাজবিগদগে খঞ্জে।

দুকান্দুদা কুলবিধু ঙসিদি ফল্লপ চণ্ডি। বাকী বয় ফাকহল্লি। লুপা চাম্মকুন্থ্রা লৈরম্মী। মানা খল্লম্বগা লৈরম্রিবা হিসাব অদুগা য়েংনবদা জ্ঞান হায়ফেৎ মাঙঙি। মাগী নুপীদসু থীনা থীনা ঙাংলক্লিবদু অসুক য়াম্বা শেলফম অসিননি খল্লকই।

'লুপা য়াম্খেতমক থমজরমগে। নোংম নীনীসিদা বাকী পূম্বা শিংগে।' ইতপ তপ্লা কুলবিধুনা হায়রকই।

'থা অনী শুরবনি। ঙসি পীগে হয়েং পীগে হায়দুনা লেল্লক্লিবসি কযামদি কুইরে। নখোয়না শোৎপদা দুকানসে মুত্তৌরে। কান্নদে নখূত্তা পায়রিঙৈ ঙসি লোইনা পীথোকলম্মু।'

শাউনা ঙাঙলকপা দুকান্দারগী ৱাহৈশিংদু কুলবিধু থোইনা নাচুংবা পোক্তে। অসিগুম্বা ৱাঙাং শাঙাংদি পুন্সিদা কয়ারক তারকলবনি। লুপা য়াম্খেখক্তা লৌহৌনবা তকশিল্লি। অদুবু ঙাংনবমখৈ ঙাঙনরগা উপায় লৈরক্তুদুনা লুপা হুমদ্রা পীরম্মী। অদুগা মোমবর্তি পেকেট অহুম অমগা অমুক শোৎচিল্লকই। মানা নুমিৎ নীনী

হৃন্নিদা শিংগনি হায়দুনা শোল্লন্নিবা লাই ময়ামদু নীংশিংলুরগা লম্বীদা চৎনা চৎনা কুলবিধু নোকনিংলকই।

দুকান্দুদগী পংলাপপু লাপ্পা চৎত্রিঙৈ তোমচৌগা হেক থেঙনৈ। কুলবিধুবু উরকপদা তোমচৌদু আশা অমা উরকপগুম হায়রকই –

'তা কুলবিধু ঐ হয়েংদগী সত্য,মহেন্দ্রগী থবক য়াওরগে। অদো ঙসিদি খরচ খিত্তা তৌবিরম্মু।'

'নঙ তাইঙো কহ্নাইগীদসু অদুম্না হেক হায়রগা মরাক্তে। অদুগীসু মথক্তা ঙসিদি লাইগী নুমিৎনি তোকলসি। অঙাংশিংগী মোমবর্তিসু লৈরকলিসিনি।'

'অদো, কুইগুমসেবা। গিলাস অনীখক্তং। ননাও মথংদা তৌজগেবা।'

তোমচৌনা তকশিল্লকপদুদা কুলবিধু নাম্নোকপা ঙমদরে। ফনা নুংশিরোই খনবনি। অদুবু কদাইদগীনো মরী অমনা পুনবগুম হেক হেক তৌই। তোমচৌগী পুন্সিদা করিনো মফম খঙদবা মাগী পুন্সি শরুক অমা য়াওবগুম খল্লকই। নিংথমথা ওইরকপগী নুমিৎনা নোংচুপ চীংয়া পকশিল্লক্লে। অঙাংবা নোংজাবীগী মচুগা লোয়ননা।

অহীং অসি কয়াম থেঙলবা খঙদে। মাঙ্গোলগী উখোকতেন্দা ঙাদুনা উইরোল উইবোল তৌরম্বদগী মপুবোইবনা করি করিনো ঙাংলদুনা চঙলকপদা অঙৌবী মীৎকপ থোকই। অমম্বা অহীং ওইদুনসু য়ুম্লোন্নবগী থোংনাওদগী থোরকপা থাউমৈগী মঙালদা কুলবিধু তুরোই ঙাম্লোই চঙলক্লীবদু উরকই। অঙৌবীবু উবরা উদবরা খঙদে ইমুংলোমদা মশাদু হায়রং তুরং চঙখি।

'অয়ুক অঙনবদগী থোকখিবদু অসুম হায়না মনম চেল্লগা অথেঙবদা হল্লক্লবনিনে?'

থৌদোক অসি অনৌবা নত্রবসু তপ্পা অঙৌবীনা হায়রকই।

'নঙগীসিবু ব্লারকলিবা হায়দুরা?'

'ব্লারকচদে। অঙাংশিংগী খবা খনবীয়ু হায়বনি।'

'অঙাংশিং –' হায়রুবগা ফুরিৎ খাও মারকই। কাংথোন্দা ফল্লম্বদগী তুবোই ঙাম্লোই হৌগৎলগা মশা পুম্বা কোয়মা মারকই।

'করিনো থিরিদুনা?'

'মোমবর্তি। ঙসাই ঐবু মোমবর্তি লৈরকখিবগুম তৌবনি। ইচাশিংনা তপ্পনিনে।

লাইদি মল্লা লৌদে। মখোয়দি ইনাকখুনবগীনি। লাইরবা ঐখোয়গীদি লাই লৈতে। অদো মোমবর্তিদুবু. . .।'

লৈয়েং ইফাই ফাইরদুনা মুরুম-মুরুম শোল্লকই।

'অথেঙবা অহীংসিদা মোমবর্তিনা কৈদৌনদৌরিনো? অঙাংমখৈ তৃমখরে। চাকফাও চাদবমখৈ মোমবর্তি লৈরক্কনি ঙাইরম্বনি।'

হায়না হায়না অঙৌবী শাউনিংবা অমসু পোকলকই। মচাশিংদুনা য়ুম্লোন কৈরোন্নবগী অঙাংশিংনা হরাও তয়াম থাউমৈ পরেং থানবদু উরগা তুফক তুফাই চন্না কোম্লোংদা মপা হল্লকপা ঙাইরম্বদু নীংশিংলুরগা মপূক্কিং নুংশিরকই। মমীৎতগী পি মরিক অমা অনী তাখিবগুম তৌই।

'অঙাংশিং হৌদোকউ। চাক চাগনি। মোমবর্তি থানগনি। নহাক হৌজিকমক মোমবর্তি লৈরুচো। হৌজিকমক. . .'

ফুরিৎ খাওদগী অনী চৎপী তংখায় তারবা অমা লৌথোকলকই। অতৈ কোয়মা মাই। মদুদগী হেন্না য়াওদরে। শেগায়রবা অনী চৎপীদু অঙৌবীদা লাক্কুনা লংশিল্লকই। অদুদগী মকোক অদু লেকথরকই। ফমজাও মথক্তা মশাদু লোংনা হায়থরকখি।

মচিন্দা মরোল খঙদবা খরা ঙাংলম্লগা অমুক্তং 'ওক' হায়রদুনা থকখিবা য়ু ময়ামদু ফমুং মথক্তা লোইনা কামথোরকই। হঞ্জিন হঞ্জিন হন্দোরকই। লময়ায়দা থাল্লম্বা থাওমৈ পোদোনসু অমুক্তং খংঙান ঙাল্লমলগা মুৎখরে। পূম্মম মমখরে ইমুংদো হৌজিক্তি।

মঙাল মচেৎ অমত্তা ফংদ্রবা ইমুং অদু হৌজিক্তি য়ু হন্দোরকপগী নমথিরবা মনমতনা থনখরে। ঙৈহাক্তংগী মমাঙদা ধূপ থাওমৈগী মনম্না ইমুং অদু থল্লম্মী হায়বগী খুদম অমত্তসু লৈতরে। নমথিখ্রবা অমম্বা মরক্তুদা তৌফম খঙদনা অঙৌবী কাংথোন মচিদা ফমদুনা লৈরি। কুলবিধুসু ফমুং মথক্তুদা হঞ্জিন হঞ্জিন হন্দোক্লি। য়াম্না ৱানা। অদুগা ফৈজুম হায়দোক্তুনা মচাশিংদুনা মমীৎ তরু তরু পাঙলি। অমম্বদা। চোক মোক লাউদ্রবা অহীংনা অশিবগুম য়াতারি। ○

*জনুয়ারি, ১৯৯১ ইং*

# মৈশা

নুমিৎনা কোকতোন কারক্লে। নুংশানা য়াক্লা শারি। চাওতোন মশা পুম্বা হুমাংনা পুম্লুপ লুপ্লী। উরুম খজিক্তং লাংবা মফম অমদা ফমদুনা বিড়ি মতেক অমা ফুরিৎখাউদগী লৌথোক্লুনা থকই। ইরাপ লাপ্তুনা মশু নুপীনা খংগ্রা, নাতোনচাবী পাম্বীশিং কোকথোং কোকথোং পুনশিনলিবদুদা য়েংই। অমুকসু থাং মচা অমনা কৃক কৃক ইন্ননা হৌরিবা পাম্বীশিংদু য়ানবা হৌরকই। ঙৈহাকতসু পোখাবা লৈতনা মশুনুপিনা অয়ুক্তগীনি মাগী মতেং পাঙলরিবা।

চাওতোন্না মমায়দা চেম্থরক্লিবা হুমাং মরিক-মরিকশিংদু খুদে মচিনা তৈথোক তৈথোক্লা খন্নকই শারিবা নুংশা খুৎশা অসিদদি নোংমনিনিসিদা নোংসু শোয়দনা চুরকলগনি। নোং তারক্তিঙৈদা চুজাক মরুশিং অসি হুনবা ঙমহৌগদ্রা? খল্লুবমক্তদা ফুক হৌগৎতুনা নুংচাক অমদি চেনবাক য়ান্নববা কল্লবা লৈবাক্তু অমুক তৌবা হৌরকই। লৌরাক অমরোমদি লোয়শিল্লকলবনি। লৌশেল অনিরোমতা ঙায়রবনি। ফনা পাক্লমবা লমনি। তুরেলনা অসুম লৈরাই চাশিনখিদুনা চহী খুদিংগী অসুম পিকশিল্লক্লে।

মরাল লৈজদবগুম্ চাউর চাউরবা নুংজাও মরক্তা নূরবা শংলবা ঈশিংনা লিরি লিরি ময়াইদা খজিক্তং চেললি। পাকলবা চকপী তুরেলগী খোঙনুংদা মাগী খুঙ্গং শেরৌ তন্না শেমলিবা লম্বীদুদা ইম্ফালদগী বসনা তপ্পা য়ৌথ্রিবদুসু য়োৎপাক অদু তৌনা তৌনা চাওতোন উরকই। ইংনা চিক্লা লৈরিবা তুরেল ব্রাংমগী তাম্নবা মাগী খুঙ্গংবুসু মিৎকুপ অমত্তং য়েংলুই। অদুদগী য়োৎলৈ অমদগী য়োৎলৈ অমা তৌবা হৌরকই।

'চাওতোন, নঙবু পাউসে তাদ্রিবরা?'

মাগী নাকন্দা য়ুম্রোন্নবা অহল ওইরবা তোমালনা চৈশু অমদা শৌরদুনা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

'অয়ুক্তগীনি চুজাক খরদং হুন্নবা হায়দুনা লৈরক্লিবা। করি পাউনো খুরা?'

'নারায়ন প্রসাদকী নুপীদু গুগনু তুরেলদা শিনা ফংলে হায়নে।'

চাওতোন পাউদু তাবদা ইঙক ঙকই। অদুবু থংনবা মিৎকুপ্তুদি অমুক

শাউনিংলকই। পাউ অসি তমদবা য়াদবগুম অহল ওইরবা তোমালনা মাগী ইংখোল তন্না লাকপদা। থম্মোইদা চৈনা অমা ফাওরকই। অমুকসু মখা তারকই –

'চুন্নবু শিবা নৎলমদে। বোরাখাওদা হাঞ্জিল্লগা তুরেলদা থাদরম্বনি। শুগনু পুলিসকিদা মীনা ফিঙৌ ফৌবগুম য়েংনহৌই। নারায়নসু লোৎখরে। থিবা খঙদ্রে হায়নহৌই.'

চাওতোন ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংদ্রে। মশাদু ইচোক চোকথবগুম তৌরকই। মশুনুপীনা পুন্সিন্দুনা থন্নিবা শীং কোকথোংশিংদু মকোক্তা থোঙ্গৎতুনা তপ্না ময়ুমলোমদা মখোং থাংবা হৌরকই। চাওতোলগী মতৌদুদা তোমালদু মথোই অমা কারকপগুম তৌই। মাসু হোবে হোবে চৈশু অদু শুরদুনা চাওতোনগী মতুং ইন্নরকই।

'ঐখোয়দি হিংববু তনশিল্লক্কদৌরি। নোংমা নোংমগী তাহৈ উহৈদবা ঙাক্তা থোকচিল্লক্রে। ঐখোয়না নহা ওইরিঙৈদদি খুঙ্গং অসিদা সিগুম্বা থৌদোক্তি লায়রদনা হুরান চিন্থি ফাওবা তৌরক্তে। কয়াদা ইংনা পাল্লম্বা।'

চাওতোন মিহুন দংদং চোংলকপগুম তৌই। মখা অমুক করি হায়থরকখিদবা খল্লকই। মশুনুপিনা মাংদা চেনখৎখিদুনা লূরবা ঈশিংদু ঋোবোম থন্না থক্লগা নুংলক্কী ঈশিংদা কুমদুনা শান্নরিবদুদা মুন্না য়েংলকই।

'ঙরাং নহাক্তা পোকখিবগুম খল্লি। নশুসে চাওরেকো?'

'হোই, খুরা।'

তপ্না খুম্মী। কুচু মুবী মমিৎ তরাওবি মনাতোন তুন্নবী মশুনুপীদা অমুক নৌহৌননা য়েংলুই। পাপ চেন্দ্রিবী অঙাং ওইরিবী মশুবু চাওতোন তশেংনা নুংশিজৈ।

'ব্রা অমত্তবু হঙ্গেনে। নারায়ন'হোইসিবু সিলহেত্তগী লাকপা পাংগননি হায়নরিসিবু চুমব্রনে?'

'ঐদি কদায়দগী খঙগদগে, খুরা।'

'অদুবু নচানুপীদা হংদ্রনে? মাদি খঙলমগনি।'

হন্দক্তি মচানুপিগী ব্রা পল্লকপদা শাওনিংবনা লুতোন শাৎলকই। অহল অসি নৎলমদ্রবদি চাওতোন খূৎ ফাওবা থোক্লবা য়াবনি। অদুবু তুমিন্না খাঙন্তি। পাওখুম পিবগী মহুত্তা খোঙথাং অদু কনখৎলকই। খুঙ্গং অসিদা হৌজিক্তি শান্নরমগদবা ব্রারী কয়া ভাবনা লাকশিল্লকই। য়াক্লবা নুংশাগী মৈশা মঙোন্দা ফাওরক্লবগুম তৌরকই। ময়ুমদফাও হঞ্জিন্নিংলক্তে। থাংলূরবা খোঙথাং অমুক তপথরকই।

'ইবোতোনগী মনাক্তগদি নহাক্তি খরা চৎথোক চৎশিনকা তৌরিব্রা?'

হন্দক্তি চাওতোন মশাদু খঙয়াং য়াংবগুম তৌরকই। ইম্ফালদা কলেজ তমদুনা লৈরিবা মচাগী ব্রা পল্লকপদা। ওমচাকনরুবা থম্মোই খঙইং ইংথৈ। ইংখোল খরা কোইনবা হোৎনবদা থা অমনিসিদি উরিপোক্তা মীগী ময়ূমদা ভারাদা লৈরিবা মচাগী মনাক্তা চৎপা শঙখিদে। অদুবু খুম্মী –

'হোই, মরক মরক্তা চৎলি।'

'মচেসি শোয়রবসু মাদদি ফহন্নিংই। ঐখোয়গী খুলগীসু মাই ওইগদৌরিবনি'।

'লাইবক্লা তম্বনি, খুরা।' হন্দক্তি থম্মোই মকা লাম্না খুম্মী।

'অদুবুনে চাওতোন, ইম্ফালমচাগী অঙাংশিংগা তিন্নবসি ঐদি কয়া পামদে। ফিজেৎ চাকচাদা নত্তনা মখোয়গী লমচৎ শাজৎসিমক্তবু শুকয়েং য়েংনিংদে। শুক্তা হেক তানিংদে। নঙনা খঙলিবদুনি মখোয়গী মতৌসি খুঙ্গংসিদফাওবা তপ্না তপ্না শন্দোকলবনি।'

'অচুম্বনি খুবা। খুঙ্গং হায়বা সহব হাযবা খেন্নবা লৈবক্রে।'

'অদুবু নচাদুদি খুলশিগী নহাবোলশিংনা থাগৎনৈ। নোংফাদোক লাকপদা খুলগী নহারোলশিংদা ব্রাবক ব্রাতেমদুনা নিশা বন্দ তৌনবা, ক্লব লিংখৎনবা ব্রারী কযা তৌই হায়।'

তশেংনমকসু খুঙ্গংসিদা মায় থাঙ্গৎতুনা চৎচবা ঙম্রিবসি মচানুপাগী শাজৎ লিচৎতনি। মহাক্কী আশাসু মঙোন্দনি। মচাসি লৈবমদ্রবদি চাওতোন নহান্না লৈক্রক মনুংদা চঙদুনা শিবা হাযবদু তৌরম্রগদবনি। ঙসাই তোমালগী মনাক্কী হৌদুনা চেন্নিংলম্বদু ইবোতোনগী ব্রারীনা থোঙ্গান য়ৌখিবা খঙহৌদে।

নারায়নগী নুপি হাৎতোক্লগা থমম্বগী ব্রা খঙহৌদনা নিংশিংলকই। অমুক থম্মোইনুংদা ওমচাকনরকই। নহান অমুক্কী মপোক্কুম খন্দোকলুরবা মাগী পুন্সিদতা নত্তনা খুঙ্গসিদফাও থোককনি থাজরুখিদবা থৌদোক অদু মীৎমাংদা উরকই।

বঙ্গলাদেশকী লাল মতুং ইকুই কুইদনা নারায়ন প্রসাদ মাগী নুপীগা লোয়ননা শেরৌ কৈথেলদা অপিকপা দুকান অমা হাংলৈ। খরা লৈরগা মনাও নুপা রাম প্রসাদসু থুংলরে। রাম প্রসাদনা ইম্ফালদগী পোৎ তিকথোক তিকশিন, শেরৌদগী মতম মতমগী চুজাক, মোরোকনচিংবা ইম্ফালদা থাবগী থবক লোইনা তৌই। চহী খরগী মনুংদা মচিন মনাওগী দুকাননা খ্বাইদগী চাওবা ওইরকই। খুঙ্গংসিগী মীওই খুদিংমক খঙনরকই। খুঞ্জাশিংনসু মীতোপনি হায়বা কাওনরকই। রামপ্রসাদতি পাখংগা ওইবগা খুলগী নহারোলগা তিন্নদুনা নুমিদাং লৈকাই ফাওবা কোয়মিন্নে।

করি লমদগী করি জাৎনো হায়বফাও হঙনরুদে। অদুবু রামপ্রসাদনদি মখোয় বীহারদগী বীহারি হিন্দুনি হায়বসিতনি ময়াম্না খঙলিবা। জাৎ ধর্মগী ৱাবুদি নৈবা য়োনবা, পোৎ শোক্তোক শোৎচিন তৌবা অসিখক্তনা হেন্না মরু ওই হায়না খুঞ্জাশিংনা খন্নে। মতম খরগী মনুংদা কদায় কদায়দগীনো লাক্লনা ময়াংগী দুকান মশিং য়ামলকই। তিন য়ান্দুনা নৈরক কোনশাং চত্নুনা অচাথাও য়োল্লম্বা মোতিফাও হোতেল ফম্লরে। অসিগুম্বা মতমসিদনি চাওতোনগী মচানুপি ইবেথোইন রামপ্রসাদতা চেনখিবদু। অদুক চান্ননা হিংমিন্নবা মাল্লবসু ময়াংদা ময়ুম পানখিবদা মীপুম খুদিংনা থিনা ঙাংনরদুনা মতিন শিৎনরকই। ইবেথোইগী ৱাবীতনা খুঙ্গং পুম্ব ৱারীনৈ। চাওতোন খুঙ্গংসিদা মায় থাঙ্গৎতুনা চৎপা ঙমলক্তে। চাওতোনদি মচানুপিদু শিখ্রবনি খন্দুনা ইমুংফাও তুলসি মনা খিকখি। তুমিন্না অহিং কয়া কপখি।

তপ্না তপ্না খুঙ্গংসিদা ঙাংন শানরম্বা লেপখিবদা মঙায়রি। নারায়নগী রামপ্রসাদকা খৎনরকপগী পাউ চাওতোন তারকই। রামপ্রসাদতা নত্তনা মাগী নুপীগসু ইবেথোইগসু অমগা অমগা ওনশিন্নদুনা খৎনবনা শেরৌ কৈথেনদা কুম্মৈ ওইনরকই। মচা পোক্তবী নারায়নগী মচিন কল্লবী নুপীনা মমিৎ মনাগা লোয়ননা ইবেথোইবু মাগী নুপাগসু মরি নৈনৈ হায়না শন্দোকলকই। ময়াংদা য়ুম পানখিবগী মৈশা কোক্ত্রিবা চাওতোন পাউ অসিনা চমলবা খুঙ্গংসিদা হামুক তৈশিল্লে খল্লবদা থম্মোই পুবা ঙমলক্তে। মীৎ পাংনা পাংনা মঙলাকনবকই। মাগী নুপী নুংশিবৈবু নিংশিংলকই। মহাক্তং হিংলম্রবদি মচানুপীগী মরাইবক্তা অসুন্না থোকলমদবা য়াই।

ইকুই কুইদনা রামপ্রসাদ ইবেথোইবু পুদুনা ৱাবগাই কৈথেলদা দুকান ফমখবে। খরা নৈরগা মচানুপী অমা পোক্লে হায়বা চাওতোন তাই। মশুদি লাইরদনা মখোয়গী মশক ফাওবা হন্না য়েংখিদ্রবনি। ইবেথোইগী মচাদু নারায়নগী মচানি হায়না নারায়নগী নুপীনা চিবোল চিবোল ঙাংবা হৌরকই। য়ুমথোং খুদিং তুমিন তুমিন ৱারী শানবা হৌরকই। মসিনসু লোইদ্রি হোতেল ফম্বা মোতিনা মখোয়দি সিলহেৎতগী লাকপা বাঙ্গালি মুসলিমনি নত্রবদবু বীহারি জাৎনবু অসুন্না তৌববা? লোইবা খম্না ৱারী নত্তে। খুঙ্গং অসিগী অহল লমন্দি মনাকোং মেন্নবা হৌরকই। অদুগা ইচিক চিক্লা লৈজরম্বা অরাপ্পা সহরগী মনিল তাদ্রবা নিংথিরবা খুঙ্গংগী ওল্লক্লিবা মশকসিংগী মরমদা ৱারী শানবা হৌরকই।

চাওতোনদি মৈশা অমগী মথক্তা মৈশা অমা নল্লকই। নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা মচানুপীগা ইবেথোই ময়ুমদা হল্লকই। রামপ্রসাদ মাগী ময়ুম বিহারদা মরিমতা

অমগী লুহোংবসু য়াওরুগনি অদুগা মাগী ইংখোল শরুক্তুসু য়েঙ্খেকলগ্রগা থা অমগী মনুংদা হন্নরক্কনি অসিনি ইবেথোইনা মপাদা তগ্রিবা। চাওতোন তুমিন্না তাবা নত্তনা রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদে। চহী অমগী মতুংদনি মচাগী মশক য়েংবা।

'পুপু, চাক থিদুনা লৈবা কুইরে। লাক্লো'

চহী তরানিথোইরোম মপাগী মশক উরক্কবী মশুনুপীনা পুখ্রি মপান্দা লেপ্তুনা লৈরম্বদু উরকই। কয়াম কুইনা থোঙ্গাদা ফমদুনা লৈরুবা চাওতোন খঙদে। অদুবু নুমিত্তি ফনা য়াম্না হাইথরম্মে।

'বাবা, ইবোতোন্দু ইম্ফালদগী মমান্নবা অনি অহুমগা লাক্লম্মী।'

'করি হায়রম্মী?'

'করিসু হায়রমদে। মী অমা রাংভুদা উন্নবা লাকপনি হায। রাইখোংদা চাক চারক্লে হায়দুনা চাকফাও চাও য়াখিদে।'

'রাংভুদদি কনা উন্নবিবা?'

'খঙদে। বাবা লাকলনি উন্নখো হায়বা ফাও যাদনা অথুবা থবক লৈরে হায়দুনা চৎখরে।' ইবেথোইসু মখা তাবকখিদবে।

চাওতোন মচাগা উন্নখিদবা কুইববনি। মাবুদি অমুক্তংদি উন্নবম্বা ফবনি খল্লি। অদুবু মচিন্দা কাংথোক্তে। পুক্লিংদা থেম্বজিনজৈ অকুবা অমা লৈদুনা তৌজবা ওইবিগনি। তুমিন্না অমুক চাক চাবকই।

নুমিদাংরাইরমদুদা নুমিৎসু খবা লৈরি খন্দুনা ইংখোলদু খবদং শুরুনবা থোরকপগা কোম্বোংদা য়াইমগা থেংনৈ। মচাগা লুনা তিন্নবকপনি। লাইবিক তম্বা তোক্তুনা লৌ উদুনা লৈ। মরম ওকপদা খুঙ্গং অসিদা রাবীনবিবনি।

'নঙদি কদায়দনো য়াইমা?' চাওতোন্না হংই।

'শুগনুগী লৌফমদো খোইবা লোইরে। লৌহোন খরা লিংবনি। ঈশিং খরা চন্নুগে।'

'মাম্মসু ইংখোলদা চৎকে। নঙগী মরুপ্তুবু লাকলম্মী হায়। নঙগদি উন্নহৌবরা? ' চৎমিন চৎমিন্ননা মচাগী মরমদা হংলকই।

'ঐগীদা চংলক্তেনা। নহানসু ইম্ফাল চৎপদা মাগীদা চংলকই ছো লোন্দুনা লৈরম্মী। উন্নরক্তে । সিদা লাকলগা ঐবু উন্নরমদবসি মহাকশু ফজমন্দে।'

'মপা ঐ ফাওবা থবক অচিনবা অমা লৈ হায়দুনা উন্নরমদে।'

রারী শানা শানা চকপী তুরেল লাম্বোরকই। হেক লাম্বোরকপগা য়াইমনা হায়রকই –

'মাম্মা, নারায়ন প্রসাদতু সাইতোন্দগী ফারে হায়। মাগী ময়াং পাঙ্গল নুপী অতোম্বীগীদা লোত্তুনা লৈরম্মী হায়নৈ। মতুদু মানা হাৎপা ওইরমাল্লেদা।'

অয়ুক্কী লিক্লাদা অমেঙবা নুংশাগী মঙালনা য়ৈরম্বা য়াকখ্রবা নুংশাগী মঙালদা মাংখিবগুম মচানুপাগী মরমদা নুংঙাইনা শারম্বা ৱারী নরায়নগী ৱারীরোমদা ওম্বুরকপদা চাওতোন হৈনরক্তে। নুমিদাংৱাইরমসিদা শারবা কালেনগী মৈশানা য়ৈরকপগুম তৌরকই। পাওখুম পিরুবগী মহুত্তা চাওতোন্না হায়রকই –

'অদুদি নঙ মাম্মা সোমদা ফাওজিনখ্রগে।'

হায়না হায়না লম্বী লৈতবা খংগ্রা অমদি নাতোনচাবীনা কৃক কৃক ইন্নরা হৌরিবা তিংখং মরক্তুদা চাওতোন্না চংশিনখ্রিবদু য়াইমা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

নুমিৎ কয়ানিমুক নোংনা অরেপ্পা লৈতনা চুরি। চীংলক কয়া ফাওনা চেল্লকলিবা চকপী তুরেল অঙাংবা লৈনাং ওইনা ইমাই পানা চেল্লকই। পাক্রবা তুরেল অসিনা হৌজিক্তি শেরৌবু লম্বী অমত্তা লৈহন্দবমখে অতৈ খুঙ্গংশিংদগী তোঙান্না থম্বীরে। হিদা লাম্থোক লানশিন তৌবা নত্তনা উপায় অমত্তা লৈতে।

চাওতোন্না ফনা তুন্নবা লাক্লে। অদুবু তুম্বা য়াদে। থামম্বা অহিংদুদা অকনবা নুংশিৎকা লোয়ননা নোংসু অরেপ্পা লৈতনা চুরি। য়াংলেনগী অহোবদগী নোংনা লময়াইদা তপ তপ তারি। ফক্লাং অহোবদা ফাওজিল্লকপা নুশিত্তা ফেরে ফেবে হায়রিবা পোদোনগী মঙালদা মশুনুপীনা মাগী নাকন্দা তুম্রিবদুদা মুন্না অমুক য়েংলকই। মরাল লৈজদ্রবী চম্রবী মাইথোংদুদা। অমুক খল্লি – নহানমুক্কী মপোক্তা করম্বা পাপ অমা লংজরুদুনা মরাইবক থিনা পোক্রবিবা। পোদোলদুসু নুংশিৎকি শউমদা মুৎখরে। পুম্মম মমখরে। অমম্বা মরক্তা উরিবসু অমম্বা ঙাক্তনি। শুকখন খল্লরোই খল্লম্বা মচানুপী ইবেথোইবু অমুকসু মমিত্তা উরকই। থা অমা হেনখরে ৱাবগাই কৈথেলদা দুকান ফম্বা নুপা অমদা অমুক ময়ুম পানখিবা। মতু মচা লৈবা নুপানি হায়বসিতংনি চাওতোন্না খঙবা। খুঙ্গংসিদা হঞ্জিন হঞ্জিন মাবু ইকায়বা নংহনলিবা মচানুপীবু হন্দকসু শিখ্রবনি খন্দুনা নোংমত্তা মৱা মপাউ হংলুদে। মমৈথংদা মহাক্কী আশাগী মঙাল অমত্তং ওইনা উরিবা ইম্ফালদা লাইরিক তমদুনা লৈরিবা ইবেতোনবু নিংশিংলকই। থনুংগী শারবা মৈশা পুম্বা ইংথরকপগুম তৌই। আশাদুগী মঙাল অদু য়েংনা য়েংনা মমিৎ উইশিল্লকই। তুম্মমদাইদা খনখি কুইনা উন্নখিদ্রবা মচাদু হয়েংদি ইম্ফালদা চত্তুনা অমুক্তং উন্নরুগে।

অয়ুক্তা হি তোংদুনা তোর্ব্বান ৱাংমদা থারিবা বস অদু তন্না লাকই। লাকঙম ফাঙমদবগী মওংদা কল্লবা চকপী তুরেলনা শুগনু তুরেল তন্না চেল্লিবদু উরগা ঙরাং

অহিংগী নোঙ-নুংশিৎতু নিংশিংলকই। মাগী চুজাক্কী লৌবুক অদু কমদৌরমগদগে খন্দুনা ইংখোল তন্না অমুক লাকই। হৈজিং ফারক্লবা চরোং চরোং পাল্লিবা চুজাক পাম্বীশিংনা লৈমাইদা তু তুদুনা লৈরিবদু উরকই। চীংথক্তগী তকথরকপা অঙাংবা চীংলৈবাক্কা পাম্বী কয়ামসু ফুমদুনা লৈরি। অদুগা কল্লবা চকপীগী ইরৈনা লৈরাইদা হঞ্জিন হঞ্জিন্দুনা চুজাক পাম্বী কয়া ঈশিংদা য়াংনা তাওথখ্রিবদু চাওতোন মুন্না য়েংদুনা লৈরকই।

'মাম্মা –' ইফিং ফিংনা য়াইমনা লৈখোম লৈনাং ইতৈ তৈনা চেল্লকপদু উবদগী মঙফাওনরকই। মনাক য়ৌরগা য়াইমনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্না হায়রকই–

'হৌজিক্তা শুগনু পুলিস লাকলগা ইবোতোনগী হকচাং লম্ফেল ডাক্তরদগী লৌরো হায়রম্মী।'

'করি হায়বা য়াইমা?' চাওতোন ভাব তাদে। মশাদু ইপা পাখৎলি।

'নহান অহিং কোমলাথাবীদা পুলিসকা কাপ্লবদা শিবনি হায়।'

চাওতোন মঙগুম্লকই। তুমিন্না উয়ুংগুম্না লেপলুরগা ইম্ফালদা চৎনবা শেৎ চারকপা ফিরোন্দুগা লৈঙাং ঙাক্তগী লৈখোম মরক্তা জ্ঞান মাংনা ফমথরকই। ○

*জানুয়ারী, ১৯৯১ ইং*

# ঈশিংখোংগী ব্রারী – ২

আল্লাহু আকবর,

অসহাদু অন-লা-ইলাহ ইল-আল্লা।

আজান্না ছন্দ নাইবা সুরদা অরেপ্লা লৈতনা লাউরি। নোংসু অরেপ্লা লৈতনা কন্না তারি। নুমিৎ কয়ানি হাংবা লৈরক্কবনি। আজান্না লাওরকপগা লোয়ননা তুরেল খোংবানগী অপীকপা মসজিদ অদু মীনা কৃক-কৃক ইন্নরকই। ঈশিংনা পাৎ ওনখ্রবা ইদগাহগী লম্পাক, নিক নিক লাউনা চেল্লিবা থৌবাল তুরেলদু মুন্না য়েংলুরগা মহম্মদ চাওবনা ময়ামদা হায়রকই –

'কুমসিসু খোংসি কায়গনি।'

'কায়বা তারবদি তু অসিদনি। নঙগী মপাসিমক্তদা।'

আলিনা লৈরাই হঞ্জিনখ্রবা চাওবগী কোম্লোং মপাদা খুদোম্বী থিল্লদুনা হায়রকই।

'আলি কায়বু কায়রবদি ঐগী মপা হায়বা লৈতে। নঙ-ঐতা নত্তনা খূল তঙ্খায়সিমা, লৌ কয়ামা শোক্রগদবনি। অদুগা লাইশং অসিগী ফিভমদি করি ওইগনি খঙবরা?'

'হায়গুমদনা লাইশংসিদংদি কনবা ফে।'

'লাইশংদরা? নঙগী য়ুম ইখোলদি?' মহম্মদ চাওবনা করেম্নরা হায়রকই। অমুক মখা তারকই –

'খোং অসি কায়রগা শালা মিয়া মচাদুগীদি শোক্কদরা অমুক্তা হায়য়ু?'

মহাক্কা হায়রিবদো তোম্বা মিয়াবুনি হায়বা মীপুম খুদিংনা লোইনা খঙই। অহম্মদ আলি তুমিন লৈখি। নোংগী জিঙ্খদা য়ৈবগী মখোল নত্তনা করিশু তাদে। অমগা অমগা ফল্লপ ফল্লপ য়েংনরিবা অদুদা মুন্না য়েংলুরগা থৌ-ব্রা ইশা শাদনা চাওবনা মখা তারকই –

'নখোয় খুদিং আল্লাদা খুরুমজৌ নখোয় নখোয়গী য়ুম থুমদনবা। অদুগা লাইশংসিদা নমাজ তৌনবা লম মচেৎ অমত্তুং ফংনবা খুদাদা হায়জৌ।'

হাজি য়াইমা ঙসাইদগী চাওবনা ঙাং-শক্লিবশিংদু তুমিন্না তাই। মক্কাগী শেংলবা মফমদা চহী মরি থংন থংননা হজ্জ চৎলূরবনি। খুঙ্গং অসিদা মহাক্কুন্না মরাইবক

ফবা কনা য়াওদে। অদুনা মী খুদিংনা মাবু ইকাই খুন্নে। খুদাগী ব্রা পল্লকপদদি মঙোম্দা করিগুম্বা খরা হায়নবা ময়াম্না য়েংনরকপগুম তৌরকই।

"মরম চাদনা আল্লাবু পনগনু। খোং কায়বগা আল্লাগা মরি লৈনদে।"

'হাজি, আল্লাবু করেন্নবা নত্তে। অচুম্বা হায়বনি। ঐগী য়ুমদি তেকচখিসনু। খুদাগী লাইশং অসিদি কন্নবা তোম্বা মিয়াদি হোৎনফম থোকত্রা?'

'তোম্বনদি নঙনা খোং নৌনস্বাল থোনবদা থিংঙি হায়।'

'ঐ থিংদে। ঐনা হায়বদি ঐগী ইখোলদা লৈবাক মতুম অমত্তা তাবা য়ারোই। ব্রাসু অমত্তসু য়ানবা য়ারোই হায়বনি।'

'মদুনিদনা থিংবা হায়ববু। নঙসু খল্লু – লৈরাইদি লোইনা চাশিনখরে, মী চৎফম ফাওবা লৈত্রে। ইখোলদা খরা খরা হঞ্জিন্নরগা থোনবা নত্তনা করি উপায় লৈ।'

'উ-ব্রাগী, লমগী পৈশা পীয়ু হায়ফম থোক্ত্রা, হাজি?

হন্দক্তি চাওবদু খোল খরা ব্রাংলপ তৌই। মসিগী মরমসু লৈতবা নত্তে। হাজিদা হায়বা ব্রা অসে তোম্বা মিয়াদা হায়বগা মান্নে হায়না খল্লি। অদুগীসু মথক্তা ময়াম্না মাবু ইকায় খুন্নরবসু চাওবদদি হাজি য়াইমবু ব্যাবহার তৌনীংদে। মক্কা হেক য়ৌরগা মাবু ইকায় খুন্নফম থোক্তে খল্লি। য়াইমদি মক্কা চৎপসে কারবার চৎপনি নত্রবদি অচৎ খুদিংগী মাগী শেঙ্গাও হেঙ্গৎলক্রিবসিবু কদায়দগীনো হায়না চাওবনা মতোমতা তত্তনা হঙলিবা ব্রাহংনি।

হাজি তুমিন লৈখি। হাংবা নাইররোইদবগুম নোংদি অসুম কনশিল্লকই। লাইশংগী অপীকপা মাঙ্গোলদা তিল্লিবা মীয়ামদু তুমিন তুমিন তান্নরম্বদগী মাগী মাগী মত ফোংদোক্লদুনা ইরাঙ লাঙনরকই। অমনা ঙাঙবা অমনা তানরক্তে। নিল্লিবদু নমহৎলগা চাওবনা অমুক হায়রকই –

'হাজি, ইখোলদা চংশিনবা হায়ববু – তূ – আ তুরেল ময়ায়সিদা ঐগী ইখোলগী সিমানা ওইরম্রিবনি। ঐগীদা নত্তে, খোং অসিনা অসুম চাশিনখিদুনা তুরেল মপানগা থংনবা ইংখোল অপুম্বা লৌনস্বাল থোনজিনখ্রবনি। অদুগা হাজি, লাইশং অসিফাওবা নোংমৈদি য়াংলেনমক্তদা লম্বী শেমলরগদবনি।'

'ইবাইনা হায়বা চুম্মী।' নমাজ তৌরুবদগী থোরকপদা ঙায়রিবা জলালনা ব্রারী অমত্তা তাহৌদনা হায়রকই। মখা তারকই – 'তুরেল মপান্দা লৈবা ঐখোয়দি য়ুম হোংগদবতা ঙায়শিল্লক্রে। সরকারনা মাঙলিবা ময়ামসে হন্নফাও য়েংবিদবনি। লমগী পৈশাদি লায়রদনা পেনেল অসিফাওবদং ফজনা শেম্বীয়ু য়াদবনি।'

'কদায়দগী শেমগদগে, জলাল। সরকারদা নত্তে, তোম্বা মিয়াদ হায়য়ুনে। চহী খুদিংগী মানা লৌরিবা ঠিকাসিবু লুপা লাখ কয়া শুরবগে? তুরেলদগী লৈঙোই খরা কোত্তুনা চাইখায়রগা ঈঞ্জিন্যারশিংগা মান্নদুনা শেল লৌথোক্লিবসি মশীংবু থিবা ঙম্রম্ররোই। ঐনা হায়রিবসিনি খোং অসি কায়রবদি তোম্বা মিয়াদা তাইনগদবনি।'

লাইশং মমাঙসিদা থোনখিবা ঐখোয়গী খুৎশুমল হৌজিকফাও পীদ্রিবনি। থা অনী শুরবনি।' জলালনা অমুক শাওনা হায়রকই।

'মরলদি পায়দনা ঈঞ্জিন্যার খঙনরবনি হায়দুনা ঠিকা তৌবনবু কদাইদগী মথোং চাগদগে। অদুবু বিলদি তুমিন্নবু লৌথোক্লগনি।' মহম্মদ চাওবা অমুক্তা হেন্না মথৌ শঙলকই। তুমিন্না লৈরিবা হাজিদা অমুকসু ফল্লপ য়েংলকই। হাজি য়াইমা উরবসু উশিন্নদে।

'পংহায় হায়নবনি। তুরেল মপান থোনবগী থবকপু ফন্দ মতাসিদা কনানবু তৌনীংগদগে? হাকুমগী বিল ফাওবা হৌজিকফাওবা পীদ্রি।' ইতপ তপ্পা হাজিনা হায়রকই।

'বিলদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি ফংগনি থবক শুরবসু শুদ্রবসু। অদুগা হাজিদি খরমখৈদি কান্নহৌরে। মিয়াদগী লিশিং কুন্দা লৌ পরি অনী লেপহৌরেদনা।'

হাজি হন্দক্তি শাওবনা ঈ কায়। মখা চিকশিল্লগা তুমিন্না খাঙই। মায় পাক্লবগুম নোকফেৎ তৌনা মহম্মদ চাওবা নমাজ তৌবা চঙখি। মিকুপ খরা ইচিক চিকই। হাজি ঙৈহাক্তং ফাওবা পন্থনীংদে। অদুবু মীনা অদুক লাকচখ্রগা তুমিন্না চৎখিবদু মহাক ইকাইরকই। তোম্বা মিয়াদং য়াওরম্লবদি অসুন্না মহম্মদ চাওবনা ঙাঙবা ঙম্লোই খল্লি। হাজি ওইবদগী ঙসিফাও অসুন্না চিন্দা পাওদানবা খক তৌরক্লবনি। ময়ামদুদা য়েংলুরগা কন্না তারিবা নোং, ঈমায় পানা চেল্লিবা থৌবাল তুরেলদুদা মীৎফম থম্লগা তপ্পা হাজিনা হায়রকই –

'তোম্বগী মীচং ওইবগী ব্রা নত্তে। খুঙ্গংসিদা ঠিকা তৌরিবনি হায়দুনা লৈরিবসি মখোয় অনীতনি। ঠিকাসু অতৈদা তৌবা নত্তে। থৌবাল তুরেলসিতদা হঞ্জিন হঞ্জিন চহী খুদিংগী তৌরিবনি।'

'চুম্মী, মখোয় অনীতনা লৌনম্বাল থোনবগী থবক তৌরিবনি। ইদ নুমিত্তা নৎত্রনে – ইদগাহগী লম্পাকসিদা মখোয়নি খৎনখিবদুবু?' নুপা অমনা হায়রকই।

'ও, থবকসি মুন্নবগীনে। চাওবগী মপাদা তোম্বনা শুবা য়ারোইসিনি। মাগী মপাদি মানা ঠিকা তৌগদবনি হায়বগী ব্রাহৌদগীনি।' নুপা অমনা হায়রকই।

এল. পি. স্কুলদা হেড পণ্ডিত ওইবা অব্দুল হরিম হায়নরিবশিংসে ভাব তাদে।

পুন্নমক মঙগুম্মী। খোং কায়বা থিংনবা খর্ন্নরিবনি হায়না খল্লম্মী। অহলগা ওইরকপগী নাগা খরা তাথিবগা নিংথি নুংঙাইনা তাদে। অদুবু হন্দক্তি মুন্না তানবা হোৎনরকই।

'ফগ্রবা, ইপাকপাকপা আঃ তোম্বগী মপাদা হাকুমদুবু চাওবনা লৈবাক থোনখিবগুম তৌদায়নে?' নুপা অমনা অমুক হায়রকই।

'হান্নগী লৈবাক্তু মথকমখা ওম্ব্রেক্লগা বিল লৌখি হায়বগীনি মখোয় অনীনা নিংঙাই শাংদানখ্রিবসি।' অমনা অমুক মত পীরকই।

'মখোয় অনীনা খৎনরগা খোং অসি কায়বা তারব্রা?' হাজি য়াইমা হন্দক্তি খুদোংচাবা অমা লৌরকই। অহল ওইরবা অব্দুল রহিম হৌখিবা নহা ওইরিঙৈগী পুন্সি নিংশিংই। তুরেল খোংবান্দা অসুক কুইনা হিংলকপদা অসিগুন্না খক ঙাঙনা শানবা থেংনরক্ত্রি। খোং কায়গদৌরে খনবদা খুঞ্জা অপুম্বা থোক্তুনা কায়দনবা হোৎনৈ।

নোংজু পাম্হা য়ৌদ্রিঙৈদা লৌনম্বাল থোল্লি। নোংজু পাম্হাদনা খোং কায়গনি হায়বগী অকিবা লৈতনা লেনবা থাইনগী পুন্সিদু অব্দুল হরিম নীংশিংলকই।

'করিগী ঐখোয় অশুক য়াম্না লৈরগা খোং কায়হনগদগে। নোং হাংবগা ময়াম থোক্তুনা পেনেল থোল্লগা লোয়রে। খোং কায়রগা চাওবা মতোমতা নত্তে মাঙগদবা। নখোয় ঐখোয়সু য়াওগদৌরিবনি।'

ঠিকাগী তৌনরিবা ৱাফমদু অব্দুল হরিম ভাব তাহৌদনা তপ্পা হায়রকই। মখা তারকই – 'য়েংউ অসিদা কায়বা হায়বসে লাইশংসিগী মপাদা কায়বগা অমহানিনে।'

ময়ামদু অমুক লাঙনরকই। অমগা অমগা মত ফোঙদোক্লদুনা। আব্দুল রহিমনা কন্না তকপদগী খুঞ্জা হৌদুনা নুংথিল লৌনম্বাল থোনবা লৈপ্লে। তোম্বা মিয়াগী ৱাফম কাওথোক্লে। য়ুমকোক খুদিংগী মী অমমম থোরক্লবা আব্দুল রহিমনা কন্না পাওমেল্লি; হাজি য়াইমা নোকফেৎ তৌরদুনা নমাজ তৌবা লাইশংদা চংখি। নোংদি অরেপ্পা লৈতনা অদুম্মক চুরি।

আব্দুল রহিম শালাটুল ইশাগী নমাজ তৌরগা ফমুংদা চঙদুনা হিপ্লি। নোংনা অমম্বা থৱানগী অহিং অসিদা অরেপ্পা লৈতনা তারি। মরক মরক্তা খাক লাউবগী খোঞ্জেলসু তারি। খল্লি, ঙসি অহিং তুরেলসিবু কমদৌগবা? অদুবু তুমথনবা হোৎনৈ। তুম্বা য়াদে। হৌগৎলগা মাঙ্গোলদা থোক্তুনা য়েংই। তুরেল মপান্দা থাওমৈ

পরেং পরেং লৈরিবদু উই। অসোম ব্রাংমদা। লাইশং মপামক্তদা।

আবদুল রহিম অমুক শাওনিংলকই। নুংথিলদা কনাসু থোরকখিদে। হাজি য়াইমা, তোম্বা মিয়া অদুগা মহাক্তংদনি লৌনম্বাল থোনবা থোরকখিবদু। মখোয় অহুমসু-ঈমায় পারবা তুরেলগী তোর্ব্বান্দা ফমখৈ ফল্লগা নুমিদাংব্রাইরমদা হল্লকখি। নিংশিংই তোম্বা মিয়ানা হায়খিবদু -

'চাচা, মফমসিদা খোং কায়রগা হাজিগী, ঐগী অমদি চাচাগী য়ুমদি শোক্লোইদনা। চাওবদংদি থোরকপা ফবনি। অদুগা মজিদ অসিতংগা ঈশিং থুমহন্নীংদবনি।'

থম্মোইদা তৃমিন্না আবদুল রহিম আল্লাবু নীংশিংই। মহাক্তি থিকাগী মিকানবদগী ওইরক্লিবা শক্তম অসি খণ্ডদে। ইমুংদা চণ্ডদুনা ফমুংদা অমুক হিপথৈ। তুন্নবা হোৎনরকই।

'চাচা -'

মীৎকপ খংথোক থোকই। মণ্ডলা খল্লি। নোংগী মখোলদুদা।

'চাচা, হাজিনে।'

হন্দক্তি আবদুল রহিম ভাব ফজনা তারে। হৌগৎলি। নোংঙাল্লবগুম খল্লুই। অদুবু মপান্দু পুমমম মল্লমই। নোংসু অদুম তারল্লি। কয়াম কুইনা তুল্লুরবা মহাক খণ্ডদে।

'হাজি , কৈদৌরে?'

'চাচা, তোম্বা মিয়াগী মপামক্তদা খোং কায়রে।'

'কমদৌনা মাগী মপাদদি কায়রিবা?'

'খণ্ডদে চাচা, মীনা য়ানখাইবা মাল্লি। ঈশিংনা মাগী য়ুমদুসু তেকখরে। ময়াম থিংনবা হোৎনবনি গুমদরে। সরকারগী মী কৌবা চেন্নখ্রি।'

আবদুল রহিম স্বর অশাংবা অমা খণ্ডহৌদনা হোনখি। কমদৌনা কায়রিবা? লাকশিনবা ঙমদে। অদুক ফখ্রবা লৌনম্বাল অদু কায়গনি হায়বা কৈদৌনুংদা খনখিদে। মঙগুম্মী।

'অদুদি হাজি, তোঙখ্রবা মফমদুদা কায়রবনিনা তুরেলব্রাংমগী খুল অসিমদি লোইরেদনা, হৌজিক লাইশংসু থুল্লগনি।'

'থুল্লগনি চাচা। উপায় লৈতে।' হাজি য়াইমনা শোল্লাংননা খুমলকই। তপ্না হৌগৎলকই "খোং হেক কায়বগা তোম্বদু অদুম থিবা খণ্ডখিদরে। অমুক্তা

থিজরুখিগে।"

আবদুল রহিম তাদে। হাজি য়াইমনা থোকখিবদু তুমিন্না য়েংদুনা লৈহৌই। নোংদি অদুম কন্না চুরি।

নোংঙানবগা য়া য়া লাওনরকই - মহম্মদ চাওবা লৌবুক্তা শিদুনা লৈরম্রে। মীনা হাৎপনি। খোং কায়বদগী ঈশিংনা থুমগৎলক্লবা লৌবুক্তা, অমুনবা ফৌ মরক্তা তাওখৎতুনা লৈরম্বনি। পাউ অসি তাবগা আবদুল রহিম খঙহৌদনা স্বর অশাংবা অমা হোন্দোকখি। ঙরাংতা লাইশংদা নমাজ তৌরম্বা শক্তমদু মমিত্তা শংশং উরকই। আব্দুল রহিম তুরেল ম্নাংমদা ঈশিংনা পুন্নং লংলবা অদুদা কুম্মৈগুমনা নুপি অঙাং কয়া অশিবা হকচাং অমদি খোং কায়বা য়েংবা চৎনখিবদু তুরেল মপান্দা মুন্না য়েংই। মুশুক মুরবা আতিয়াদসু। অদুদগী ঈশিং মরক্তা লৈরিবা মজিদ অদু উরকই। ময়েক শেংফাত্তনা কদায়দগীনো আজান লাওরক্লিবদু তারকই - 'আল্লাহু আকবর। অসহাদু অন-লা ইলাহা ইল আল্লা ...।' ○

*জানুয়ারি,* ১৯৯১

# শকখঙবিখিদ্রবা পুন্সি

চীংশাং পরেংগী মরুমদা ঙঙ্গানবা নুমিদাংৱাইরমগী নুমিৎনা তপ্না তপ্না লৈথরকই। তাম্না লৈখ্রবা খুঙ্গংশিং, পাক্লবা লৌবুকশিং, নোংপোক থংবা চীংশাং পরেংশিংদা নোংজাবীগী মচু শঙলকই। নুমিৎনা চীংশাং পরেংগী মরুমদা চঙখিবগা লোয়ননা পাক্লবা শুগনু তুরেলগী শংলবা ঈশিংগী মচুদু অমুবা মচুনা অমুক তপ্না তপ্না কুপশিল্লকই। অথাপ্পদা উরিবা তাংজেং, নুংঙু, খোংয়াম, চাইরেল নুমিদাংৱাইরমদা উরম্বা ফজরবা খুঙ্গংগী শক্তমশিং তপ্না তপ্না মাঙশিল্লক্লুনা অমম্বনা য়োৎশিল্লক্লি।

শাবদা ঙায়রিবা পিক্লবা লিতান থোংগী য়োৎকী রেলিংদা ঙারদুনা তোর্বান ৱাংমা লাম্থোক লানশিন তৌরিবশিংদু অমুয়াইমা তুমিন্না য়েংই।

মরাম মরিলদগী হাইজিল্লকপা ঈশিংগা শুগনু তুরেলদগী পাথরকপা ঈশিংগনা মাঙ্গোল দারিদগী ইমুং য়ৌশিল্লকপা খঙহৌদে। পোৎ-চৈ অমত্তা লোয়শিনফম খঙহৌদে।

অমুয়াইমা মশাদু পুমচোক চোকথনা হিদু তপ্না অমম্বদা হোল্লকই। আতিয়াদা থৱানমীচাক অমত্তসু উদে। নোংসু মকুপ মকুপ তারি। ময়ুম য়ৌরকপদা মাগী নুপী থাবল্লৈনা তৌরম্রিবা ফিবমদু উবদা জ্ঞান মাঙই। চহী তরাহুমদোইরোম শুরবা মচানুপা ইবোহল, মচানুপী য়াইমা ইবেমপিশক অদুগা পিক্লিবা অঙাংদুগা কাংথোন অনি লোনখৎনরগা তুম্পক তাশিল্লগা ফমদুনা লৈরম্দু বোদোনগী মঙালদা উরকই। মাঙ্গোল দারি য়ৌগদবা ফুট অনিরোম ৱাৎহৌবা ঈশিংদুনা ইমুঙদা খুউ য়ৌরম্বদা অমুয়াইমা পুমঙক ঙকই। ঈশিংসু তপ্না তপ্না হেঙ্গৎপগুম তৌই। শুগনু কৈথেলদগী য়ু গ্লাস অহুমদং থকচিল্লকপগীগা, অয়ুক নুংথিল চুপ্পা হি হোল্লুবগা য়ুম য়ৌবগা ঙহাক্তং পোত্থারগনি হায়না অমুয়াইমা খল্লুবনি।

থাবল্লৈদা ৱা অমত্তসু হায়রমদনা তুমিন মপান থোকখি। অমুক তফিং তফিং চংলকই।

'তা, মাঙ্গোলজাও হোইদি?' য়ুম্রেন্নবা মাঙ্গোলজাওহোইগী মরমদা হংলকই। 'ঙসাইনা পোৎচৈ হোন্দোক্লুনা কদায়দনো চৎখরে।'

চহী খুদিংগী নোংজুথাদা হেক হেক খুস্তাক লানশিবগুম তৌবা মাগী খোংয়াম খুল, থা কয়া ঈশিং মনুংদা লুপ্তুনা লৈবা শক্তমদু মমিত্তা উরকই।

'পোৎচৈ পুম্বা হিদা হাপচিল্লু।' তৌফম খঙদনা থাবল্লেদা হায়রকই। হায়না হায়না অমুয়াইমা মশানা মাঙ্গোলগী উখোকতেনদা পুন্দুনা থম্লিবা হিদা পোৎচৈ হাপকৎপা হৌরকই।

'অমম্বসিদা কদায়দনো চৎতোইসিবু?'

'পাঙনতাবিদা

'তা চাওবগীদা?'

খুম্বা তৌদনা – ঈশিংনা তত্থায় হেন্না চোৎলবা তাওথবি ফৌ বোরা অনিদু থাংবোই চিংবোই তৌদুনা হিদা হাপচিল্লি। বোদোনগী মৈঙালদুদা মচাশিং মাগী নুপী হিদা কাখৎহল্লি। মপুক্লিংদা খল্লি – মৈনম মচা অমত্তং য়াওরবদি। শুমাংদগী হিদু হোন্দোরকপগা বোদোনদু অদুম্মক মুৎখরে। পুম্মম মমখরে। মকুপ মকুপ তারম্বা নোংদু মপোপ চাওবা হেঙ্গৎলকই। মীৎকুপ খরগী মনুংদা নুংশিৎকা লোয়ননা ফুদিৎ ফুনা চুথবা হৌরকই। শুক শুনা মন্নবা নোং মরক্তুদা মাগী নুপী অঙাং করম্বা ফিবমদা লৈরিবগে হায়বফাও অমুয়াইমা উবা ফংদে। ব্না মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা পাঙনতাবী মাইকৈ ভাবনা লাকশিল্লগা তুমিন্না হিদু হোল্লকই।

নৌ অদু অওৎ খুদিংগী ঈশিং মনুংদা হেক হেক পল্লি। লংচাক শারক্লবা খরনা মমুন ফারক্লবা ফৌ পাম্বীশিংনি হায়বা অমুয়াইমা খংই। নুমিৎ খরনিগী মমাংদা ফৌনানা লেক লেক লাওরবা অশংবা লৌবুক্তুনা খুলগী লম্বীদগী নোংপোক থংবা চীংয়া পক্না শন্দোকখ্রিবদু মমিৎতা উরকই। অদুগুম্বা লৌবুক অদুগী মরক্তনি চীংমায়দা শুগনুগী লম্বী ময়াদা তাবা পাঙনতাবী খুল তন্না অমম্বা মরক্তা য়ান্না চোকথনা অমুয়াইমনা হোল্লক্লিবদু।

হিদু কল্লবা ইরৈ অমনা মখা মায়কৈরোমদা খঙচেন চেম্থরকই। নৌদু ঈশিং মনুংদা থিংজিন্দুনা য়েংই। লৈবাক থেংনদে। ফৌনা অমত্তনসু পল্লক্তে। মরাম মরিলনি হায়বা খঙলকই। শুগনু তুরেল তন্না চেম্থরক্লিবা অচৌবা খোং। মীৎকুপ খরদং ফ্রে ফ্রে হায়বমখৈ হিদু মখারোমদা চেম্থরম্বদগী অমুয়াইমা হৈশিংনা পাঙ্গল পুম্বা শিঞ্জিন্নদুনা হিমায় চুন্নকই। য়ান্না ব্নানা লাম্থোকরকই। মশাদু পাঙ্গল অমত্তা য়াওদ্রে। হি হোনবা লেপথোকতুনা – নোংমরক্তা বিড়ি মচৈদুমা মৈখেৎ খেৎপা লাকনরকই। হৌরবা মৈখেত্তুদগী মৈরি অমত্তা থোক্লক্তে। বিড়ি অদুসু পুমচোৎ চোৎলে। শাওনিংলকই। অমম্বা মরক্তা লাক্তুনা লংথোকখি। কয়াম কুইনা হি হোনবা

লেপ্পুরবা খঙদে।

'কৈদৌরে – লেপথোক্লুনা লৈরবদি?' থাবল্লেনা হংলকই। অমুয়াইমা খঙহৌদনা শাওগৎলকই। মচিন্দা খঙহৌদনা হায়দোকখি।

'ঐবু য়োৎনা শাবরা? ঐবু ষন ইরোইরা?'

'চৎকদবদি মাইল অমরোম ৱাৎলি। অঙাংশিং অসি নোংনা পুন্নপ লুপ্লে – শোয়দনা নারনি।'

'নাসনু – শিনিংঙগা শিসনু। ঐসুনে হি মথকসিদা নোংমা শিবা শোয়দ্রবনি। মসিগী হিসিদং মৈ থাদোকখিদ্রিবমখৈ – নরক তাদুনা অদুম লৈরগদবনি।'

থাবল্লে তুমিন লৈখরে। শাওরিবসে মঙোন্দা নত্তে খংলকপগুম তৌরকই। জ্ঞান খরা খরা তারবা মচানিপাদুদি অমম্বদা মমিৎ তরু তরু পাংদুনা লৈরি। অতোম্বদু খঙহৌদনা মমাগী মথানুংদগী খংকপ কপলকই। মদুদদা অমুয়াইমা থৌনা অমা লাকপগুম হিদু হোল্লকই। নোংদি অরেপ্পা লৈতনা কন্না চুরি।

চাওবগী য়ুম য়ৌরকপদদি অমুয়াইমা অমুক্কা হেন্না জ্ঞান মাঙবা হেল্লকই। পীক্রবা শঙ্গোইদু নুংঙু চাইরেলগী ইমুং অনি অহুম্না পিক থল্লম্মী। চাওবনা হাওনা অমদি শিঙিৎ খরনা কা মচা মচা খরা খাদুনা লৈরম্বদু উরকই। কদাইদনোমা থুংলুবনা ফরগদ্র থল্লকই। অদুবু মাগী মরুপ চাওবনা য়াদে। চন্ন চন্নবা শঙ্গোই অদুদা লৈবা তারকই। পোৎ চৈ পুম্বা হোঞ্জিনবা লোয়রগা অমুয়াইমা চরুগী মোম্পাক মথক্তুদা হিপথরকই। পৃথিবিপুম্বনা নম্বরক্লবগুম মশাদু পুমচোক চোকথৈ।

'খোইদুমগী য়ুমদুদি পুমতেক তেক্লে। ' নুংঙুদগী তোম্বনা থাবল্লেদা হায়রকই।

'মাগীদি খরবু ফরি চাওভলগী শাবদা-ঙাইরিবা লৈরং তাবা য়ুমদু ঈশিংনা চেম্থখিদুনা পোৎ-চৈ অমত্তা লৌথোকপা নঙহৌদ্রবনি।' অমনা অমুক হায়রকই।

অমুয়াইমা পুন্নমক তাই। য়েনখাদা নোংজুথাদা শিজিন্নবা পৈহৌবা শীং, কুইনা শেমজিন্দ্রবা মাগী মপাঙ্গল য়াওরক্লবা য়ুম নিংশিংলকই।

'ইচে স্নাজাওবীগী লৌ অদুনি ঐনা পাম্মুরিবদি। ফজনা মমুন ফারবা অঙন ফৌদু ঈশিংদা পুন্নুপ লুপখরে।' উংদুনা ফম্রিবা চাইরেলগী স্নাজাওবী য়েংলগা তোম্বনা অমুক হায়রকই।

অমুয়াইমা ৱা মচেৎ অমত্তসু ঙাংদনা ফুক হৌগৎলগা তুমিন্না নোং মরক্তা অমম্বদা থোকখি।

থাবল্লে মপুরোইবনা থোকখিবদু পোৎ চৈ লোয়শিন লোয়শিন্না ৱারী তারিঙৈ উহৌদে।

পুং কয়াম তাপ্রবা থাবল্লে খঙদে। অদুবু পুঙ্গিগী অরা-অনা পুম্বা কাওথোক্নুনা শঙ্গোয়দুদা শৈদাংলরিবা খুদিং অশিবগুম তুমনখ্রে। থাবল্লে মীৎ কক্পা অমত্তা উইশিনবা য়াদে। নোংদি পাথখরে। ৱাওরি ৱাওরিবা থাবলগী মঙাল শঙ্গোয় অদুদা ফাওজিল্লক্লি। মশাদু হায়ফেৎ হায়রদুনা অমুয়াইমা চংলক্লিবদু থাবল্লে। উই। মনাক নকশিল্লকপদা য়ুগী মনম ফাওরকই।

'নুমিৎ নিনিদং ছুটি পিবিয়ু য়ুম থুগ্রে হায়বফাওবা য়ারক্তে।' অমুয়াইমা থাবল্লেদা মখোল ফাইরপ তৌনা হায়রকই। শুগনুদা ইঞ্জিন্যারগী মনাক্তা চৎলুবনি হায়বা থাবল্লে খঙলকই। য়ুগী নেশানে লমশাং চৎলুবগী অৱাবনে কাংথোন মচিদা হিপথরকই। অমুয়াইমা ৱা মখা ঙাংলক্তে। তুমথখ্রবগুম তৌরকই।

ৱাওরি ৱাওরিবা থাবলগী মঙাল অমুক অমম্বনা কুপশিনখরে। মিৎকুপ খরগী মনুংদা খাকপা লাওবগা লোয়ননা অকনবা নোং চুথবা হৌরকই। থাবল্লে তুমথবা হৌরুরবনি – অদুবু অমুয়াইমানা খঙহৌদনা হায়রকই –

'ঐ থবক অসি তোকথোকলনি। মসিগী থবক অসিনা ঐবু হাৎকদৌরি। হকচাংসে য়োৎমক্তি নত্তেদনা।'

'নোংমা নিনিদং মহুৎ শিনবীনবা মী অমত্তা লৈত্রনে?'

'লৈতদুনবু হায়রিবনি। মহুত্তি লায়রদনা – পৈশা লৈতে হায়দুনা তলব ফংদবা থা অনি শুরে খঙলিবদুনি। ঐখোয় অনিদং থম্বীয়ু হায়রক্লিবা কুইরবনি। অদুবু – মনাওইনা তাদে'

অমুক তুমিন লৈখি। চহী খরসিদা অহল খংওই ওইশিনখ্রবা, পুন্সিগী থাংঙমদ্রবা পোৎলুম অমনা নম্ববা মাল্লবা, মমিৎ উইশিল্লিবা মপুরোইবদা থাবল্লে মুন্না য়েংদুনা লৈরকই। তুমখ্রবোই নিংলুই। তপ্না হংলকই –

'অঙাংশিংদি করিমত্তা পিজখিদ্রবরা?'

'তা চাওবনা খরা পিজখরে।'

অমুক মথা তারকখিদ্রে। নোংগী খাকলাওবগী মখোল নত্তনা মীনিলখোল অমত্তা তাখিদরে। পুমচিক চিকখরে।

ঈশিংনা ইমায় পারবা পাক্লবা শুগনু তুরেলগী ময়াই মক্তদা চাওরবা থোং অদুনা তেক্নুনা তারিবদু অমুয়াইমা নুমিৎ খুদিংগী চহী কয়াসে অদুম্মক য়েংই। অহিং চুপ্পা তারম্বা নোং খঙহাং হাংখিদুনা য়াক্লবা নুংশানা কোকতোন্দা হৈথরি। মৈশা ফাওদবগুম অমুয়াইমা তোর্বানদা তুমিন্না ফমই. অরাপ্পাদা ঈশিং মনুংদা লৈরিবা মাগী খোংয়াম খূল উরকই। মদুদা নত্তনা চাইরেল, নুংঙু তাংজেং। খুঙ্গং

ফাওদুনা চৎলিবা লম্বী অমত্তা উদে। শংবানরবা পাক্রবা লৌবুক অমত্তসু উদে। চীংখোঙ অমদগী চীংখোঙ অমফাওবা শন্দোকখ্রিবা ঈশিংগী ইপাক্তু নত্তনা। চপ চপ তুমিন লেপ্লিবা উপাল ৱাপাল মরক্তা-ইগী য়ুমশিংনা খরা খরা থিঙ্গৎতুনা লৈরিবদু উরগা মাগী য়ুম ইংখোল নিংশিংলকই।

'অমুয়াইমা, চৎলসিনে।' অমুয়াইমা মঙফাওনবগুম তৌরকই। হঙ্গৎনা য়েংখৎলুবদা লিলপাওনা মশাপুম্বা চৈগুদা ঙাথরদুনা লেপ্তুনা লৈরম্বদু উরকই। ঙরাং গেলজাংদগী ইঞ্জিন্যারগী পিওন ওইবা মচানুপা লিমতোঙগীদা লাকপনি। মচাগীদা তলব লৌবা। থা খুদিংগী লাক্কনি। অমুয়াইমা নিংশিলকই থা অনি তলব ফংদ্রিবদু। লিলপাওগী কায়রমগদবা আশাদুগী মরমদা খল্লকই। অদুবু অমুয়াইমা তুমিন্না অদুম্মক ফমদুনা লৈরকই।

'ঐবু য়ুমদদি য়ৌনিংই নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা। নমাদুসু নাদুনা লৈহৌবনিনে.' গেলজাং খুন্দা লৈহৌবি শোল্লবী লিমতোঙগী মমাদু মমিত্তা উরকই। মচাগা তিন্নবনি হায়দুনা মাবু লুনা তৌবিবদু নিংশিংলকই। অমুয়াইমা তৌফম খঙলক্তে।

থম্মোয়দা শাওনিংবা, পেন্দবগী ৱাকৎ কয়াগা লোয়ননা অয়ুক্তা অমুকখক্তনি মহাক্না তোর্ব্বান ৱাংমদা হি হোল্লুবা। অদুদগী ময়ুমদসু হন্দনা তুমিন্না তোর্ব্বানসিদা ফমলক্লিবনি। অমুয়াইমা তোর্ব্বান ৱাংমদা হি লাকপা ঙায়নরিবা ময়ামদুসু ঙসাইমখৈ উই। মদুদা নত্তে। চীং নাপোমদা থারিবা লমকাগী বসনা শাংনা শাংনা হোরোন খোংলিবদুসু তাই। তুরেল ৱাংমদা তারিবা খুলগী খুঞ্জাশিং – ললোনবী কয়া তোর্ব্বান নাকল অনিমক্তা লেপলিবশিং অমুক নৌহৌননা য়েংলকই। সরকারগী হি অসি নত্তনা তুরেলসিবু লাম্থোক লানশিন তৌনবা অমত্তা লৈতে।

'তাদা, অঙাং অসি য়াম্না কপ্লে। চাকসু লাম্রমাল্লে।'

হুমাংনা লুপ্লবা পিক্রবা অঙাংদুনা মমাগী মথাদা কোল্লদুনা কপ্লি। তোর্ব্বান ৱাংমদা লৈরিবা নাপৎ খুন্দগী নুংশিরৈনি। ঙসাই অয়ুক শুগনু কৈথেলদা পোৎ য়োনবা হিদুদা তোংদুনা চৎখিবনি। পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই কয়াদা হকথেংমিন্নরক্রবা লাংতক্লনা লেপ্লিবা খুঞ্জাশিং, চীংলক কয়া ফাওদুনা চৎখিগদবা মতম কুইনদগী শকখঙনরক্লবা মীওইশিংদু অমুক নৌহৌননা উরুরগা অমুয়াইমা খঙহৌদনা হায়রকই –

'হিদা কাখৎলো। ময়াম কাখৎলো।'

অমুয়াইমা মশাফাওবা খঙজহৌদে। করম্বা মিৎকুপ্তা পেন্দ্রবা থম্মোয়গী ৱাকৎ কয়াগী পন্দু করম্না নিঙখাইখিবনো হায়বা। লোক্তাক্তগী ফুম কয়া খুম্নক-ইরক্তগী

তাওথরকপা শা-ষণ-কাওশিংগা ইরোইনরবা ঈরৈ কল্লবা তুরেলদুদা মশাদু য়াম্না চোকথনা তপ্না তাপ্না হি অদু হোল্লকই। তেক্তুনা তারবা শুগনুগী থোংদা কাওশিংশিংনা ঙহাক পল্লম্নগা চীংনুংহুৎ তন্না চেস্থ্রিবদু উরকই। অদুদগী ঈশিংনা থুন্নবা মাগী খোংয়াম খুন্দুসু। হিদু হোন্না হোন্না নুমিৎ তাগদবা কয়াম ম্বাৎলিবা – মাগী খোঙচৎনা কয়ারক লৈরিবা থল্লকই।

* * *

শাবদা ঙায়রিবা পিক্লবা লিতানগী থোংগী য়োৎকী রিলিংদা ঙারদুনা তোর্ব্বান ম্বাংমা ম্বাংমা লাম্থোক লানশিন তৌরিবশিং অদু অমুয়াইমা তুমিন্না য়েংই। মীপুম খুদিংনা মাবু তরাম তরাম কৌরম্মী। সরকারনসু মীয়াম্নসু দরকার লৈত্রবা অমুয়াইমা নুমিৎ খুদিংগী নুমিদাংম্বাইরমদা থোং অসিগী মথক্তা লেপ্তুবা নুমিৎ য়াওখিদে। হৌজিক্তি তাম্নবা খুঙ্গংশিং, লবুকশিং, ফজরবা চীংনাপোম অদুগা মাগী খুঙ্গং খোংয়াম অমম্বনা কুপশিল্লক্লে। অদুদগী তপ্না তপ্না শুগনু কৈথেলগী য়ু য়োনফম তন্না খোঙশাল্লকই। ○

*মার্চ্চ, ১৯৯১ ইং*

# কনাগী মায়য়োক্তনো

'সমরেন্দ্রদি?' থংনবা কাদা মচানুপাগী মখোল তাবদা চহী মরিফু হেল্লক্রবা তোয়াইমা মঙফাওনৈ।

'নোংঙান্দগী নুমিৎ'তা ফাওবা য়ুমদগা লৈবা অঙাং নত্তে। মা অমসু মাঙলবনি। মচিন মপ্পাদমক পোকপদা অনিমক পুমশোয় হেক শোয়রে।' মমৌনুপীনা হৌনা খুল্লকপসু তায়।

শুবদনি মপা মমানা ফন ব্বারক ব্বারক্লা অঙাং ওইনা তেন্থাদাময়ুম পানখি। লুহোংবা ইকুই কুইদনা মাগী নুপা শিখি। য়ু থকমনবদগী ফিরাক নাম্বদুনা শিবনি হায়। ফিরোই হেক লোয়বগা মপামদা হল্লকখি। লাইবক ফবা হায়গদরা ফত্তবা হায়গদ্রা মচাদি পোকহৌদে। করিগুম্বদা মরাইবক থীরবী মশুগী মরমদা হেক হেক খল্লি। খঞ্জবতনি। পুন্সি তেনশিন্নবা হায়বদুনি। ফমুংদগী ইহেন হেম্পোক্লবা হনুরবা মহাক্লা করি তৌবা ঙমগনি। ফমুংদা হিপ্তুনা লেমহৌরিবা পুন্সি মতেক্তু লেনবা নত্তনা। অদুবু হিংলিবা কৌবনিনা পুল্লমক তায়। উই।

'অঙনফৌগী লৌহোন্দু ককচিংদা খরা লৈরে হায়। মীনা পরপ পরপ মুস্রে। ঙসি লৌহৈদ্রবদি ফংলরোই।'

'ষণগাড়ি পুরগা মাই-বাজিনা খরা লৌবিরুরোদনা?'

'সমরেন্দ্রদু ঙৈহাক থাগে তৌবনি। কলেজসু কাবা নত্তে। পরিক্ষাগী লাইরিক পাবসু নত্তে। মাবু য়ুমদা ঙৈহাক্তং লৈতবসিবু কদায়দা চৎখ্রিবনো?'

'খঙজদে- খঙজদে। আ-চীংথক্তা কুম্মৈ য়েংবগা চৎলমগদরা? মঙোন্দা আশা তৌরদি ওইররোই।'

'ঐনা ককচিংদা চৎলদি খেবদদি কনানা চৎকনি? ঙরাংদগীনি বাজিনা তর্পন কৎপা য়াওদবা য়াদে হায়রিবা।'

'লৌনা লুবরা, খেবদা চৎপনা লুবরা – ঐহাক খঙজদরে।'

মমৌনুপীগী খোন্দাদু মওং অমা তৌখি। মনা থাঙ্গৎতুনা মখা তানবা হোৎনৈ। করিমত্তা তাখিদরে। থম্মোইদা চৈনা অমা ফাওরকই। হৌগৎলগা ফমুংদা ফম্মী। হাংদোক্লিবা থোঙনাওদা মঙম শান্দ্রবা মমিৎতুনা য়েংই। মশেন মরাং উই – পাক্লবা

লবুক . . . মাগী খুঙ্গং ফাওদুনা চেল্লিবা থেক খোয়রবা অদুন্নদি ওইরগ ঈশিং নিংথিনা চেস্ত্রবা অপিকপা খোংজোম তুরেল . . . লাংগুথেলগী চীংমায় – শক্তিবুগী অশংবা হানৌনা কৃপ্লবা . . .। মপাসু মফমসিমক্তদা ফমদুনা থোংনাওসিদা য়েংদুনন্তা লৈখি। মোমোন মোমোন নোক্লুনা। অদুগা শিখি। মপানা নোকপগী মরম তোয়াইমনা খঙখিদে। মহাক্তি নোকপা ঙমদে। মদুগী মহুত্তা চোৎলবা মমিত্তা পি ওইনা শিন্দ্ররকই। মপানা মঙখিবা মঙ অদুবু করম্বা মঙনো? তোয়াইমা মথন্তা হংজে।

'লৌহোনগা লোয়না তোক্রে। লুপা চনিয়াখ্রে খক থম্বদু লৈরমদ্রে।'

'মুল্লা য়েংবীয়ুদা? থম্ফমগা ওন্নরম্বসু য়াই।'

'থম্ফম হায়ববু ডাইরি মনুংসিদা হাপ্পা। মখোঙ পাম্দুনা চেন্দি চেল্লমলোইদনা? নচানুপাদুনা লৌথোক্রমগনিয়ে।'

'অদুক য়াম্বা শেলদি মাসু লৌরম্মোইদা।'

'লৌরমগনি। ঙসাই উপুগা য়াম ফাক্লুনা থিরম্বনি। মথোং য়াম চাদ্রবনি। হায়রোই হায়না হায়দবনি।' মশুনুপী শুবদনিনা ফিশাকোন্দগী লাওরকই।

'ঙসিদি খঙগনিদনা!' মচানুপানা তকশি শোনখি।

তোয়াইমা ফমম্বদগী হিপথে। স্বর শাংনা হোল্লি। মহাক্কী মপানা মাবু য়েক্লকপদা ব্বারমগদরা? অয়ুক্তা লৌ শঙম অমা লৌহোন ফোইরকখি। নিংথমথাদা অহিং কয়ানি চীংলক্তা শীঙ চন্দুনা চহী অমগী থানবা শঙ্গোয়দা পৈখি। নোংজু-নুংশা খাকখিদে। অব্বাবা মশক খঙদনা হিংখি। নোমখি। শুখি। মচাবু ইম্ফালদা লাইরিক তমহনখি। মদুগী মহৈনা স্কুলগী ওঝা মচা অম ওইবা ফংখি। মশুশিং অসিনা মচানুপাবু কয়দা পোখাহনখিদ্রবা! ফমুংদা হিপ্পা-হিপ্পা মমাবু নিংশিংলকই। মপাবু নিংসিংলকই। করম্বা পোৎশক অমনো মপাদুনা থোংনাওদুদা উখিবা মদুনা মাবু মোমোন নোকহনবা!

অঙাং ওইরিঙেদা মপানা ব্বারী কয়া লীবিখি। চহী তরেৎ খুস্তাকপগী, ভৈগ্যচন্দ্রনা শামু ফাবগী। মীতে মচাগী কন-থৌবগী। থাং-তা হৈবগী। খোংজোম লালগী ব্বারীনি মহাক্লা থব্বাই তানা লিঙখিবা। মহাকসু লাম্মী ওইখি। লানফমদা শোকখি। শোয়নায়রবা মখোঙদুগীদমক চাওথোকচৈ। ইতৎ তত্তনা হায়বা ব্বাহৈ খরা হৌজিকসু মনাকোংদা তারি – 'তোয়াইমা, ঐহাক নিংশিংলি নুমিত্তু শক্তিবুগী ১৪ নি পানবা শগোলশেল নুমিৎনি। অকনবা লানফমদুদা পাওনা ব্রজবাসি মথুৎ অনিদা থাং হাইনা হাইনা তুখি। ঐহাক ব্রজবাসিগী মনাক্তা চেনশিনখি। থংনবা মীকুপ্তা

পৃথিবীপুম্বা মমখি। বৃটিশনা কাপ্লকপা টৌপকী মচেৎনা পানখি। নুমিৎ অদুগী মণিপুরগী নিংতম্বা মাঙখ্রবনি। খোংজোম তুরেল অঙাংবা ঈতনা চেনখিবনি। তোয়াইমা, ঐ হিংখি। হিংবগী নুংঙাইবসু লৈ। নিংশিংবগী . . .।'

'– পুবোক' মঙফাওনৈ। মশুনুপী শুবদনিনি। থোংনাওদা য়েংই। অয়ুক্কী অমেংবা নুমিৎকী মঙাল মাঙথরস্লে। তরু-তরুবা নুংশাগী মঙালনা মালেমদা চায়থোক্লি। লৈচিন মচেৎ অমত্তা পক্লবা শংবান্নরবা আতিয়াদা উরোক শঙ্গু শঙ্গু পাইখ্রি।

'– নপাদি খেবদা চৎখিবরা?'

'চত্তে' – শুবদনি হিক হিক কপ্লকই। মখা তারকই – 'ঐখোয়গী সোমোদু হেরোইন কাপ্লস্মী হায়দুনা নহারোলনা মফৈগন্দা নোংমৈনা কাপ্লস্মে হায়। ইম্ফালদা পুখৎখরে। ইমাগা বাজিগসু চৎখ্রি।'

তোয়াইমা ভাব তাদে। হেরোইন কাপ্লা? সমরেন্দ্রদা নোংমৈনা কাপ্লা? মসিবু মঙলনে? মসিনা করম্বা লানফস্লো? কনাগী মায়য়োক্তনো? নুমিৎ অসিমক্তদা মপাসু নোংমৈ শুলিনা পানখি। লৈ খুজোক অমত্তং কৎলুবগী মহুত্তা মসিনা করম্বা লানগী পাউনো? মহাক মঙশুস্মী। মশুনুপীদা হঙগে খনবমক্তদা খেবচীংদগী মশিং য়াম্নবা নোংমৈগী মখোল তারকই। অদুদগী তুজুংলবা লাম্ট পোম্টকী বেঙ্গুন মখোল। ময়েক শেংফাত্তনা তোয়াইমা তর্পনগী ৱাহৈ খরা মচিন্দা শোনখি। ○

*এপ্রিল ২৩, ১৯৯১ ইং*

## ইজ্জৎ

ছুটি নুমিৎনি। নুংশানা য়াক্লা শাই। নোংম-নীনীসিদি খাঙফমগা খণ্ডদে। ছুটিনি হায়দুনা অয়ুক্তগী ভৈহাক্তং ফাওবা পোত্থাবা ফংদে মীরোলগা লৈতবগা ফিশু ফিজাম্বা, ইমুঙগী মকুপ মতা নোম্বদা হকচাংসি পোপ তাই। টেবল ফেন থাদুনা ভৈহাক্তং পোত্থাগে খন্দুনা মী ফমফম কাগী সোফাদা ফমথবদা মণ্ডায়রি। মাঙ্গোন্দা শান্নরিবা ইচানুপীদা হংবা তাই,

– নমাদি ওফিস কাখিবরা?

অমুকসু মতোমতা হায়খি,

– ছুটিনিনে ইকাওবু কাওথোক্লুরেদা।

মসিগী নুপীসিগী হৌনবী তৌরক্লগদবনি। ওফিস কারমদাইগুম্বা, থবক্লা চিন্নকলবা মতমদা ফুৎ ফাওরক্কনি। হৌজিক্লা শাথ্রবা নুংশাসিদা অমুক। ইচানুপীনা খুমফাৎত্রিঙৈদা ঐনা খুম্মি,

– ইন্দোল, ঐ লৈয়ে।

হৌগৎকে তৌবদা মণ্ডায়রি। মশাদু হুমাংনা পুল্লুপ লুপ্পমখৈ ঙারুবাক্তুমগা মী ফমফম কাদুদা চণ্ডশিল্লকই। ঙারুবাক্তু থন্না থন্না গালিচা মথক্তা ফমথরকই। কোক্তগী ফৈজাদুনা মমায় মমীৎ তৈথোক তৈথোক্লা হায়রকই,

– শাখরে, শাখরে। করি খুৎশানো। মী হাৎকদৌরি।

– করি ঙানো, ইন্দোল থম্বাল?

– য়াম য়াওরি। ঙাগা লায়রি ভৈহাক্তং পোত্থাখিগে। পংখাসিদি নুংঙাইখরেদা।

হায়না হায়না গালিচা মথক্তুদা হিপথরকই। ফৈজাদুদা মোন খাঙলদুনা। ইকান কান্নদনা নাখোকপগী মখোল তারকই। খল্লি ওম্প্রোকপগী নুপী হায়বদুনি। পুঙ্গিসিদা লিশাং শিংনা শকখণ্ডনরক্লবগুম তৌরিবা মাগী মওংদুদা নোক্লীংবা অমসু ফাওরকই। মসিনা করম্বা লিপুননো? ভাব তাদে। অসুক থুনা তোরোৎ খোয়দানরক্কনি হায়বসি ঐহাক খনখিদে।

চহী য়াম্খৈ হেল্লবী ইন্দোল থম্বাল নিংথৌখোংদগীনি। লৈরক খুল্লক্তা চত্তুনা ঙা য়োল্লি। য়ুমথোঙ খুদিং চণ্ডদে। ইনাক খরা খুল্লমগনি খনবা নৎত্রগা অচৌ অশাংগী

ইমুং মনুংদনি মহাক্না চঙলিবা। থম্মোইদা ইতোমতা হংজে – মানা চঙলিবা য়ুম খূদিংদা অসুন্না তৌরমগদ্রা? ঐহাক খঙদে।

– রানিতোম্বী, নুমিৎসিদি আঃ য়ৌখ্রেদনা।

ঐসু থৈহাক উইরুরমাল্লে। মীৎকপ খঙথোক থোকই। মখা তারকই,

– ঐহাক কনামত্তা চংলরোই। ঙাসি লোইনা লৌহৌরো।

– অসুক য়াম্বা ঙাদি ঐদি কৈদৌননি? ঐবু ঙা ললোল্লো হায়রিব্রা?

ঐনা নোক্কুনা হঙলুই।

– সিবু কয়া য়াম্বনো? লুপা চহুম খক্তগীনি। অদুগনে নুমিৎ খরনিদি ঐহাক লাকপা ঙম্লোইদৌরি।

– করি তৌদৌরি?

মায়থোংদু মকা লাম্রকই। পুক্নীংগী নুংঙাইরবা ইহূল অমা ফাওরকপগুম তৌই। নোক নোক্কুনা হায়রকই,

– মেরাগী পূর্ণিমাদা, গোপিনাঠকী মান্দোবতা জগোই কৎকদৌরি। ইশুনুপীনা থৌরানি শাগদৌরিবনি। রানিতোম্বী ইশুদুনা – মখূৎ মচাদুনা থেক থেক্কুনা শাবা জগোয়দুদি নঙ উদ তৌনি, কয়াদি ফজখরে।

মগুগী মতৌ তমদুনা খুইরবা মখূৎ অদুনা থেক থেকতুনা ইম্পোল থম্বাল জগোই শারকই। অদুদগী মতোমতা ইশি শিনা নোকই। ঐসু নোকপা ব্বানা খাঙডি। মীৎকুপ খরদং মাগী সংসারদা ঐসু য়াওরুই। মখা তারকই,

– জগোয় য়েংবা লাকউকো। অয়ুক্তগী লাক্কদবনি। চাক্কা হাপলমগে।

– জগোইদি ইম্পোলনবু হেন্না ফজনা শাখরে।

– অদুবুদি নহা ওইরিঙেদা জগোই ঈশেদা ঐখোয়সু ফাওরক্লিবনি। হৌজিক্তবু অহল ওইবগী শক্ক খীজিন্নকপগী তৌবনি।

– হৌজিকসু ইম্পোলবু কনানা থী হায়রিবা?

– অওইবরনে?

অমুকসু মথন্ত থব্বাই তানা নোকই। নীংঙাইদনা ফমদোক্কুনা নুংঙাইনা লেম্মোকলিবা মাগী পুন্সি – মসিনা করম্বা লাইব্বানো?। পুন্সিদা অব্বা অনা হায়বদুবু মঙোম্দা লৈরমগদ্রা?

ইতোমতা খল্লি।

– হায়গুমদনা রানি, হন্দক্তি হোলি লাক্কদৌরিবনি। ঐনা শকপা ঈশে তাওকো।

– তাদদি কৈনোনে।

– ফাগী নত্তে।

– ইন্দোলদবু ঐনা ফাগী তৌখিদরা?

তূমিন লৈখি। ঙারুবাক্তগী ঙাশিং অদো তঙখায় খায়দোক্লুনা ঐঙোন্দা তঙখায় অমা থমম্মী। তঙখায়দুমনা ঐখোয় লৈকাইগী ডাক্তরগী ইমুঙদা নমদুনা থল্লমগনি হায়রম্মী। চৎলমদাইদা থোংজিন্দা লাউরম্মী,

– জগোই য়েংবা লাকপা কাউনুকো। লোক্তাক মপানগী ফজখ্রবা ঐখোয়গী খুল অদুসু ময়েংঙু

থোকখরে। মচিন্দা ময়েক য়াওদবা নটকী সুর অমা শুংলদুনা। খল্লকই – মাগী মশুনুপীগী জগোইদুবু য়েংবা চৎকদরনে?

য়াউশঙগী হুন্নি চনবা নুমিৎনি।

ঙাংশং ঙাংলবা নুমিৎনা কোক্তোনদা লৈরি। ইথা থাজদনা লমদা থা অসিদসু নুংশানা মৈশা শন্দোক্লি। মখোয় বাবাগা থবক তৌমিন্নবা ইঞ্জিন্যার কাঙবু অমা, মখোয় তরামুক শুমাঙদুদা ধোলব থীন্দুনা ঈশৈ শক্লি। জগোয় শারি। মবুক, মমায় মওং মরিল নাইদনা নোয়বা ইজিক্যুটিব ইঞ্জিন্যার ধননা হিন্দি ফিলমগী ঈশৈ মতেক মতেক ময়াম অমা শকথরকই। মচিন্দা পঙথোক্তা থোরকপা মখৈ। ওহ্লোক ওহ্লোকপা সুর মখৈ থোরকই।

মখোয় খরমদি য়ুগী নেশানা চুন্না ফাওবা লেপ্পা ঙমদ্রে। অদুবু চোংফন্দুনা জগোয়নি হায়দুনা তাল য়াওদনা পঙচোঙদা অমুক চোঙই। আবের অমুক তৈনৈ। মচু কয়াগী আবেরনা পুল্লোই লোইরে। ঐসু মখোয় বাবাসু। ওহ্লোকপা হোলি হায়বদুনি। লোয়শিনখ্রবদি ফখ্রনিদা খল্লকই।

– গিলাস খরগা ঈশিংগা পুরকউ।

ঐগী নুপানা হায়রকই। উচিন নাচিন্না হোলিদু লোয়খরে। ঐনা গ্লাস পুথোরকপদদি অঙাংবা য়ুগী লীক্লি অমা টেবলদা থিল্লম্মী।

– দক্ষিনাদি চাউবা তাইকো, মেম সাহেব।

নোক্লুনা ইঞ্জিন্যার ধননা ঐঙোন্দা হায়রকই। ঐখুমদে নোক্তমক নোকই। য়ুগী লীক্লিদু লোইখিবগা চৎনবা হৌগৎনরকই। মহোই' বাবানা লুপা তরা চৎপীগী পিন কায়দ্রিবা মপুন অমা দক্ষিনা ওইনা পীখি। লোয়বা নাইদ্রবা বরগী পরেং অমা

হৈথরম্মগা হাইরং তুরং থোকখি। ঐহাক চনিং তানা স্বর হোম্দোকই.

গ্লাসশিংদু লোয়শিন খোমজিনবা হোৎনরিঙেদা মখোয়' বাবা চঙলক্তুনা হায়রে,

– নঙগী ঙায়োনবীদু মী ময়াম পুদুনা চঙলক্লে। লুপা কুনলা কুম্ভারা পীরগা কোম্প্লোংদগী থাদোকখোকো।

ঐনা কনখৎতুনা খুম্মী,

– নহানখৈ হোলি শকচগনি হায়জদুনা লাক্লিবনি।

– মথোং মরম খঙদবা, ইজ্জৎ লৈতবা মীগা সঙ্গ তৌনুকো।

মখা খরা খুমগে খনবদা ইন্দোল থম্বাল ধোলোব মন্দিলা পায়বা ময়াম অমা পুরদুনা মাঙ চঙলকপদু উই। দক্ষিনা খরা কৎলগা তোকলসি হায়গে খনবদু ইন্দোল থম্বাল উবদা চীন কাঙথোকপা ঙমদে। অসুক থাপ্না হোলি শক্কনি হায়দুনা লাক্লগা করম্না তরাই থাদোক্কনি। নীংশিংলকই মশুগী জগোয় য়েংবা চৎখিদবগী নুমিৎ কয়ানি ঐখোয়দা চঙলকখিদবদু।

– ইবেম্মা রানিতোম্বী, ধুপ থাউমৈ পুথোরকউ। থেঙখরে। মফম য়াম্মী শক্কদবা।

শুমাং অকোয়বদা ময়ামদু লেপলকই। লৈশাবী মচা মৌনহাশিং – ইন্দোল থম্বালগী চহী লেঙ্গাদা নত্তুনা য়াওরি। মন্ত্রনা শুক্ষৎলবগুম, ধুপ থাউমৈ থাগৎলি। ভাবোক ওইবীনবা অহল অমনী মী থাদুনা কৌহল্লুই।

ঙাংশং ঙাংলবা নুমিৎনা নোংচুপ চীংয়া পক্লক্লে। অঙাংবা নুমীৎকী মঙাল্না মালেমদা আবেরগুম্না চায়থরি। পূমঙৌ ফনেক, অঙৌবা ইন্নফিদা পেচকারিগী মচু মচু তৈরবা ফীজোলদা নুমিদাং ৱাইরমগী নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈরি। ধোলব, অমদি মন্দিলাগী তালদা হোলি ঈশৈ শকলকই। খোঞ্জেল ৱাংখৎলকই।

ধুপকী নুংশিরবা মনম মরক্তা ইন্দোল থম্বাল ইনখৎলক্লিবা লৈশাবী মচাগুম খুৎতা মন্দিলা পায়দুনা থেকনা থেকনা জগোয় শাই। অদুদগী অমুক আবের খুবাম খুবাম চায়রকই। ঈশৈ শক্লকই –

'– মৃগমদকা চন্দন লোয়নবা আবেরনা

ফুইনা চায়রি কৃষ্ণনা শ্রীমতি রাধিকাদা ....'

ঐহাক খল্লকই ইন্দোল থম্বাল নহা ওইরিঙেদা কমদৌরমগদগে? নুমিদাং ৱাইরমগী নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎপা নোংজাবীগী মচু মরক্তা ঈন চিংনা চিংনা লোক্তাকতা খুল্লং ঈশৈ শকহৌবীশিং মীৎমাঙদা উরকই। হিনাওনা চাইনা চাইনা

ভাঙশং ভাংলবা নুমিৎকী মঙালদা অঙাংবা মচুনা থক্তোক্লবা অরংবা ইপাক্তা ইপোম থোকনা হোল্ল হোল্লদুনা খুল্লং ঈশৈ শকহৌবীশিং।

হোলিদু লোয়রকপদা ইন্দোল থম্বালবু তুমিল্লা থোঙজীন্দা কৌশিল্লগা হায়,

– দক্ষিনাদি লুপা চনীদং কৎলগে?

– কদায়গীনোদা। ময়াম মমাঙদা ঐগী ইজ্জৎ মাঙহনগনু। লুপা চামঙাদগী তাগনু।

– য়াল্লা কৎনীংবনি। খুত্তা পৈশাদি অমত্তা লৈতে। হৌজিক্তা কাঙবু অমসু চৎখিবদা মঙায়রি।

– মমল তিক্লবা য়াদবনিনা লৌবা তাবনি। ঐগা তিল্লবা খঙন চাল্লবা অচৌ-অশাংগী ইমুংনি হায়দুনা ঐগী মায় ওইগে চঙলকপনি।

লুপা চনীদু লৌরগা ময়াম মরক্তা চঙখি। অদুগা হায়খি;

– লুপা চামঙা খক কৎলক্লে। লাকপদগীদি মাঙজদরেনা।

নোক্লুনা হায়খি। অমুক মখা তাখি,

– ঐনা হায়দ্রা ঐগী শঙ্গ য়াম লৈবনি। থংনবদা ডাক্তরগী ইমুং অমগা লৈরি। চঙলুখিসি।

ঐহাক জ্ঞান মাঙনা ইন্দোল থম্বালবু য়েংদুনা লৈহৌই। চৎলগে হায়রম্বদুফাও ঐহাক খুম্বা কাউখি। মসিনা করম্বা মখলগী কনাগী ইজ্জৎনো? ঐহাক ভাব তাদে। লোয়বা নাইদ্রবা ব্বাহং কয়া ঐঙোন্দা থল্লমলগা ইন্দোল থম্বাল চৎখি। ○

*মার্চ, ১৯৯২ ইং*

## স্বর্গ অমসুং নরক্কী খোঙচৎ

জিপতু উরিপোক্লোমদগী কন্না থৌরক্লগা শামুমখোঙদা ব্রেক খঙফা ফায়। থৌরক্লিবদু নহানি। মশা নাল্লি। থিকাদার মাল্লি। ষ্টার্ট মুখ্বৎতে। লাউরকই – "মী মঙা"।

মখোয় তরামুক হুপচিল্লি। মশা ফর ফরবা নহারোল মরক্তা করন্না মনিরুদ্দিন জিপ মনুংদা য়াওরম্বা মশা ফাওবা খঙবা ঙমদে।

– মী মঙাখক্তা হায়রগা। অতৈ লোইনা কুমথৌ।

মনিরুদ্দিন মখোল থোক্তনা মশীং থী। নিপাল শুরম্মী। নহা ঙাক্তনি। অহল খরা ওইবা হায়ববু মতোমতনি। অমগা-অমগা য়েংনৈ। কনাসু গাড়িদগী কুমথদে। মতাইদা নপলিবা নহা অহুমদুদা মহাক্না হায়রকই,

– নহা নখোয় অহুম কুম্মু।

– নঙসু কুমথৌ, অহল ওইমল্লি।

ড্রাইভর অদুনা মনিরুদ্দিনদা মুন্না য়েংলগা হায়রকই। অদুবু পাক কুমথদে। অদুম ফমজিল্লি। অমুক নুপাদুনা লাউরকই।

– খরা থুনা কুমথৌনে।

অকোনবগী খোনদুদদি মনিরুদ্দিন ফম্নম্বদগী ফুক হৌগৎলি। জিপ্তু খরা খরা চেনবা হৌরকই। কুমথবদা মমায় উপশিন্দুনা তুগে তৌই। থিনা চৈগে তৌবদা জিপ্তুদি কন্না থৌখরে। চপ লেপ্তুনা মুন্না য়েংলুরগা হন্না য়েংথোরকপদা নহা অনীদু অৱাং দুকানলোমদা চৎখিবা উই। দুকান খরা খরা থোঙ হাঙনরে হায়বা খঙলকই। মনিরুদ্দিন তৌফম খঙদে। শামুমখোঙগী অকোয়বদা চল্লিবা নুংপাক্কী মচিদা ফমথরকই। রেলিংদা হায়ফেৎ ঙারদুনা। মখোঙ য়াম্থ য়াম্থনা।

অয়ুক অঙনবদা ময়াং ইম্ফালগী বসতা লাকখিবনি। হৌজিক্তি অয়ুক্কী অমেঙবা নুংশাগী মঙাল মাঙশিন্নক্লে। নুমিৎনা তপ্না তপ্না ৱাংখৎলকই। ইচিক চিক্লম্বা খাইরম্বন্দ বাজার রিকসো, গাড়ি অমদি মীনিলনা নিনবা হৌরকই। ইরাপ লাপ্তনা কৈথেলগী অমোংপ মপৈ মপৈ নুপা অনীনা গাড়ি মথক্তা লঙখৎলিবদু উই। নুপা অনীদুবু মনিরুদ্দিন মশক মুন্না খঙই। ঙরাংসুনি, নহানসুনি .... নহানগী মথং অসুন্না

চহী অনীরোমসি উদুনতা লাক্লবনি। অমোৎপশিংদুনা পিক থল্লবা মতুংদা নোক্লা নোক্লা মচিন্দা ক্লা শায়র শায়রদুনা গাড়িদুদা চৎখিবদু ভাব ইতা তাদনা মনিরুদ্দিন য়েংদুনা লৈহৌই।

( বেঙ্গল ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গল ... থেক খোয়রবা ইম্ফাল তুরেল, নাপীনা ইশং শংবা তুরেল মপানগী অপিকপা লম্পাক ... মশা মরেং ফল্লবা সতি খোংনাংগী মউদা ঙারদুনা নুমিদাংবাইরমগী নোংজাবীনা মচু শঙলকপদা মৌনহা, লৈশাবীশিংনা ঈশিং শোকপা থোরকপা য়েংই। হিদেন তাফম, তুরেল ব্রাংমগী হিদেন তাফম ... মুরং তৌবী নোংজাবীগী মচুনা অমুক মায়থোংদু য়ৈরবী ফতিমা, পুন্দু ꠸মগা তুরেলদা কুমথরকপা ... নোকমি নোকমি ... মকোক খুম্নদুনা ...। মনিরুদ্দিন থম্মোয় মথুম মরাং হৌই। তুরেল ব্রাংমা-ব্রাংমা ব্রারী শাম্রে। মকা লাম্র নোকমিম্রে। পুন্দু শেগাদা য়েপ্লগা হিদেনদগী কাখিব য়েংহৌই। ... অমুকসু নোকখি – নুমিদাংবাইরমগী নুমিৎকী মঙালদা নোংজাবীগী মচু মরক্তা পঙ্থুংফম খঙদনা পাইখিবা উচেকশিংবু য়েংলগা। .... ঙসিদি ফতিমাসু নোকখিদরে। মহাকসু নোকখিদরে। ফতিমাসু চহী অনিরোমসিদা কয়াদা অহল ওইশিনখ্রবা। চুম্মী মহাকসু অহল ওইরে, চোকথরে। .... সতি খোংনাংদা ঙারদুনা মনিরুদ্দিন তপ্না মমিৎ উইশিল্লি ....)

– হে, হৌগৎলু।

চৈ অমনা কক-কক থিল্লকপদা মনিরুদ্দিন মমিৎ খঙপাং পাঙই। মমাংদা পুলিস অমা লেপ্তুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক্তং ব্রাখলদু ইঙাও ঙাওই। শামু মখোংগী অকোয়বদা চল্লিবা নুংপাক্তুদা ঙাদুনা লৈরম্বদগী ফুক হৌগৎলি। চৎথোক চৎশিন তৌরিবা মীয়ামদুদা তিংঙক-তিংঙক য়েংই।

– সরক নাকনসিদা মখোঙগা তিংথোক্লদুনা নুংঙাইনা তুম্লিনে। অমুক পুলিসতুনা হায়রকই। মনিরুদ্দিন খুমদে। তুমিন্না থোং নম্মোনবী লাম্থেক্লগা ব্রাহেংবম লৈকাই পার্কিং তম্না লাকই। নুংশানা য়াক্লা শাগৎলকই। পার্কিং ময়াগী দুকান মচি অমদা ফমথৈ। ফুরিৎখাওদগী বিরি মচৈ অমা লৌথোক্লগা চিংই।

– পোৎ থাঙ্গেরা?

মশা নানবা ময়াং নুপা অমনা হংলকই। মনিরুদ্দিন মঙক নোম্মী। অয়ুক অঙনবদগী মসিনা অহানবনি।

– অব্রাং দুকান্দা পুগদবনি। থাঙ্গাল বাজার। কায়বা য়াবা নত্তে, খঙলবরা? মাংদা লৈরিবা উপুদা খুদোম্বী থিন্দুনা হায়রকই। হন্দকসু মঙক্তমক নোম্মী। উপুদু

পিক্লা উই। থাঙ্গৎপদদি খণ্ডলে, ওখাক লুম্মী। অয়ুক চাকচা মাঙদা মতোমতনা লৌহোন শঙম অমা ফোয়রম্বগী থৌনা নিংশিংলকই। অৱাংদুকান তন্না ময়াং নুপাদুগী মতুং ইল্লকই।

(সলাউদ্দিন, সলাউদ্দিন নঙবু কাছারগী করম্বা মফমদা লৈরিবগে? .... ফতিমাবু আমিনাবু অদুগা অহল ওইশিল্লক্রবা ঐবু কাওথোক্লে নত্রা? .... আল্লানা নঙবু ঙাকপীসনু .. আল্লানা নঙবু চানবিসনু)

মেরা থানি। লৌবুকশিংদা সনা মচু মাল্লকলবা ফৌশিংনা মরু লুকথ-লুকথ মরিক চুস্না পাল্লক্লে। মনিরুদ্দিনগী লৌরাকতুমসু খাওনবা নুমিৎ পারকই। হিয়াঙ্গৈ পানখৎলকপদদি লোকপা য়ারগনি। কোৎকী ফিভম য়েংলবদি হয়েংলা হংচিংলা খাওনিংবা হায়বদু য়ৌরবনি। অদুবু মনিরুদ্দিননা ৱাগে হায়না ৱারবদা নুমিৎ খরনিদা মঙায়রে খল্লকই। উচেক ৱায়া খরা ঙৈহাক তাল্লমলগা ময়ুমদা চঙলকপদা মঙায়রি।

– সলাউদ্দিনদু নুপী অমা চেল্লক্লে। ইরোং চেশাবদগী হাজি য়াইমগী মচানুপী ওইরমাল্লে।

মাগী নুপী ফতিমানা হরাওরিরা শাওনিংলিরা খঙদনা তমলকই। মনিরুদ্দিন জ্ঞান হায়ফেৎ মাঙই।

– হৌজিকপু কমদৌননোনে? চানিংঙাই ফাও লৈশিল্লক্তুকানসিদা।

– মীগী মচানুপী অমা পুরক্লবনিনা লুহোংদবা য়ারিব্রা? অদুগীসু মথক্তা হাজিদু নমান নমান্নবনি।

মনিরুদ্দিন মাগী নুপীনা ঙাঙবা তাদে। মপুরুংদা মোহোরনাগী হিসাব পাই। হাজিদু নহা ওইরিঙৈদা তিন্নরকপনি। মানা চহী খরা হল্লবসু। পৈশা পায়বা, শঙ্গ তৌবনিনা সনা কয়াম হায়রক্কদে?

খল্লম্বদগী মফি শেত্তুনা থোকখি।

– হাজিদু মুহোরনা ওইনা সনা মোহোর অহমদা য়ানরে। কোন্না পিবদা। অদুবু লুহোংবগী শেলদি কমদৌসিগে?

মনিরুদ্দিননা ফতিমাদা হংলকই। মহাক খঙই ফতিমাদা তান্নদুনা করিসু ওইরোই হায়বা। তৌফম খঙদদুনা অদুক হংবনি। ঙৈহাক্তংগী মনুংদা মমুন ফারক্লবা ফৌ অদু নিঙশিংলকই। মমান্নবা য়ুম্নোন অহমতা খন্নবা নাসিরবুসু।

– কদোমদনো অমুক চৎতৌরিসিবু?

– নাসিরদা ফৌ অদু মহাক খাওজরো হায়বা চৎলিবনি।

মখা তারমদে। ফতিমানা উয়ুংগুন্না লেপহৌরিবদুসু হন্না য়েংলমদে।

*

অৱাংদুকান মচিন য়ৌরকপদদি মনিরুদ্দিন মশাদু শ্বায় শ্বায় লাওরকই। মশা পুম্বা হুমাংনা পুন্নুপ লুপই। বিড়ি মচৈ মরি মঙাদগী হেন্না করিমত্তা থক চারক্তি। অরাম্বা ফাওরকপগুম তৌই। মশাদু ঙমখৈ নৈতনা চোকথরকই।

(মসজিদ রোদ মুহম্মদ সলামগী হোতেল – চহী অমগী মমাংদদি লুপা মঙানা পুক থন্না চাবা হোতেলদু ঙসিদি চাক চারা অমদা লুপা তরামঙা। ... লুপা মঙাগী হোতেল? সলাউদ্দিন নঙবু কমদৌরিবগে ... .... নঙদি করন্না চা-থকলি ...)

*

মনিরুদ্দিননা সলাউদ্দিনবু লুহোংবিখিবা থা তরুকপু ফাদ্রি। লৈক্রক চৎলবা লবুকশিংদা নোংগী ঈশিংনা খরা খরা তুঙবা হৌরক্রে। লাঙ্গোলবু খোইগদ্রা লৌহোনবু হুন্নবা হোৎনগদ্রা স্তান মাংলবা মতমদুদা মচা অহুম লৈরবী নাসিরগী মমৌনুপী থম্বাল সলাউদ্দিননা অমুক চেন্নক্রে।

অদুক লুনা তিন্নরম্বা নাসির শাওবনা মনা পায়বা য়াদ্রে।

– য়ুমদা লৈবী ইমৌনুপীদুনা মচাশিং হুন্দোক্রন্নগা নচানুপাদা চেনখিবসি ঐগী ইজ্জৎকী ৱাফন্নি।

– সয়তান অসিগী হাক্তক্তা ঐহাক লৈক্রকতা চঙদুনা শিনিংলবনি।

– অদু অদা খঙদে। স্না লুপা ময়াম অমসু পুখ্রবনিনা ঐহাক্তি পুলিস তাক্তুনা কেস তৌগনি। নত্রগা শেন ওইনা লুপা লিশিং য়াংখৈ পীগদবনি।

মনিরুদ্দিন তৌফম খঙদে। করি হায়গদগে খঙলক্তে। মচাদুবু খুদক্তা হাৎপা ঙমগদৌবগুম তৌরকই।

– য়েংউ মনি, ৱা অসি তুমিন্না লোয়শিন্নবা ফৈ। মীনা হায়রিবা শেলসি পিথোকখো।

ঙসাই মখৈ তুমিন্না নৈরিবা জলালনা তপ্না হায়রকই।

মখা তারকই,

– নহাক্না য়ানিংলবদি নঙগী লৌরাক অমদু নাসিরগী মচানুপাদা দলিল ইনদুনা নামা পান্নো।

মনিরুদ্দিন শ্বায় লাওই। লাঙ্গোল খোইবা হৌরবা মাগী লৌবুক্তু মমিত্তা শংশং উরকই। হৌখিবদসু ফৌ মরু অমত্তা কোত্তা হাপখিদ্রবনি। অদুবু লৌবুক্তুনা থৱাই

ওইরকই, পুন্সি ওইরকই। মঙগুন্না ঙৈহাক তুমিন লৈরুরগা মনিরুদ্দিননা খঙহৌদনা হায়রকই।

– উম, হয়েংমক কোর্ততা ইনরসি।

মমিত্তগী পি মরিক অমনি তারক্লিবদু কনাসু উদনবা তুমিন্না তৈথোকখি।

– হাজি, কুম অমগী কোৎতা ফৌ খরা হাপচ ইংখোন্দা মনা মশিং খরা থাজদুনা ইনাক খুনবা নত্রবসু চান থক্লবদি ৱাৎচরমদে। হৌজিক্তি উরেদনা ইম্ফালদা চত্তুনা হাজিরা চৎলিবসিনি। মসিনদি নোংমগী চারা ফাওবা কোন্নদে।

– অদুনবু ঐসু আমিনাগী তালাক্কী ৱা অসি হৌদোকপা ঙমদদুনা লৈরকপনি। চহীদি অনিরোম ফাজিল্লক্কদৌরে।

আমিনা থোংজিন মরুমদা লৈশিনখিবদু মনিরুদ্দিন উহৌই। মরাইবক থিরবী মমৌ নুপীবু য়েংলুরগা অমুক হায়রকই।

– মমাগী য়েংদুনা, ঐগী য়েংদুনা আমিনাগীদমক সলাউদ্দিন লাক্কনি। তালাক ঐনা তৌবা য়ারোই।

– ঐসু ইচানিনা য়েংবা ঙমদে। কয়াদি কুইরে। মতৈ মনাওনা কাছারদনি হায়দুনা চৎখ্রিবসে।

মখা তারমদনা ময়েক শেংদবা ৱাহৈ খরা মচিন্দা নৈশিন্দুনা, লেংঙম শাঙমদনা হাজি য়াইমা অমম্বদা থোকখি। মনিরুদ্দিন হাজিবু থিন্দোক্কনি হায়বা ফাওবা কাওই। হাজি য়াইমনা করি পাম্বগে হায়বা মহাক খঙই। থম্মোইগী পেন্দবা কয়া ফোংঙমদনা ওমদুনা চাক্লিবদু ইং-তপ্পা হাজিগী মাইথোংদা উবা ফংই।

*

( সলাউদ্দিন ... সলাউদ্দিন .... নহাক অমুক্তং লাক্কুনা সনা মুহোর অহুম হন্দুনা আমিনাবু তালাক তৌবিবা ফবনি। ... আল্লানা নঙবু ঙাকপিসনু। ... নোংমদা নমাজ মঙারক্তি তৌরিদনা সলাতুল ইসাহগী নমাজ লোয়বগা য়ুমবু অমুক্তংদি নীংশিংবা ফবনি ... )

– সিদা থম্মু। তপ্পা থম্মু।

চাউরবা দুকান্দুগী থোঙজিন্দা খুদোনবী থিন্দুনা ময়াং নুপাদুনা হায়রকই। হুমাংনা লুপ্লবা মশাদু থক থক নিকই। মমিৎ উইশিন্দুনা পোৎলুম অদু থাংথনবা হোৎনৈ। মথবাক্তা শৌরদুনা থন্নবা হোৎনবদা পোৎকা কোন্ননা খঙতু তুখি। মমিৎ তন্দন পাই। চাইরিবা পোৎশিংদু মশেন মরাং উই। থবাক্তা চৈনা ফাওরকই।

হৌগৎকে তৌবদা স্বর ফুনগৎপগুম তৌই। ·মচিন্দগী করিগুম্বা খরস্ থোকখি। মগুগুম্না মথুৎনা মাই। পায়বদা নগু নগু লাওই। মীৎপান্দা থাঙ্গৎতুনা য়েংবদা ঈগী মচুদু মশেন মরাং উই। থংনবা মীৎকুপতা লংহিমুক চাউবা সিরাতকী থোংদু মমিত্তা উরকই। অদুগা অকনবা নুংশীৎ অমা শিৎলকপগুম তৌই। শিদ্রত-অল-মুনতাহগী উনাশিংনা কেল্লকই। জিব কয়াগী মমিং থারিবা উনাশিংদা মাগী মমিং য়াওরিব্রা? মহাক করিমত্তা খগুলক্কে।

( আল্লা .... নগুগী দরবারগী হোজং অদু লাওনা হাংদোকপিয়ু ... ননাইগী বীচারগীদমক য়াহ আল্লা ...) ○

আগষ্ট, ১৯৯২ ইং

ইবোতোম্বীগী গর্ভ পুরবী ওক অমোমদুনা লাইশং মরুমদা ফৈনা হিপ্তুনা মচিল মনাতোন অদু মনপ মতিন্না ইচোৎ চোৎনা শু-শা শু-শা তৌদুনা লৈরি। নুংশাসু য়াক্লা শাই। নুংশিৎ নুংশা পুস্না চপ লেপই। অমুক অমুক য়াক্ল য়াক্লসু খোংঙি। ফুক অমুক হৌগত্তুনা শিংমিৎ উরবা লাইশংগী ফক্লাংদা মনাতোন অদুনা কক্ কক্ থিল্লকই।

খাবে চেগপ কেরিয়রদা য়েপ্তুনা ঐজ্ঞ্যা নারায়ন কোম্ভোংলোমদগী একাগাড়ী থৌজিল্লকই। নুংশা মরক্তুদা মশাদু হুমাংনা পুম্লুপ লুপই। তুরেলদা চুপ লুপ্পুরগা ব্লাংঙু তেরাদা চৎকে খল্লি। মাগী নুপীগী অপিকপা হোতেলদুদা। ওক অদুনা অমুক্তং খোঙলকপদা তৌরিবা ফিবম অদু ঐজ্ঞ্যা নারায়ন উরকই। ফক্লাংগী অহোবদা লাইশং মনুংদা লৈরিবা লাইগী মুর্ত্তিশিং উই।

ঙসাইমখৈ মশাদা খুদৈ মচা অমত্তং শেৎলিবদু নত্তনা মফি অমত্তা থোংদনা ফমেন্দা তোমচৌ ওন থোইনা হিপ্লম্বনি। নারায়ন্না শাওনা ওক তানশিল্লকলিবদু উই। মপুক্তুনা লৈবাক শোকনিং শোকমাং তৌনা লেংঙম শাঙমদনা ওকতুনা চৎলি। থৌ-ব্রা শাদনা। নারায়ন্না চৈ অমা পায়রদুনা মতুং ইন্নরক্লি। মাঙ্গোন্দা তোমচৌ লৈরম্বদা চৈদু থাদৈ। অশাওবা মায়থোং লোৎশিল্লি।

- অমুক লাইশংদা কুনলমলবরা?

- শাবসিদা মাসু খাংফম খঙদজাৎনি।

নারায়ন্না নোক্তুনা খুন্নকই।

- গর্ভ পুরবসিদদি য়োনগদবদু পাম্মুরবনিনে। ঐজ্ঞ্যা মচানা হেন্না খঙলিবদুনি, অদুক য়াম্বা ওকতো মসিমত্তং ঙায়রবনি। চহী খুদিংগী খরা খরা য়োনখিবদা।

চুম্মী। মচানুপা ইবোচৌবনা য়োনখি। চহী অহুম মরি থংন থংননা ঈশিং ইচাও থোকপদা। লৌশিংদু ঈশিংনা হাৎখিবদা।

- গর্ভ পুরবীসিবু করিগী য়োল্লুগদগে, তাদা। পাম্মুই।

নারায়ন লাইশংগী ফিবম কাওথোকই। ব্লাংঙু তেরাদা চৎকে তৌরম্বা নিংশিংদে। তোমচৌগী মনাক্তা ফমথরকই। ফিজিনা মমাইদগী হুমাং তৈথোক

তৈথোক্লা নারায়ন্না হায়রকই -

- অরাংগী তাদা অমুমচাহোয়গী য়ুমসু হোংদৌরমান্নে, তাদা।

- ঐদি তাদেনা?

- য়ুম শাবা হৌরে হায়। চীংদা য়ুমবু য়াম শাগৎলেনে।

- অঙম অঙম্না হোংখিবা তারেদনা। করি হায়গে, ঐজ্ঞ্যামচা।

নারায়ন বাহং অসিগী পাওখুম করি খুমগদগে খঙদে। অদুবু মবুক মনুংদা হংগে খনবদু হনদক্তি হংলকই।

- ইবোচৌবনদি তাদহোয়স্ হোংলনি হায়। ওক মচাগী লোন হেক ফংবগা ওক্লা লোইরোই য়ুম শাগনি হায়।তোমচৌ পুমঙক ঙকই। কদোমদগীনো খঙহৌদনা খংশাও শাওরকই -

- মহাক্লা হোংগনি হায়রগা হেক্তা য়াবরনে?

তুমিন্না লৈখি। নারায়ন্দদি অচৌবা পোৎলুম অমা থাংথখিবগুম তৌই। তোমচৌগী বাখল খরমখৈ মহাক খঙই। মদুমক্নি জাৎ তিন্নদ্রবসু ইমুং মনুংগুম্না লৈমিন্নরিবা। তোমচৌনা ঙৈহাক লৈরগা তপ্না হায়রকই -

- নারায়ন

তোমচৌনা মঙোন্দা মমিং কৌবা ঙসিনা অহানবা তাবনি। নহানমখৈ ঐজ্ঞ্যামচা হায়বদগী হেন্না খক কৌখিদ্রি। ইথা থাজদনা মমিং কৌরকপদা নারায়ন থুক লাওই। মখা তারকই -

- নারায়ন, ঐদি খূঙ্গং অসিদা পোকপনি। খূঙ্গং অসিদা চাওবনি। ফন বারবসু ঐহাক য়ুম্ফম অসিবুদি থাদোক্লোই। অদুগা ঐগী য়েনখাদা গোবিন্দমকনা লেঙশিন্দুনা লৈরিবনি। নহাক্তি খঙলোই - নারায়ন, গোবিন্দগী কাংশি মখোন্দা ঐনা করি খনবা।

মখা তারকখিদরে। নারায়ন তোমচৌদা য়েংদে। য়েংগে খনদে

অদুবু নারায়ন্না তপ্না হায়রকই -

- তাদা, লৈমিন্নখিসি। ইপু ইনাই লৈমিন্নখিসি।

নারায়ন হৌগৎলকই। য়াকখ্রবা নুংশাসিদা মাগী পিক্লিবা মচানুপীদুগা মাগী নুপীগনা অপিকপা হোতেলদুদা তৌরমগদবা ফিবম অমুক নিংশিংলকই। মাঙ্গোন দারি কুমথবগা তোমচৌনা হায়রকই -

- ঐজ্ঞ্যামচা, নোংজুথা য়ৌদ্রিঙৈদা লাইশং অসিমত্তং শেমজিন্নবা খূনগী মীশিংগা তান্নগে।

- ময়ামগী অমদি গোবিন্দগী কৃপানি।

নারায়ন অসিতমক খুন্নম্মী। কোম্ন্থোংলোমদা থোরকই। তোমচৌগী মমৌনুপীগা মগুনুপাদুগা চাওরবা শীং কোকথোং অমমম মকোক্তা থোংলদুনা চীংদগী হুন্নকপদু নারায়ন কৌনরম্মী। অদুদগী ব্রাংভু তেরা তন্না লাকই। মালেমদা নুমিৎকী মৈশা পুম্বা হৈথরি।

অপিকপা হোতেলগী লৈরং অদু মৈ মুৎলি। মচানুপী চহী তরাহুমদোইরোম শুরবী রাধারানিগা মাগী নুপী ইবেমনুংশিগদনি হোতেলদুদা লৈরম্বা। ফক মথক্তা তুম্মোই হিপ্পোই।

সরক্তা মী অমত্তা চত্তে। থংনবদা লৈরিবা দুকান খরসিসু লোইনমক থোঙ লোন্নি। অসুক শাগ্রবা কালেনগী নুংশাসিদবু কনানা হোতেলদা লাক্কদগে? নারায়ন্না খল্লকই। ফাল অশাংবদুদা মহাকসু মখোঙ তিংথোক্তুনা হিপথরকই।

দেব কর্ম্মগী লাইরিক খরা পাবা ঙম্বা, লাইশোন-তিনশোনগী থৌরম খরা খঙবা নত্তনা নারায়ন লাইরিক হৈতে। লাইরিক তম্নবগী খুদোংচাবসু ফংলক্তে। খুঙ্গংসিদা বামোনগী ইমুং হায়ববু মখোয়তনি। পিক্লিঙৈদা উসব মেলাদা মপাগী মতেং পাংলকই। খুঞ্জাশিংদগী বামোন অমা ওইবগী ইকায়খুম্নবা খরদি ফংলি। মসিনদি হিংবদা য়ারক্তে। অদুগীসু মথক্তা হৌজিকপু কনানা ধর্ম্ম-কর্ম্মদা থব্রাই য়াওনরিবগে? নারায়ন লাইরিক তমহৌদুনা সরকারগী থবক মচা অমত্তং ওইরবসু তৌরম্রবদি খল্লকই।

- ঐজ্জ্যামচা, চাগা লৈরিবরা?

নারায়ন মঙফাওনৈ। ব্রাংভু পুংজাওদগী চাওতোন্নি। ইবেমনুংশিসু ফুক হৌগৎলি। মুৎলুরবা লৈরং মৈ থাগৎলি। চা শাহল্লকই।

- লৈনি তাদা। নুংশাসিদা কদোমদা লেঙলুবনো?

- লৌনা হেন্না লুই হায়দুনা নুংশাসিদা চেল্লুরিবনি। সরকারনা ঈশিং চিংনবা পম্প পিগনি হায়বদুদা প্রধান উন্নরুবনি। পিগদবা মান্দেদা মচিন্দ ওইনা তৌরদনা।

চাওতোনদু ব্রা নিংথিনা লোয়শিনখিদে। শ্রু শ্রু নৈখি।

- হোয়নে চেগা চিনগদা ওইনা তৌই। থবক ওইনা অমত্তদি তৌথোক্লক্তে। নোং অসিনগা হন্দক্তি হেক্তা মতাদরে।

- য়েংভুনে ঐজ্জ্যামচা, পম্প পিদৌরিমান্নে হায়দুনা লৌহোনবু অনিরক শুরে হুনবা। লিংদ্রিঙৈদা লোয়না কংলবনি।

- মাগী লোক্তাক প্রোজেক্ট হায়বসিনা কয়ামগা মাংহল্লে। চহী খরসি লৌ

পানবা য়াদরে, খরনা ঈশিংনা খাওরমদাইদা পুমলুপ।

- হোয়নে তাদা প্রোজেক্ট লাকপদগী খুঞ্জাশিং ফনা ব্রানরে। মসিনা ঐখোয়দা করিবু কান্নরিবগে।

- কান্নবা হায়ববু মখা মায়কৈদা লৈবা ঐখোয়দি ফৌদি লায়রদনা ঙা ফাওবা চাবা ফংদ্রেদনা? ঐখোয়বু হাৎনবা শিল্লিবনি।

ইবেমনুংশি চা পুথোকলকই। অশাবা চাদু পরপ পরপ থকই। চৎলমদাইদা নারায়নদা হায়রম্মী -

চাককা চাদ্রিবনি। পম্পদা পিরক্তসনু ভোটিতা খঙগনিদনা।

নারায়ন অমুক ফানশাং অদুদা হিপথরকই। ফৌ খরা কোততা হাপ, ঙা খরা ফা, শীং খরা চন, য়েনশাং নাপী খরা ইংখোলদগী হেক্তুনা পংলেন লেল্লম্বা মতম অমগী খুঙ্গংগী পুন্সি নিংশিংলকই। হৌজিক্তি পুন্নমক হোংখরে।

চাওরবা খুঙ্গং অসিগী মনুং হঞ্জিন্না তুরেল মপান্দা খুন্দারিবসি তোমচৌ অমদি নারায়নগী ইমুং থারগা কুনমুক্তনি। খুনতৎ অমগুম উরি। লৌবুক ফাওদুনা চৎলিবা খোঙলম্বী অসিগা অতৈ খুনগা শন্নরি। নোংজুথাদদি লম্বী অদু লৈতবগা মান্নে।

নুমিদাংনি। অতিয়াদা থা-থব্রানমিচাক অমত্তা উদে। অইংবা নুংশিৎসু অমুক অমুক কন্না কন্না শিৎলকই। দোশি চাওনা য়ৈখৎলবা বোদোল অদু পায়দুনা ইবেমনুংশি মমা মচানা কন্না চৎলি। ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙদনা নারায়নসু মতুং ইন্নে। তেঙ্গালিগা কোন্নরবা বোদোনগী মৈরিদু নুংশিৎনা ফ্রে-ফ্রে হায়রি। মুৎকে মুৎকে তৌই। বোদোনদুগী মঙালনা ফংদবদদি করিমত্তা উদে। পুম্মম মম্মী। খুন মচাদুগী লৌবুক ফাওদুনা চৎলিবা লম্বীদু য়ৌরকপদা ইবেমনুংশিনা অচিকপদু থুগায়দুনা হায়রকই -

- ইবোচৌবগী লৌ অসিদি ফজনা শাৎলে।

- ফজনবু শাৎলবসু তমবা ঙমদে। নোংদি হৌজিক্তবু ভারক্কদৌরি।

- তা চাওতোম্বীদু য়াম শাওরম্মী। পম্প পিরক্তদুনা লৌবুক অয়াম্বা ফৌহাম ঙাক্তা শাৎলমাল্লে।

- উম, কুমশিদি মীশিং অসি ফন ব্রানদৌরি।

নারায়ন্না খুন্নকই। অমুক তুমিন নৈনখি। খোঙ থাংবদি লেপ্লা নৈতে।

- ইবোচৌবগী লৌ অসি খরা থোকচরবদি তা-তোমচৌদু খরদি নুংঙাইজরগনি।

ইবোচৌবগী মরমদা হঞ্জিন হঞ্জিন পল্লকপদা নারায়ন্দু শাওনিংলকই। মাগী

নুপীদা নত্তে। ইবোচৌবদনি।

ওক মচাগী লোন হেক ফংবগা, গর্ভ পুরবী ওক অমোমদুসু য়োনখি। অদুগা চায়রেল মমাংগী চীংদা হোংখি। মপাসু থোইনা য়েৎখিদে। অদুবু তোমচৌ হান্নগী য়ুমদা অদুম্মক লৈহৌই। ইবোচৌবনা ফনা থেক্লবসু তোমচৌ য়াখিদে। মপাগী পুক্লিং ৱাখলবু খণ্ডবা ঙমখিদবা ইবোচৌববু নারায়ন্না ৱারৌই। থনুংদদনি। মপান থোকপদি মাগী করি হক লৈবগে? লাইরিক খরা অম্নকপগী, ইম্ফাল মচা খরা সঙ্গ তৌরকপগী মহৈনি। ধর্ম্ম লৈতরে। যুগ অসি যুগ অমা ওনখরে। নারায়ন চৎনা চৎনা খল্লকই।

ইখঙ খঙহৌদনা নোংনা মপোপ চাওনা তারকই। লাইবক্লা ফরিবসু থোঙ্গান মপা য়ৌরকপগনি। নারায়ন ময়ুম চঙদে। তোমচৌগীদা চুমদ্রিং লাকই। নাইতোম হিংলিবা অহল অদুগী মনাক্তা হেক হেক নারায়ন লাক্তুনা ৱারী ৱাতাই শাদুনা মতম লেনমিন্নে।

- তাদা, ৱারী অমখক ঙসিদি তারকইনে।

কাংথোন মচিদা ফম্না ফম্না নারায়ন্না হংলকই,

- করিনিনা, ঐজ্ঞ্যামচা।

- চীংদা হোংখিবশিংদো, খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রবদি লৈবা য়ারোই হায়রমাল্লে।

- কনাননোনে, নারায়ন।

তোমচৌদু খঙহৌদনা থম্মোই অদু মথুম মরাং হৌখিবগুম তৌই। অদুবু নারায়ন খুম্মকই -

- চীংমীশিংনা মখোয়গী লমনি। খৃষ্টান চৎলবদি লৈবা য়াগনি অসিনি।

নারায়ন লকক তৌই। মখা তারকই -

- মখোয় লোইনা ধর্ম্ম হোংবদা য়ারে হায়। পৈশাসু খরা ফংমাল্লে।

তোমচৌ স্বর অশাংবা অমা হোল্লগা ফমুংদা হিপথখি। ঙৈহাক তুমিন লৈরগা তপ্পা হায়রকই।

– নারায়ন, ইচাগী ইশুশিংগী য়েংদুনা য়ুম হোংখিবদু ঐহাক য়াম্না নুংঙাইখি। ইতোমতা লৈহৌবা ঐশু খনদে। মখোয়গী তুংগী য়েংদুনা। অদুবু ধর্ম্মমক হোংবদি নারায়ন ঐবু খরা খনবা ফবনি।

মখা তারকখিদে। নারায়ন খঙই পাউ অসিনা তোমচৌদা থম্মোই শোককনি হায়বা। লোত্তুনা থম্বা কয়াম কুইনা ঙমগদগে? করি করিনো খরা ঙাংলম্নগা নোং মরক্তা নারায়ন থোরক্লে। ময়ুম তম্না।

মেরা থা লোইরক্কদৌরে। ইকং থোক্কনি খল্লম্বা ইঙা ইঙেন গুম্না নুমীৎ কয়ানি নোংনা অরেপ্পা লৈতনা তারক্লি। ইবোচৌবগী মমুল ফারক্লবা লৌবুক ঈশিং মনুংদা ফৌ মতোল অমত্তা উবা ফঙখিদ্রে। দামগী ঈশিং থাদোরকপদদি খুঙ্গংশিং ঈশিং থুম্লকই। য়েংখি য়েংখিবদা ঈশিংনা মায়কৈ পুম্বা পুমলং লংলকই।

মাঙ্গোনগী মচি অমদা আসন থাদুনা লেঙশিল্লিবা লাইগী মুত্তিশিংদা নারায়ন আরতি কৎপা লোইবদা মঙাইরি। কোম্থোংলোমদা ইবোচৌবনা হি হোঞ্জিল্লক্লিবদু উরকই। নোংমরক্তুদা। মাঙ্গোন দারি নকশিল্লপদা – য়েনপাক অমা তুপ্তুনা হিনুংদা তাশিন্দুনা ফম্লিবদু তোমচৌনি হায়বা খঙলকই। নারায়ন ভাব তারকই।

তোমচৌ হিনুংদা ফম্না ফম্না হায়রকই –

– নরায়ন, ঈশিংসিনা হেক কংবগা ঐহাক হল্লকখিনি। গোবিন্দগী সেবা তৌরখিনি। ধর্ম্ম তিম্নদবা মফমদুদা ঐহাক কুইনা লৈবা ঙম্রোই। নরায়ন ....

নরায়ন খঙই। তোমচৌ কপ্লি হায়বা। মহাক করি খুমগদগে খঙদে। মচিন্দগী বাহে অমত্তা থোরক্তে। হিদু মমাই লৈদুনা হোন্দোকখি। চীংখোং চীংয়া য়ৌনা ঈশিংনা ইরং লংলবা ইপাক্তুদা। য়েনপাক মখাদা তাশিন্দুনা তোমচৌনা হিনুংদা ফমলিবদু মশেন মরাং উরকই। অদুগা মপু লৈত্রবা ঈশিং মনুংদা তুরোই ঙাম্রোই লেপলিবা তোমচৌগী মল্লবা য়ুমদুসু উরকই। হৌজিক্তা মহাক খঙলকই – খুঙ্গং অসিদা নাইতোম হিংলিবদি তোমচৌ নত্তে। মহাকনি। মহাক মতোমতনি। নাকোংদা মশেন মরাং তারি –

– নরায়ন, ঐহাক অমুক হল্লকখিনি।

পি মরিক অমনি তারকই। খুদৈ মচিনা তৈথোকই। ○

*ওক্টোবর, ১৯৯২ ইং*

## নোংথাংনা মুৎখিবা

পিওন তোম্বনা নোক্কুনা মীঙোন্দগী ক্বা অমা চাথোকপা, চুরুট অমা অরাকপদগী থক্তোকপা, লুপা তরা কুন লৌহৌবা, কনানসু করিমত্তা হায়নদে। অহোইনদুম মপুকচেল শেংই, চম্মি হায়। মানা ঙাঙবা শকপা তারগা ওফিসারনা নোকই। ওফিসারদদুম ফাগী তৌশিল্লি। চা থক্তোকই। চুম্মি মঙোন্দা রাশি অমদি য়াওই। মীনা হেক্তা তন্নগা হৈগদবা মহৈ নত্তে।

ঐনা চাজরিবা তলব খরসিদগী হেন্না ঐহাক শেঞ্জা থুমজা তৌদুনা মীঙোন্দগী শিকি অমফাও চাখিদ্রি। চাগেসু খনখিদ্রি। নোকপা হৈতবা, ফাগী তৌবদা ইশানা রাশি য়াওদে খঙজদুনা তুমিন্না লৈজবা ঐবু মীনা করিনি খনবগে? ঐ খঙই ময়াম্না ঐবু হৈনদে। হৈনদসনু। মসিনা করি কায়? ঐহাক থম্মোয় শেংনা থবক তৌবা পাম্মী। তোম্বা পিওন? ঐ হৈনদে। মাগী রাশি ঐহাক পামদে। করিগীনো ঐনা তোম্বগী মরমদা খল্লিবা? ঐহাক খনফম থোক্তে। খনফম থোক্তে। মহেন্দ্রগী মরমদসু খনফম থোক্তে।। মহেন্দ্র? চুম্মী তোম্বগা মাগা তোরোৎ খোয়দানৈ। ওফিসারনা মাবু চাল্লি। ফাইল অয়াম্বা মানা শুই। ঐনা মাবু কল্লকপরা? কল্লকপা নত্তে, ঐহাক কল্লক্তে। ফাইল শূসনু। ওফিসারনা য়াসনু। ঐসু তলবতি অদুম ফংলিদনা। নত্তে, করিনো ঐনা খল্লিবসে? ঐহাক করিমত্তা খনফম থোক্তে। খনফম থোক্তে ...।

হা! হা! হা!

কাদুদা মখোয় হৌনা নোকই। ঐহাক ব্বারী তাহৌদে। ঐ নোক্তে। ব্বারী তারম্নবসু ঐহাক নোক্লোই। মরমদি? মরমদি মখোয়গী ব্বারী অদু অয়াম্বদা মমৈ মকোক শন্নদে। নত্রগা নোকপা য়াবা ব্বারীরা হায়বা ঐ ভাব তাদে।

হা! হা! হা!

অমুকসু নোকই। টাইপিষ্ট নীলমনি (নৌনা লাকপা), মহেন্দ্র, তোম্বা, এল,ডি,সি, প্রেমিলা। প্রেমিলা? হোই, মশক ফজবী ব্বাং চাউবী প্রেমিলা ময়ুম পাল্লুরগা নুপাগা খায়নদুনা লৈ হায়বগুম তৌবরা? ঐ অকুপ্পা খঙদে। মহেন্দ্র, তোম্বা মখোয়দি খঙলমগনি।

হা! হা! হা!

করি হাৱীনো? হাৱী ....

– পৈশা পায়বা অচৌ অশাংগী অতোনবী ওইবা হায়সিদি নুংঙাইখ্রপোৎনি।

পিওন তোম্বনা হায়বনি।

– নুংঙাইদৌ ফনা লৈরসু মীগী মকাদা য়েৎচরোই।

প্রেমিলানা খুম্মী। মমিৎনা নোক্লুনা ।

– অদুবুদি ইবেম্মদি তুলসি মনানিদনা।

– হা! হা! হা!

–হা! হা! হা!

নোকপা? মসিদবু ঐনা করিনো নোকনবগী মরম? ওফিসতবু অসুম্না নোকপা?

ওফিসার চঙলকই। মাগী কাদু ঐখোয়গী কারোমদা থোঙ ফাংপনি। চঙথোক চঙশিন তৌফম। নোকপা তোকখি। তুমিন্না লৈনখি। মাগী কাদা চঙখি। টেবলদা চায়রিবা ফাইলশিংদা য়েংলম্বরা? হেরা, য়েংলমদবা য়াই। প্রেমিলাদদি খজিক্তং য়েংখি।

ক্রিং ক্রিং ক্রিং ...

মহেন্দ্র কৌশিনখি। ইকুই কুইদে ফাইল অমা পায়রদুনা থোরকই। অমুক প্রেমিলাবু কৌশিনখি। মমায়দু পাওদর পপ অমনা তৈথোক্লগা চঙখি। তোম্বা পিওন নোকফেৎ তৌখি। মহেন্দ্রগী মনাক্তা ফমথখি। করিগীনো ঐনা পূন্নমক য়েংলিবা? তারিবা? করিগীনো?

– করম্বা ফাইলনো?

তোম্বনা হংবনি। পিওন্না ফাইল হংবা?

– নহানগীদুনিদা।

– সেঙ্কসন তৌরব্রা?

– উম তৌরে।

– থাদোকপা য়াদ্রিকো।

তোম্বনা নোকফেৎ তৌনা হায়খি। মহেন্দ্রসু নোক্লুনা মঙক নোম্মী। তোম্বা হৌগৎখি। ওফিসারগী থোঙদা মনা থমদুনা মনুংদা ঙাংনরিবা তাই। অমুক থোঙদু খজিক্তং তপ্না হাংলগা মমীৎ নাম্বনা কা মনুংদা য়েংই। অমুক থোঙ থিংই। নোক্লুনা মখূৎও মশাও মহেন্দ্রদা করি করিনো তুমিন্না তম্মী। থিক থিক নোকমিন্ত্রে।

টাইপ ফূনা ফূনা নীলমনিসু নোকই। পুন্নমক খঙবগুম।

পুন্নমক খঙবা? ঐসু ইখঙমক খঙদ্রবরা? প্রেমিলাগা ওফিসারগা লৈনবা মরি ঐবু খঙদবরা? কাসিদা শিৎলিবা নুংশিৎ ঐঙোন্দা ফাওই। চহী অনী ফারে। ঐনা কাসিদা ফমলকলিবা। অদুবু করিগীনো ঙসিদি ইনৌ নৌবগুম ঐনা য়েংলিবা? তারিবা? চুম্মি নহানমখৈ ঐনা পাম্বদি থা অসি থুনা হৌখিবা। তলব ফংবা! চহী অমা থুনা লাকপা। ইনক্রিমেণ্ট কাবা। মতমসি থুনা হৌখিবা। অদুবু করিগীনো কাসিগী হৱা নুংশিৎকী মরমদা খল্লিবা?

– চা পায়বীয়ু।

হঙ্গৎনা য়েংখৎলি। তোম্বনি। টেবলদা চা থম্মী।

– ঙসিদি তোমচৌবাবু, ইশুক শুকথনা উই। কৈদৌবা য়াওরবগে?

মহেন্দ্রনি। ঐঙোন্দনি। ঐবু শুকথবা? ঐহাক নোক্কদবনি। হৌনা নত্তে। খজিক্তং। ঐ খজিক্তং নোকই।

– করিশু তৌদেদা। শকফম্না ওইরমগনি।

পাউখুন্নি। মসি নত্তবা পাউখুম ঐহাক খঙদে। মীনা ঙাঙবদা লৈশি লৈথোন্না খুম্বা ঐহাক হৈতে। তুমিন লৈখি। ফাইল শুখি। ঐসু ফাইল শুগদবনি। ফাইল . . . . ওকমচাগী লুপা লিশিং তরাগী লোন। সিউরিটি, এফিদিফিট। প্রধানগী সার্টিফিকেট - রিকোন্দমেন্দেসন। উম, পুন্নমক শুই।

লোন্নি – লৈহাওথাবম মধুচন্দ্র শর্ম্মা। পাৎশোই। মধুচন্দ্র শর্ম্মা? করিনো অসিদি? সপ্লাইয়র নত্রনে? . . সপ্লাইয়রগী ফাইল? ফাক্কৎলি।

নত্তেদা সপ্লাইয়রদি অরিবম চন্দ্রকান্ত শর্ম্মা . . ও . .ও।

– মহেন্দ্র বাবুগী য়ুমদুবু ওস্থোক্লা চাউনা শাগৎখরে। পৈশাদি ফনা য়াম্না হাইজিল্লম্লনি।

–খঙদে তাতোম্বা, ফাগী ফাগীদগী ফাউন্দেসন্দা লাক্ষ অমা হেনখরে। পাক লোই ঙমদৌ মান্দে।

লাক্ষ অমা? মদুসু ফাউন্দেসন? ইনক্রিমেণ্ট অমত্তা নত্রনে মানা ঐঙোন্দগী হেনবা। ইন্সপেক্তরগী পোষ্টতা।

[– নমান্নবা অমত্তং লাকপদা শুমাংদা মোরা থাবসিবু নুংঙাইবরা?

– নুংঙাইতে হায়দুনা করিদি উপাই লৈ?

– কা মচা অমত্তং পাকখন ওইনা তপথসি হায়বদনা ওইনা শুকতা তাবীদে।

– কদায়দগী কোত্তুনা শাগদৌরিবনো? তলব অসিবু কোন্নরিব্রা?

– হায়রুরগা তলব! মীনা ময়ুমসু শাই, স্কুটর, কার, টিলিভিজনসু পংলৈদা লৈ। নঙনা একাগাড়ি অতেকপা অমগা।

– ইবেম্মা, হুরাল্লুগদবা মঙায়রে।

– হুরাল্লুদি হায়জদে। তৌদবু পূকচেল শেংবনা মী ওইদবনি।

ঐ করি খুমখি। খুমখিদে। তুমিন লৈখি। ঐগী নূপী মেম্মীনা চুমখিবরা? ঐ খঙদে। বা তেনশিন্নখি।]

– করিগী লোইশিল্লোইদগে। তপ্না তপ্না মরাইনা লোইজনি। হন্দক মার্চ ফাইনান্সিয়েলদা মথক হেক হৈদোকলগা লোয়রে।

– তা তোম্বা' হায়সিনা ঙাঙথোরকপসিদি।

নোকমিন্নখি। হা! হা! হা!

প্রেমিলা থোরকই। ওফিসারগী কাদগী। মমায় ঙাংলপ। নোকফেৎ নোকফেৎ। চৌকিদা ফমথখি। ফাইল অমা ফাক্রুদুনা।

– তোমচৌ বাবু, চা ফানবিদ্রবদি কৈদৌরে?

ওহ-চা? পুংইং ইংলেদনা। অমুক্তং চুপ্লগা অদুম থক্তরে।

– অমুক্কা লৌজরুখিগে।

– য়ারনিদা।

– ইবেম্মা প্রেমিলাগীসুনি।ঐনা লৈজগদবনি।

পিওন্না লৈবা? ঐগী ফুরিৎখাউদদি? লুপা অনি। বিড়ি লৈনবা। চুম্মি ঐহাক বিড়ি লৈরকখিদে। ওফিসতা হোবে হোবে লাকখি। তোম্বদা বিড়ি তপই। থোকখি।

– চুরুপ য়াওজরি পায়বিয়ু।

মহেন্দ্রনি। গোল্ডফ্লেক কিং সাইজগী মচৈ অমা লাল্লকই।

– য়াজরনি। অয়াকপা থকনিং তৌনি।

ঐনা খুম্মি। চুরুপ্তু লৌদে। মহেন্দ্র নোকফেৎ তৌখি।

– ননম্মনা হন্দক মরক্তি শাউবনা লৈফম চাফমগা খঙদরে।

মহেন্দ্রনা প্রেমিলাদা ওনশিনখি।

– করিগীনো, তামো?

– একাগাড়ি তোংলগা ওফিস কাবা ইকাই। কৈনেটিক হোন্দা অমা লৈয়ু সিনিদনা।

– অদুদি ইনম্মনা চুম্মি। লৈগদবনি।

– মতৌদুদা লৈবীগেবুদি খল্লে। অহনবদা নঙগীদু কয়াদি পী?

– কয়া পী হায়বনো কাউবু কাউরেদা।

– হোইনে, লৈবীবা মীদদি ঐসু হংদেদো।

– হাইমা, তামোসিদি।

ঐঙোন্দা য়েংলগা মহেন্দ্রদা মমীৎ খৎখি। ঐবু তাহন্নীংদবগী মওংদা। ঐহাক উহৌই। নোকখিঁ। থিক থিক। মসিবু ৱারীরা? ঐনা করিগী ঙসিদি পুন্নমক তারিবনো? মসিবু ওফিসতা শান্নবা ৱারীরনে? মসিবু করম্বা মখলগী নুংশিৎনো?

[- বি,এ ফাওবা ইহে তমলগা থবক তৌদনা লৈবা, মহে চাদবা, অদুগা নুপাগী মপান তাংদুনা অসুম লৈবা ঐসু হৈনদে।

– ঐশু নুপীনা থবক তৌবা পামদে।

– মদুদি থায়নগী চাওখৎত্রিঙৈগী ৱানি। নুপীবু নুপাগী অন্দরৱায়ার শুনবগীদমক থম্বা নত্তে। ঐ খঙই নঙনা খনবসু মদু নত্তে। মীঙোন্দা হায়জবা, ৱানোম্বা নহাক পামদে, হৈতে।

অদুগীসু মথক্তা নহাক শেল পীজনবা পৈশা লৈতে তানবা ঙমদে। অসি নত্রা?

ঐ অমুকসু খুমখিদে। চুম্মি, নুপীনা থবক তৌবা পামবা পামদবগী ৱা ঐ খনখিদে। প্রেমিলাগী মরমদদি ঐহাক হেক হেক খনখি। অদুবু মাগী ৱাসি ঐহাক মেম্মীদা নোংমত্তা পনদে। য়ুমগী নুপীদসু অসিগুম্বা ৱারী শাফম থোকপরা? ঐ খঙদে। ঐহাক শাদে।

– নঙগী তলব অসিনবু মী ওইবা ঙমগদরা?

– চরা মক্তি হেন্দেদনা।

– খরা চা থকলগা মী ওইবা কৌবরা? হিংবসিবু চাক খক্তরা?

– নঙনা পাম্লিবসি – নহাক থবক তৌবসিনিনে?

– মান্নি। ঐহাক থবক তৌবা পাম্মি। শেল য়াওদনা থবক চঙবা য়াদে হায়বসু ঐহাক খঙই। অদুনা শেল তানবিয়ু। ভাব তাবিয়ু।

ভাব তাব? ঐসিবু ভাব ইতামমক তাদ্রবরা? ঐ তুমিন লৈখি।]

– হন্দক্তি চাসি শারিঙৈদা থকপিয়ু। বিড়িসু লৈজরে।

তোম্বা পিওন্না নোক্তুনা হায়রকই। উম হন্দক্তি জ্ঞান তানা থকলগে ফোং ফোং শাবা চাদু।

– মহেন্দ্র বাবু, লোন্নিগী ফাইল অসি অমুক্তা য়েংবিয়ু।

য়েংই ফাইলদা। নোকলকই।

– করিসু কায়দেদা। ওকমচানা শেলফমদি খরা য়াম্মিদনা লোইবা লোইদবনা

অতোপপা অমনি।

– হয়েং তুংদা মসিবু . . .?

– তোমচৌবাবু, বামোন্দা ওককী লোন পী হায়দুনা থিগৎলক্কদৌরিসিবু কনানো? কনানো অচুম্বা তৌরিসিবু? পনখন খনবিরুনুদা। শেনমিৎ অমদি থেংনরেদনা? হা! হা! হা!

মহেন্দ্র নোকখি। তোম্বসু। নীলমনিসু খজিক্তং নোকখি। প্রেমিলাদদি ঐহাক য়েংদে। ঐদি? ঐ নোক্তে। শেলমিৎ? শেলমিৎ? মেম্মীনা ঐঙোন্দা করি হায়? ঐগী নুপী মেম্মীনা? ফাইলদু উপু মনুংদা হাপচিল্লি।

দ্বিজমনি! মান্নি, দ্বিজমনিনি। ওফিসারগী কাদা চঙখি।

এস,ডি,ও ওইরম্বা হৌজিক্কা রিটায়ার তৌরবা। উরিপোক্তগী। মখোয়গী লৈকাইদনা তোম্বী হায়ন খঙনৈ। থৌদাম তোম্বী সিংহ।

মাগী ফাইল? চুম্মী, ঐঙোন্দা লৈ। লৌউ-শিংউ লোন ফাইল। ওহ্! নোট শিত ইবা লোইরেদনা। করি চিখরি? লৌ পরি তরাগী ফোটোস্টেট তৌবা কোপি। তোম্বী সিংহগী মিংদা। থারিবা লোননা লৌউনবা ট্রেক্তর। তম্খায় – সবসিদি। লৌমীদা সরকারনা লেন্না পীবা। শিনফম – লৌমী। ইরম্মি – তোম্বী সিংহ লৌমী। নোট সিটকী মনিংদা ইরম্মি। লানখৎচরি এপ্রুভেলগীদমক।

অচুম্বা? থম্মোই শেংবা? মেম্মীনা করি পাম্মী? মহেন্দ্রগা ঐগা হিংবগী থাক কয়াম থৈম্রে? থবক হৈবা, থবক ফবা, শেল থোকপা মহেন্দ্র? করিনো? নোংথাংনা কুফেৎ কাফেৎ ..... থম্মোয় পুম্বা। মঙাল্লনে মসিবু?

(– টৈন্দর মরুপকী লুপা চাম্মঙা হয়েং পুখৎকদবনি।

– নঙগী মরুপ্তু খিৎ য়াওরুরনু হায়রগা।

– ফাওরগা থবক্কী পীজনবনি। মরুপ নত্রদি কদায়দগী শেলবুমনো কোৎলুগদবা?

– হয়েংগী চামঙাদি কদায়দগী?

– খঙদে। পুবরা খোৎপরা ঙসি থিবিরক্কদবনি।)

লুপা চামঙা? দ্বিজমনি সাহেব হোইদদি শেলফম অসি করিসু লৈতবনি। মখোয়দদি করিসু লৈতবনি। কদায়দগীনো মঙালসিবু? নোংথাংনা কুফেৎ কাফেৎ . . .কুফেৎ কাফেৎ।

ক্রিং ক্রিং ক্রিং ....

পিওন তোম্বা থোঙদা মঙক লিৎশিনখি। মখূৎনা ঐঙোন্দা ইঙ্গিৎ তৌই। ওফিসারনা ঐবু কৌরি।

– তোম্বী কৌবা অমগী লোন ফাইল মহেন্দ্র লাক্তদুনা নঙোন্দা শিন্নখিদায় ..।

–সার, লৈজে।

– করিগী থমজিল্লিবনো? হৌজিকমক থাগৎলকউ।

থৌনা! থৌনা!! দ্বিজমনিদা ওনশিল্লি ঐ –

– সাহেব কীসি চে চাং খরা ব্লাৎপগুম ....য়ারবদি ঐগা অমুক্তং ফম্মিন্নরগা লোয়শিন্নবা ....

মহাক ভাব তাফম থোকই। ভাব তাফম থোকই। মহাকসু এস,ডি,ও ওইরম্রিবনি। মনুংগী অর্থ মহাকসু খঙফম থোকই। মসি কাসিদদা শিৎপা নুংশিৎ নত্তে। ঐসু হিংবা? অসি নত্রনে মেম্মীনা পাম্বা?

– করিগী চে চাং ব্লাৎকদৌরিবনো? ঐনা কৃপ্পা য়েংখ্রবনি। খঙদ্রগা ফাইলদু হৌজিমক পুরকউ।

ওফিসারননি। করিগীনো ঐগী ব্লাখল মানা উবা ঙমদ্রিবা? নোংথাং কুপখিদরে। মঙাল মাঙ্খরে। মঙালনা মাঙখ্রবদা ইমম মমথরকই।

– ফনি সার।

– ফাইলদু মহেন্দ্রদা পিরকউ।

মহেন্দ্র? ঐবু মহেন্দ্রগুম্না উবা ঙমদ্রিবা করিগীনো? করিগীনো? থোঙজিল্লোমদা থোরকই। চোকথনা।

– মহেন্দ্রদা শিন্নগে তৌবনি। কদায়দগী তুমিন অঙাওবা অমদা হেক পীরুরে।

ঐ তায় নোকমিন্নখি। তাদবা শাদুনা থোঙদু থিঙজিল্লম্মি। কাদূদগী থোরকপদা হকচাংসে তুদে হায়বদা মঙাই। মীৎকুপ্পুদা খল্লকই ওকমচাগী ফাইল অদুসু পিশিনখিবনা ফবরা? ○

*নভেম্বর, ১৯৯২ ইং*

# থা অমসুং রাহু

য়াংলেম্দা নোংমৈ মতোন্দুনা খঙলম নমলক্তুপদা কোকচাওবি কাই। মঙলা তাইবংলা ভাব তারক্তে। খূৎ থাঙ্গৎলি। কিবনা হকচাং পূম্না থক থক নিকই।

লেঙগনু। হেক লেঙবগা কাপ্তুনা হাৎকনি।

হকচাং লেঙবরা? ঐ খঙদে। অদুবু নিকই। হকচাং নিকই। খল্লি ঙসিসিবু অরোইবা নুমিৎ হায়বদুরা? ইবেনবোক,ঐগী নুপী-পিক্লিবা ইচা অহুম মীত্তা উরকই। মসিবু মঙলনে?

মাঙদা নোংমৈ অতেনবা পায়বা ল্বাং চাওবা নুপাদুনা ফুরিৎ-খাও তাপ তাপ হুম্মকই। খোংগ্রাওদগী লুপা ১৮০০ লৌথোকখি। অচোয়বা খরগা। মীগী অতোনবা খরা শিংলমলগা য়ুমদা পুরকপা তলবনি। ঙসিদা ফংলকপা। খুদাংগী ঘড়ি লৌথোকহল্লি। খুল্লকই – মথংদনা করি? খোঙদগী তোন ফাওবা মখুৎনা কোয়মা মাই। তুংদা লেপলিবদুদা ইঙ্গিৎ তৌখি। নোংমৈ মতোন্দুনা ইল্লকই। বসকী কাখৎফমলোমদা। বসতা কাখৎলি। স্বর হোন্দোকই। পুকনীংদা খল্লকই হিংদি হিংলেদনা।

মঙ? মঙ নত্তে। তাইবংনি। ল্বারী ওইনদি তাই। ঙসি ঙরাংতা নত্তে। পাও অসি অনৌবা নত্তে। অদুবু ইশাদা অমুক্তা থোকখিদ্রি। হৌজিকপু য়ুমদা চৎপা? থা অমা চুপ্লা ল্বানা ঙাইরকপা তলব য়াওদনা য়ুমদা থোকপা? থা অমা হৌখিবা ঙায়বদা কয়াদা ল্বাত্রবা। করম্না লেনগনি থা'সিমা? কনাদগী পূবা? কদায়দগী পূখ্খিবা মেনখৎপা? পিকত্রবা তলব অসিনা করম্না থাদা কোন্নবা য়াওখ্রবগে? ঐগী য়ুমগী নুপীদা পাও অসিবু করম তমগনি? মথং মথং। ল্বাখলনা লাকহল্লকই।

বসতা অমমম কাখৎলকই। অমগী মথংদা অমা। সরকারগী থবক তৌবনা অয়াম্বনি। তলব ফংলগা থোকলকপা। সেনাপতিদগী ইম্ফাল য়ৌবা অরোইবা বসনি। নুপী হায়ববু ললোলবী হনুবী অনি অহুমতনি। তুমিন তুমিন ফম্নখি। মাগী মাগী ফমফমদা। চেক মোক লাওদনা। মায়থোংশিং অদু ইমক মকশিল্লি।

– ঐখোয় হুরানবা নত্তে। ভারত্তগী তোখায়না লৈনবা, নিংতম্বা ফংনবা হোৎনবনি। ময়ামগী মতেং ফংবা য়াম নুংঙাইরে। নখোয় শাওনুকো।

লুচিংবদুনা বসতা কাখৎলক্লগা হায়রকই। হান্নগুন্না তুমিন্না অদুম্মক লৈনৈ। ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদনা।

গাড়িদু হেক থৌবা হৌরকপদদি স্বর হোন্দোক্লে। বস মনুংদা তুমিন্না ফন্নস্বশিং — ইরাং লাংনরকই। সপরমৈনা! সপরমৈনা লৈহৌরে। মহৈ মহৈ ওনশিন্নদুনা ৱারী শানরকই। ঐগী মাংদা ফমলিবী হনুবীদুনা হায়রকই —

– নপা য়ানিমচাশিংদু মরাই য়াওদুনা শিগ্রসনু। ললোন পোৎসু লৌহৌরে। শেঙ্গাওদা লুপা অহুমদং য়াওববু লৌহৌইনে। অদুগসু শাওনুগকা হায়রদনা! মসিমক্লনি সিফাইনা কাপ কাপ্পুনা হেক হেক হাৎলিবা।

– সিদি ফবু ফরিবনি, ইমা। তলব ফংনরকপগী পৈশাদা তাইনখিবনি। নৎলমদ্রদি — শেৎচারকপা ফিরোল ফাওবা মুনলিবনি। নুপা অমনা হায়রকই।

– অদুন্নগা তৌরবদি মখয়াৎ শেগায়গদবনি।

হনুবীদু খোল্লে অমা তৌখি। কপলিবরা? ফিজিনা মমায় তৈথোকখি। অদুদগী চৈ-থাংলকই। মচিন্দগী অকাম অপেৎও ৱাহৈ কয়া থোরকই।

– খঙদ্রেদা ইমা। হিংববু লুরককদৌরি। লালহৌবগী নাম্মাদা হুরান চিনথি তৌবসু কোঙ্গায়নি। চীংমী হায়বা লৈতে — তম্মী হায়বা লৈতে। চপ মান্নে।

ঐহাক পুন্নমক তাবা পামলক্তে। ঐহাক তানিংলক্তে। ঐগী নুপী, ইচা অহুম য়ুমদা ঐনা তলব পুরকপা ঙাইরমগনি। তলব পুরকপা। কোক্তু খোংনাওগী মীংশেলদা ঙাথৈ। মীৎ উইশিন্দুনা খাংই। পুন্নমক থোকখিদবগুম, ঐহাক কাওথোকনিংলকই। অদুবু মীৎ উইশিনবা য়াদে।

ইপা পোকপা ইবেনবোক, ঐগী নুপী, ইচা অহুমগা ঐখোয় তরক্তনি। ইচা অহুমগী মনুংদা নুপীনা অহলনি। চহী তরামরি চঙলক্লে। লৈশাবী ফারক্লে। য়াইমদুসু নুপীনি। চহী তরামাথোই হায়রবনি। ইতোন তোনবা অদুনা নুপানি। অঙাং ওইরি। ইমুংদা নুপা হায়ববু ইথক্তনি হায়বা য়াই। এল.ডি.সি. গী তলব অসিনা ইমুং মনুং থাক্লিবনি। অঙাংশিং মহৈ তমহল্লিবনি। ইম্ফালদগী সেনাপতিদা ট্রান্সফার লাকপা থা মঙারোমতমক ঙায়রি। ইবেনবোকনা য়ান্না ৱাজখি। চীংদা ট্রান্সফর চৎপদা। চীং অমদি তম্পাক্তা নোংমতা কাংদনা লালহৌবগী থোক্লিবা কাপ্প খোৎনবা, হাৎন শুনবগী পাও খুদিংমক অহল ওইজরবসু মহাক তায়। খঙই। য়ুম থাদোকহন্নিংদে। উপায়দি করি লৈ? আর্মিনা ওপরেসন তৌগদৌরে হায়নরকপদা — পাঙ্গল থৌনা পুম্বা ফুদোক্তুনা — লৈকায়গী মৈরা পায়বী মরক্তা য়াওই। ঐনা ফনা খাম্মী নুঙাইনা পোখানবা। য়াদে। ঐদুম ইম্ফালদা লৈনবা হোৎনৌদুম হায়। তলব

অসিনদি হঙ্গৎ হম্পা বসতা চৎপা ঙমদদুনা তরানি কুন্নি সেনাপতিদা লৈ। ঐগীদমক ইবেনবোক তুমফম চাফম খঙদে। থা খরসিদা পাঙ্গল ময়েং তাবগুম তৌই। ঐহাক খঙই – ইবেনবোকনা আর্মি লাক্কদৌরে হায়রগা মগুনুপীগীদমক মমৌগীদমক রাজে। যুগ অসি ইবেনবোক্তদি অমম্বনি। মঙাল য়াওদবা তমঙমদ্রবা পুন্সি। ঐহাক মীৎ উইশিনবা য়ারক্তে। পাঙথোকই। থোংনাওগী মীংশেলদা য়েংই।

নোংপোক থঙবা চীংশাং পরেং মুগুক মুনা লৈরি। অমুবা পরেংদগী ফনা হায়গৎনা ঙৌশোক ঙৌবা পুর্ণিমাগী থানা আতিয়াদা থোক্লি। মচিদা অমুবা মচেৎ অমা পক্লদুনা। চুম্মী, ঙসি গ্রহন্নি। মপূং ফাবা থাগী গ্রহণ।

ইবেনবোক! রাহুনা থাবু উমশিল্লকপদা – ইবেনবোক্না রাজে থাগীদমক। রাহুনা তপ্না তপ্না উমশিল্লকপদা। লুপা মচুগী মঙালনা অহীংগী মালেমদগী মাংথরকপদা। মপি তাই। চরা হেল্লি। রাহুবু শাপ তৌই। অমুক অমুক লাওই – 'থারো থারো'। তাখিদে। তপ্না তপ্না কুপশিনখি অমুবনা। ইবেনবোক ইমুংদগী হেম্পোকখিদে। রাহুনা থাবু উমলকপদা অমুক অমুক লাওরমবদনি থোক্তুনা। মালেমনা মমথরকপা ইবেনবোকনা য়েংখিদে।

– খাম্মু। রিপোর্ট তৌগদবনি।

বস মনুং ইরাং লাংনরকই। সেকমাই পুলিস ষ্টেসন্নি। গাড়ি খাম্মী। পুং কয়া তাখ্রবা? কাওদুনা খুদাংদা য়েংই।

কদাইরাইদা তৌখিবা লুটনো? পুং কয়াদা? মশক কমদৌই। চীংমীরা – মীতেরা? মী কয়াম য়াম্মী? করি খুৎলাই পায়? নোংমৈদু অশেংবরা শেংদবরা? লালহৌবরা হুরানবরা?

য়ামখরে। পুলিস ওফিসারদুনা হংবা। মহৈ মহৈ পঙখুমদা খুম্মী। মাসু তন্দে মানদে চে অমদা ইশিল্লি। খুমলিবশিংদু। অদুদগী মী অমমমগী সনা লুপা কয়াম লৌহৌবা হংলকই। মমিং মথাগা কোন্ননা তোঙানবা চে অমদা ইশিল্লি। হয়েংমক হেক ফংগদবা মাল্লি। হকচাংসে ইতন তম্ব্রকই।

– ইম্ফাল এস.পি.দা মেসেজ থাখো।

চৌকিদগী মচি ইরেং লেংদনা ওফিসারদুনা কনষ্টেবল অমদা হায়খি। নোকখি নোকখি কাদু চন্দবমখৈ লেপলিবা ময়ামদা অমুক হায়রকই –

– য়ামগ্রবা শেলনিনে। পৈশা ওইনা লুপা লিশিং মরিফু তরেৎ চামঙা হুমদ্রা মরি। মাল-চাংগদি লুপা লাখ হেল্লিনে।

– ইবুংঙো থানা বাবু, সপরমৈনা হায়সি সিদগী নকখ্রপোৎনি। য়ারদি –

মখোয়দু হৌজিক খরা ফাবিয়ুনে। পোৎ-চৈশিংদু লৈত লৈত তিকচবনি। হয়েংদি কদায়দগী ললোন শেলনো। হনুবীদুনি। অমুকশু মখোল নিকখি।

– ইম্ফালদা পাও পিখ্রিবসিনি। মখা তাবা ইনষ্ট্রকসন লাকখিনি। অদো, ময়াম য়ৌরো। ইম্ফালদসু বোম অনি পোকখায় হায়বনি। নুমিদাংব্রাইরম কুইখিদ্রি।

– মীগা শিনবরা, ইবুঙো?

হনুবীদু ললোনপোৎকী ব্রা কাউথোকখি। ইপা পাখৎনা হংলকই।

– মী অহুম শিরে। শোকপদি কুনমুক শোকই হায়। চপ চাবা খণ্ডদ্রি।

– সিফায়নরা?

– নহারোলননি, কৈনো।

তুমিন লৈখি। হনুবীদু কাদুদগী থোকখি। খ্বাংচেৎ লাকশিন্দুনা।

– ড্রাইভর, খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদা মীগা চণ্ডহনদে হায়বনি। খরা থুনা থৌখো।

পুলিস ওফিসারদুনা চৌকিদগী হৌগৎ হৌগৎনা হায়হৌই।

বসতু কন্না থৌরকই।

কনা কনা ওইরমগনি শিরিবসিংদো? অশোকপশিংদুনা কনা কনা ....? ঐগী নুপীদু অঙাংশিং পুদুনা কৈথেলদদি চৎলমলোইকো! হনুবীদু তুমিন ফগ্রি। ইবেনবোকনা উখোকতেনদা ঙাবগুম। চুম্মী – ইবেনবোকসু নঙ্গোল কৈথেল চত্নুনা ললোনলম্মী। মহাক্কুন্সা। কুইখিদ্রি তোকখিবা।

থাদু তঙ্খায় ফানিংচিৎ রাহুনা লাকখরে। লুপা মচুগী মণ্ডাল মালেমদা মঙম শাল্লক্তে। চীংশাং পরেং অমুক্কা হেন্না মুশিল্লকই। থব্রানমিচাকশিং অমুবা লৈচিন্না মচেৎ মচেৎ কুপশিল্লি। উ-ব্রাশিং মুশুক মুনা তুমিন তুমিন লেপই।

– লাইট ওফ।

ফৈদিংগা থোং হেক লানবগা লাওরকই। বসকী মৈ পুম্ন মুখৎখি। গাড়ি থাম্মী। মুশি মুশিবা থাবলদা সিফাই পরেং সরক মপান্দা লেপপা থোংনাওদা উই। অমুক করি? অমুক্তং য়েংখৎলি – রাহুনা উমলিবা থাবু।

– নুপা মথৈ কুমথৌ হায়য়ে।

ড্রাইভরনা লাওরকপনি।

গাড়িদগী হেক কুমথবগা লাক লাক্তুনা ইল্লগা সরককী মচিদা উপ্রাকনা হিপহল্লি। পরেং শানা। ঙক থাঙ্গৎতুনা খজিক্তং অকোয়বদা য়েংলুই। মাংদা লেপ্লিবা মুশুক মুবা সিফাই অদুনা খোংগুপ বুটনা কোক্তা নেৎথরকই। নুংদা লাইবক্কা য়ৈশিল্লি। চৈনা ফাওরকই। তপ্না মাই খুৎনা লাইবক্তা। নং নং লাওবা ঈ

থেংনরকই। মীত্তগী পি তারকই। করিগী পিনো ঐহাক খঙদে। কুইরে – কপখিদবা। ঙসিদি করম্বা মখলগী চৈনানো? খোঞ্জেল থোক্তনবা খা চিকই।

শম পায়দুনা চিংখৎলকই। মায়দা টৌর্চ লাইট কাপশিল্লকই। হিন্দিদা হংলকই,

– কদায়দগী লাকপনো?

– সেনাপতিদগী।

– য়ুম কদায়দা লৈ?

– তেরা বাজার।

– সেনাপতিদা করিগী চৎলি। লালহৌবরা? নঙ এক্সট্রিমিষ্টলা?

– নত্তে। সেনাপতিদা সরকারগী থবক তৌবনি।

– নখোয় লোইনা এক্সট্রিমিষ্টনি। লালহৌবনি।

কোক্তা অমুক কাওশিল্লকখি খোংঙুপ বুটতুনা। মীত্তা থরানমিচাক লিশিং লিশিং উরকই। অমুক মালেম পুম্বা মমশিল্লকই। মশেন মরাং উরকই – রাহুনা উমশিল্লবা অঙৌবা মচেৎ অমত্তা ঙাইরবা থা অদু। লুপা মচুগী মঙাল মাঙখরে। ইবেনবোক্তুবু শুমাংদা থোক্তুনা লাওরমগদ্রা – 'গ্রহণ থারো – থারো'। নৎত্রগা মৈরা পায়দুনা সরক্তা থোকলমগদ্রা? ○

*ফেব্রুয়ারি, ১৯৯৩ ইং*

## গ্রহগী দশা

'চহী নীফুমাপল, থা অনী নুমিৎ কুনমাথোইনি চঙলে। ফমদি ষনদা ফম্মী। চিংখৈ কালমৃত্যু, নোংচুপ মৃত্যু, শঙ্কোঙদা য়েক্লবা লৈ। অষ্টোত্তরি দশাদা শনিদা চন্দ্রনা অন্তর্দ্দশা ওইরি। থা তরুক নুমিৎ কুনমাপল লৈহৌরি। ফলদি দশা মপুংদা রাহুনা নিচ্চদা অমসুং জন্ম লগ্নদা অশোনবা লৈবনা থবাক নুংঙাইতবা, কোক নাকোঙ চীকপা, ৱাখল নুংঙাইতবা পুক্নিং ৱাবনচিংবা পীরিয়ে। দশা মচেত্তা হায়বদি অন্তর্দ্দশাদা শুক্র গ্রহগী দশা ওইবনা ঈশিং মরীদা অকায়বা পীরি। থবক্তসু অপনবা পীরি। অখং অরাক, মঙগুম্বা থৌদোক থোকউ হায়বা লৈ। চেকশিল্লু, শিবা নাবফাওবা থোকপা য়াই।'

মরাক চপ্পা, ময়ুংনা শাংবা মাধব শর্ম্মাগী দশাগী চেজেৎতু মোম্পাক মখাদগী লৌথোক্লুনা পাই। অনী অহুম্রক পাখ্রবনি। হকচাং অসিনা ফনা কন্না হেক নুংঙাইশিল্লক্রুবসিদদি ফৈজুপ খুমজিন্দুনা তুম্বা থেম্রম্বদগী কুঠি য়েংলুবগী ফলদু নীংশিংলকপনি। ঈশিং মরীদা থিল্লপ লেংলপ তৌদুনা নুংহাইত্রিঙেসিদা কদায়দগীনো নঙন্দা অমসু চাউনা পোমখৎলকই। গ্রহগী দশা হায়বসি নাম্নেকপা ইয়া য়াদবজাৎনি। নাবা হায়বসিনা থবক্তসু অপনবা পীরি। স্কুলদা ছুটি নিখিবসু হেদ পণ্ডিতনা ডাক্তর সার্টিফিকেট য়াওদ্রবদি য়ারোই হায়রি। কাদবদি নুমিৎ তরানিরোম শুরম্রগনি। লৌ শঙম অমত্তং লৈবদুসু খোইবা হৌরুরগা লেপ্লবনি। খঙদে, দশা অসে ওম্লেক্লা কনখরে।

চেজেৎতুগী নাকন্দা ইরিবদু অমুক পাই।

প্রতিকারঃ রাহু গ্রহগীদমক মপোক নুমিৎতা থাঙ ফি অমুবা শুক্র গ্রহগীদমকঃ ফি অঙৌবা, চেং, মুগ কৎথোকউ। গুরুনা কৃপা তৌবিগনি।

চেজেৎতু থূপচিল্লগা মোন ময়াদা থম্মী।

– মালতি, দশাগী প্রতিকার অসি তৌখ্রবা নত্রনে?

চাকখুমদা চাক থোংলিবা ঐগী নুপীদা হংই।

শুবদনিসু মাগী কাদা লাইরিক হৌনা পারম্বদগী খংলেপ লেপখি।

হায়রকই,

– ডাক্তর য়েংগে হায়দদুনা থৌ-নুং তৌদুনা, পূজা তৌদুনা হেক লৈরে। ডাক্তর য়েংলবদি নহান্না ফরদবনি।

– মাইবা মাইবী বুসু থাজদবা তৌনু। অদুগা ঐঙ্ক্ষ্যা মাধবসু পাঙ্গি য়েংবদা ফাওরিনি। য়েংউ, কুঠিগী দশাসি কয়া চুমখ্রনো?

– চুম্মি চুম্মি। নঙনা হান্না কোৎথ কোৎথ লোইনা হায়দোকলমনি।

– অহলগী বাদা য়াওনু। নঙগী মেত্রিক থাগদৌরিসিদুম হোৎনৌ। নঙসু দশা কয়া পাঙদে হায়রকপনি।

– ঐগীদি কুঠিগা য়েংবিনু।

মমা মচা ঙাঙনরিবদু তুমিন্না তাই। চুম্মী ইচানুপীনা হায়বসিসু। কদায়দগীনো পূবা লঙবা তৌরগা ডাক্তর অমত্তংদি ময়েংগে। কোৎতা ফৌদুবু কয়াম লৈরিদগে?

হূই খোংবম্মী মখোল তাই। য়াম্না নক্না। য়ামখ্রবা হূইগী মখোলনি। মমা মচা-ঙাঙন-শান্নরম্বসু লেপখি। ইচীক চীকই। হূইগী মখোল নত্তনা। লৈরক অখূবসিগী খম থেংবদা য়ুমদোমপোক ওইনা লৈবা ঐখোয়গী য়ুমনি। মখা থংবসিদগীদি লৌবুক লৈখ্রবনি। লম্বীগা খঙদদুনা অথেঙবা অহীংসিদা কনাগা লাকপজাৎনো?

– থোঙ অমুক্তা হাংবিয়ুবা।

খন্নিঙৈসিমক্তদা থোঙদা, তপ্লপ থীল্লকই। নুপাগী মখোলনি।

– কনানো?

হীপলম্বদগী ফন্নগা ঐনা হংই।

– ঐখোয়নি। পাউ অমত্তা হায়জগে তৌবনি।

মালতিনা থোক্তনা থোঙ হাংই। পাখংমচা অনীখক ফিংনা চঙলকই। থোঙসু মখোয়না অদুম্মক থিংজিনখি। মালতি ইবানী পাখংমচা অনীদুদা তিংঙক তিংঙক য়েংই। শেৎলিবা ফিরোলশিংদু লৈখোম লৈনাং ইতে তৈ। থাশিরমদাই ওইবসিদা লম্বী উদদুনা খোংবান্দগা কূমলুরবজাৎলা খঙদে।

– করি পাউনো, ইবুংঙো?

– সূম তৌবা . . .

লকক তৌখি। শুবদনিনা মাগী কাদগী লারটেন পায়দুনা থোরকপদুদা মুন্না মখোয় অনী য়েংই। ঙৈহাক লৈরগা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা মখা তারকই,

– পাবুং, ঐখোয় কমেংদা থবক অমা চৎচগে তৌবনি। লম্বীসি কয়া খুদোংচাদৌবা মান্দ্রে। ঙসি অহীংতদি লেকচগে।

মঙ-হাঙুম মালতিদা অমুক, শুবদনিদা অমুক ঐহাক য়েংই। ইতৌদুদা

নুপামচাদুনা মখা তারকই,

– নোংঙান্দ্রিঙৈদা ঐখোয় অদুম চৎচখিগে।

– ইবুঙোখোয়বু করি লমদগীনো?

– ঐনা ৱাংঙুদগীনি। মানা কুম্বীদগী।

– য়ে য়াম লাপখ্রপোৎনিনা। কমেংদদি করি থবক্কীনো?

ইচানুপীনা থবৎ কক্তুনা হায়রকই,

– য়ানি লেকপিয়ু। ঐগী কাদা অদুম তামোহোয় হীপ্লিয়ু।

শুবদনিনা মাঙ থারদুনা মাগী কাদা চঙখি। পাউখুম খুম্মমদে।

– তামোহোয় চাক্কদি চাবিরব্রা?

– লম্বীদা খরা চারক্লে। য়ারনি।

ঙাঙনবা তাই। শুবদনি থোরকই। হেক থোরকপগা কাগী মৈ মুথৎখি।

মফি মরোল হোংদোকখিদমাল্লে। মখোল মৱা অমত্তা তাখিদে।

– নঙগা হান্না খঙনবরনে?

মমানা তুম্মিন্না হংই। শুবদনিদা।

– কদায়দগী খঙনদোইনোনে। মরম লৈ ৱা ঙাঙগনু।

মখা তানখিদে।

অহীং অসি কয়াম্রা থেঙখ্রবা খঙদে। তুম্বা য়াদে। নাঙ্গনগী অপোম্বসু চীকপা হেঙ্গৎলকই। শুবদনিগী কাদা নাখোকপগী মখোল তাই। কয়াদা নুংঙাইনা তুমখ্রবা। ৱাবনা পোপ তারমাল্লে। মশকশিং অদুনা ইনৌ নৌরদুনা কয়াদা ফজরিবা? মমা মপানা নুংশাবু থীরম্লেইদরা? ইচানুপা অহলদু হিংলম্লবদি মখোয়মুক্তি চাউরগনি। শনষেন ষনঙাক ঙম্লকপা মতমদনি খঙহৌদনা নাদুনা লৈখিদবদু। মতমদুদদি কুঠিগী দশা য়েংখিদে। খংলাক খংজিন ওইনা লৈখিদবদু য়াম্রা নুংঙাইখিদে। নীংঙমখিদে। মতমদুদগী মালতিসু মশা শোম্থখ্রবনি।

হুই ময়াম খোংলকপদা মীৎকপ খংথোক থোকই। অদুদগী হৌরবা মখোল ময়াম অমা-প্রোদ্রোক পোদ্রোক। অমুকসু য়েংথোকখিবদা থোঙদু শবাক ফাকলম্মী। ফুক হৌগৎলগা থোঙজিল্লোমদা থোরকপদা কল্লবা চৈফু অমনা লাইবক্তা পানখি। অদুদগী তাইবংপান পুম্বা পুম্মম মমখি।

হকচাং অসি লেঙ-ওৎপা ঙমদে। মফম খুদিং নাই। মীৎ য়াম্রা ৱানা পাঙই।

মশেন মরাং লোইনা উই। অমত্তা ময়েক শেংদে। ইনাক্তা নুপী অমা ফমলী। শুং শুং কপ্পগী মখোলসু তাই। মালতিনি খঙলকই।

– ঐনা লৈরিসি কদায়দনো? করিগী কপলিবনো?

– হোসপিতালদনি। ঐ কপ্পে।

নীংশিংলকই লাইবক্তা করিনোমনা থাখি। অদুগী মতুংদা হকচাং পুম্বদা। পুন্নমক মঙনি।

– নুমিৎ কয়ানি শুরে ঐনা সিদা লৈরিসি।

– ঙসিগা হুন্নি শুবনি।

– শুবদনিদি?

শুং শুং অমুক তৌরকখি। য়াম্না ৱানা খাঙজিন্নগা হায়রকই,

– পুলিসনা ফাজিন্দুনা থমখরে।

– করিগী?

পাউখুম লাক্তে। শুং শুং কপ্পগী মখোল নত্তনা। উন ৱাইমুক চীকলকই। হকচাং পুম্বা অমুক হন্না চৈনা ফাওরকই। মীৎ অসি ইমম মমথরকই। তপ্না উইশিল্লি।

ৱা ঙাঙবফাওবা ৱারকই।

– করিগী শুবদনিবু ফারিবনো? মানা কৈদৌরবগে?

– লালহৌবনি হায়জিনবীরিবনি।

– কন্মনা?

– খঙদে। ঐ করিমত্তা ভাব তাদে। নঙগী থবকসু তৎকদৌরিমাল্লে। করিনো হায়রিবশিংসে? ঐসু ভাব অমত্তা তাদে। মঙলনে তৌরিবসিবু!

– নুপামচা অনীদুদি?

– ঐখোয়গী শুমাঙদা নুমিৎতুদা কাপ্তুনা হাৎখরে।

মশক মতৌ ফজরবা পাখংমচা অনীদু মীত্তা মশেন মরাং অমুক উরকই। গ্রহগী দশাগী চেজেৎতুসু। মালতিনদি প্রতিকার তৌখরে হায়খি। অদুদগী থংনবা মীকুপ্তদি পুম্মম মমথরে। ○

জুন, ১৯৯৩ ইং

# করিগী উচেকনা পাইখিদ্রিবা

নোংচুপ থংবা অমুবা চীংশাংগী মরেংজুমদা অঙাংবা নুমিৎনা লৈ। লোক্তাক পাৎতা নোংজাবিনা য়ৈরি। অরঙবা ঈপাক্তগী ঙাংলৈনরবা মচুনা মালেমগী অকোয়বদা অমুক চায়থোরকই। উচেকশিংনা তাগ্রা তাগ্রা পাইখ্রি লোক্তাক পাৎকী মথক্তা। থাঙ্গ করাংগী চীংশাংগী মথক্তা। মনা পান্দবা উগী উশা অমদা উচেক অমত্তংদি তুমিন্না মচি লেঙদনা তোংলি। মঙক মচাদুনা হোংলক্লিবা মালেমগী মশকপু য়েংলদুনা। করিগী পাইখিদ্রিবনো উচেক অসিনা? পাৎকী মথক্তা। নোংজাবীগী মচু মরক্তা-সনামচুগী আতিয়াদা করিগী ইরোইদুনা শাগ্রদ্রিবনো? অতৈ উচেকশিংগুম্না করিগী পাইদ্রিবনো?

– শিজখ্রোনে। নপাদুগী মতুং ইনখরো। ঐবু শায়বা পেন্দ্রিবরো? হোতেলগী অপিকপা কাদুদগী ইবেমহলনা চহি তরারোমগী মচানুপাদু ফু-ফুদুনা চিংথোরকই। অঙাংদু কপ্পে। মচিন্দা অকামপেৎলো করিও লেপ্তুনা ঙাঙই। মমৈদা মমাগী মখূৎতগী নাম্প্রোকতুনা নিংথৌখোং কৈথেল্লোমদা চেনখি।

– নঙনে হয়েং স্কুল হেক কাদে তাবদা নথব্লাই লৌগদবনি। নুপামচাদু মমায় ওনসিল্লগা করি করিনো হায়রম্মী। অদুবু ইবেমহল তাদে। অশাওবগী মায়থোংদা নোংজাবীনা অমুক য়ৈশিল্লি।

– ইমা, লুপা চাম্মা পিয়ু।

লৈরং ময়াদা মোড়াদা ফমদুনা ঙা তাউরিবা ইবেম্হল মচানুপী অহল সুনিতাদা য়েংখৎলকই। হৌজিক্তা অশাওবা নেমথখিবদা ঙায়রিবনি।

– নঙনা অমুক করিগী পৈশানো?

– ঐনা শেৎলিবা স্কট অসি উদ্রো? সি শেৎলগা স্কুল কাও হায়রিবরো?

– নবোক হিংচাবী অদুদগী লৌবা য়াদ্রা? শামু লোইবি হনুবীদো শিরগা মরল লোইনা পুনি হায়বরা?

– নখোয়গী ব্রা ঐ খঙদে। ঐদি লুপা চাম্মা পিদবা য়ারোই হায়রিবসিনি।

– খুদক্তা হেক্তা কদায়দগী কোৎলুচো হায়রিবনো? কনাদগী কোৎলুচো

হায়বনোবা।

– নুপা য়াম লৈদায়। লাকনিংদনগা লাকপা নত্তে খঙলবরা?

– করিনো নঙনা ঙাঙলিবদো?

– য়ু য়োনবীগী মচানি হায়বদা ঐখোয়সু ইকাইদবোই নিংবরা? য়ুদা য়োনবা ওইরবদি ফৈ নুপাগা চগৎ চগৎ তৌনবা ঐখোয়সু খঙলিবনি।

– করি হায়বা? নবোক হিংচাবীদুনা হায়রি ওইরিনিনে। মাদৌনা নহা ওইরিঙৈদা ওকলক্কবদু ঐশু তৌরমগনি সিনিনে। অঙাং নঙ ঐঙোন্দা কৌরককনু। সিদা চঙলক্কনু।

– চঙলক্লোই।

ফেৎ হায়দোকলগা থোঙজিনলোমদা থোকখি। ইবেমহলনা উহৌই মচানুপীগী মমীত্তা ঈরা চেনখিবদো। খুদক্তা অশাওবা পৃম্বা নেমথখি। বাক্সিদগী লুপা চাম্মা লৌথোকলগা পরপ পরপ সুনিতাবু তান্নখি।

ঙসাইমখৈ তৌনরিবা ঙাঙন শক্করিবা খূদিং থোঙনাউ ময়াদা ফমদুনা মতোমদা য়ু থক্লিবা দিনহরি তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। দিনহরি পোৎশংবমদগীনি। হায়স্কুলগী ওঝানি। লৌ পরী অহূমসু চায়। তলব অসিগদি লেম পানা নুংঙাইনা ইমুং মনুং হিংই। ঙসি ঙরাংতা নত্তে ইবেম্মলগী হোতেলদা নুমিদাংৱাইরম খূদিংগী য়ু থকপা লাকপা। চহী য়াম্রে। মহাককী নুপা লৈরিঙৈগী মতমদগীনি।

ইবেম্মল পরপ পরপ চঙলকলগা অশাবা থাওনা মনিল কারবা খাংদা ঙা থাদরকই। দিনহরি ইবেম্মলগী মমাইদা হুমাং মরিক মরিক কারিবদু য়েংই। তপ্না য়ু গিলাস অদু থাঙ্গৎতুনা থকই।

– ওঝা, ঙা অতাউবা হাপলক্কে।

থোইনা পাউখুম ঙাইরুবা তৌদনা ঙা অতাউবা পুখম মচা অমদা হাপলদুনা টেবলদা থমলকই।

– ঙসিদি নহাক য়াম শাউখরে! অঙাংশিংদা ওনশিন্নদুনা খৎনবদু ঐহাক্তি পামদে।

– ঐনা শাউবদি অঙাংশিংদা নত্তে। মখোয়গী মবোক্তুদনি। ওঝানা খঙবিরিবদুনি মখোয়গী মফি মরোল লাইরিক তম্বগী খরচ পৃম্বা লৈমিন্নদ্রবসু ঐনা লোইনা তৌরিবনি। নুপা হেক শিখিবগা ঐবু তাম্বোরক্লে ইচাশিংগা খায়নহল্লে মসিমক্তদা পেন্দদুনা অঙাংশিংদা অতোপপশিংদা ঐবু বদনাম পীরি। মসিদবু কনানা খাঙগদৌরিবনো।

মখা তারকখিদরে। মখোল নিকখি। অমুকহন্না ঙাশিংদু খাংদা থাদরকই। দিনহরী তুমিন্না অমুক য়ু থকলকই। খাংদা ঙা তাউবগী জ্জি জ্জি হায়বা মখোল নত্তনা কাদু ইচিকচিকই।

– চহী তরাহুমদোইদা ঙায়রিঙেদা ঐবু মচানুপাদুনা ফাদুনা লৌবিখিবনি।

অমুক ইবেম্মলনা মখা তারকই।

– লৈশাবী মচা অমা ওইরকপগী নুঙাইবা অমত্তা ফংহৌদে। অদুবু লাইবক্তা তম্বনি খনখি। য়ু য়োন্দুনা ইমুং মনুং থাকলকই। হৌজিক্তা য়ু য়োনবীনি লমচৎ চুমদবীনি হায়দুনা পাউথোকলি।

অমুক তুমিন লৈখি। দিনহরিদদি ব্বারী অসি অনৌবা নত্তে। চুম্মি, মাগী নুপা ইবোহল অঙাং ওইরিঙেদগী ঙাওশীন্নরকই। য়ুম পাল্লবা মতুংদগী মতৈ মনাও য়ু য়োল্লি। চঙলকপা মরূপ মপাংশিংগা য়ু থকমিন্নদুনা অয়াম্বা মতমদা ঙাওদুনতা লৈ। হোতেলগী থোং থাকপা, য়ু তমথোক তমশিন পুন্নমক ইবেম্মলনা তৌই। ইবোহলগী শাজৎতা ইবেম্মল নোংমত্তা ব্বারৌবগী মমি তাখিদে। নোংমত্তা চিন্দা পাওদানদুনা খৎনখিদে।

অহুমশুবা মচানুপীদুনা থা অনী অহুম চংলকপদা ঈ ওদুনা শিখি। চহী ফাদুনা মনেমবোকনা তানথোরকই। মচা অতোনবীদু পুরগা নংখ্রবা মবুংগী নাক্তা লাকখি। খরা লৈরগা মবুংগী ইংখোল মতোন্দা হোতেল ফমলকই। নহা ওইনা লুখ্রা ওইরবী মশক ফজবী ইবেম্মলগী ব্বারী দিনহরিনা লোইনা খঙই। অদুগা মাগী থম্মোইগী কাচিন অমদা ইতৎ তত্তনা মফম মরাং খঙদবা ব্বাখল অমনা ওৎপগুম তৌই।

– হোইদা হনুবী হিংচাবীদু ঙাঙনিংবা মখৈ ঙাঙজসনু। মব্বা লৌদে।

ইবেম্মলনা খঙহৌদনা হায়দোরকই। দিনহরিনা উরকই – লৈরংগী ঙাংলৈনবা মৈঙালদা নোকমি নোকমিবা মায়থোং অমা। মায়থোংদুদা মুন্না য়েংলকই। দিনহরি কুইরবা থৌদোক অমা নিংশিংলকই।

মেরাগী পূর্ণিমানি। থানা-ময়েক শেংনা থোকই। লৈচিল অমত্তসু আতিয়াদা পক্তে। গোপিনাথকী মন্দিরদা রাস লীলাগী পুঙখোল, এসরাজগী মখোল ময়েক শেংনা হোতেলগী কাদা তাই। নুমিদাং অথেংবফাওবা কৃষ্মৈ লৈবনা হোতেলদু মীনা কৃক কৃক ইগ্রে। ইবেম্মল য়ুবু হৈগদরা ঙাবু তাউগদরা পোৎপু তমগদরা জ্ঞান ইমাঙ মাঙই। ইবোহল পুন্নমক থৌব্বা শাদনা দিনহরিগা তুমিন্না য়ু থকমিন্নরি।

পুং তরামাথোইরোম তারমলগনি। অমমম অনীনী মীদি চঙলকপা লেপ্পে। ইবেম্মল লৈরং মুথৎলগা থোঙ থিংবা হৌরকই।

– কৈদৌরে থোঙ থিংলবদি?

ইবোহলনা মরোল ইফাই ফাইনা হায়রকই।

– জগোই য়েংবা চৎকদৌরিবনি। ঐসু নোংফাদোক কৃম্মে য়েংবদি য়াইদনা।

– পোৎ য়োনগেদি হায়দদুনা? করিসু কান্নদবদা ইরাং তৌবা চৎকদৌরিবা?

– সন্ধ্যাদগী নঙনা য়ু থক লৈগে - ঐনা পোৎ সুম য়োল লৈয়ুসিনিনে। ঐসু ঙৈহাক্তি পোঝাবা য়াইদনা। অঙাংমখৈ হুন্দোকলম্নগা অবোকফাওবা ঙসাইনা কেনা চৎখ্রিবদুনি।

ইবেম্মল দিনহরিগী মনাক্তা চঙশিল্লকই।

– ওঝা, জগোয় য়েংঙুসি। অঙাংশিং শঙহৌসনু। চাক চাদনা ফমুংদা য়াপ্পখ্রদবনি। হায়না হায়না থংনবা কাদা মফি হোংখি। ইবোহল মশাদু হায়রং হায়রং হৌগৎলকই। হায়রকই –

– বন্ধু, ঙৈহাক য়েংমিন্নরুরো। অঙাং ওইরিঙৈদগী জগোয় ঈশৈগদি পামজরকপনি। ফদি ফজবনিহে-ওকনরেলগী লাইবুংদা জগোয়গা শাবদু।

থবাই তানা ইবোহল অমুক নোকই।

জগোয় লোয়গদবা ফনা য়াৎলিঙৈদা – আতিয়াপুম্বা পুম্মম মমশিল্লকই। ইখঙ খঙহৌদনা থাকলাওদুনা নোংনা ফৃদিৎ ফুনা তারকই। মান্দোবকী ময়োলদা ফখ্রিবা খরদু নত্তনা মীপুম খৃদিং কায়দুনা চেন্নে। দিনহরি তৌফম খঙদনা লৈরিঙৈ-ইবেম্মলনা খৃদাং পায়রে,

– চেন্নসি - ওঝা।

নোংমরক্তা মমখ্রবা থামম্বদুদা ইবেম্মলনা চিংবোই করিওই চেনমিন্নরকই। দিনহরিদি য়ুগী নেশা ইহন হন্দ্রি। মমীত্তা লম্বী অমত্তসু উদে। নোংসু-অসুম অসুম কনশিল্লকই। দিনহরি অমুক অনিরক তুগে তৌই। ইবেম্মলনা কোনখৎলি। নোংনা মশা পুম্বা চোৎলবদূদদি ফজনা জ্ঞান তারে। অদুবু ইবেম্মলনা কোনবোই করিওই চিংদুনা চেনবদি লেপ্তে। স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা। অথোৎপা হকচাংনা থেংবা, হকচাংগী মনিলনা য়ৈরবা দিনহরি মঙোন্দা পুন্নমক ফাওই। রাসলীলাগী পুঙখোল অমদি এসরাজগী মখোলসু নোং নুংশিৎ মরক্তা অদুম তারি। অদুবু মঙগুম্না খৃদাং চেৎনা পায়রিবা ইবেম্মলগী মতুং নিংথৌখোং কৈথেল তম্না অমম্বা মরক্তা ইন্নরকই।

চহী কয়াগী মমাঙগী থৌদোক করম্না হৌজিক্তা নীংশিংলক্রিবা দিনহরি ভাব তাদে। চুম্মি, মতমদুদি থোৎনৌরবা হকচাংনা ফোং ফোং শানা মঙোন্দা কোনবোই করিওই চেন্নকখিবা করিসু খনখিদে।

লোক্তাক ময়াইদা চাইনা চাইনা তারিবা ফুমগী য়ুমশিংনা তুমিন তুমিন লেপই। নোংচুপ থংবা চীংশাং পরেংগী মতোন, নুমিৎনা মরুমদা লৈশিনখিবদা, ঙাংলৈনবা আতিয়াগা চীংশাং পরেংগা থেক খোয়রবা অমুবা মচু অমনা খাইদোকনরি। লোক্তাককী ইপাক্তা নোংজাবীগী মচু মাঙশিন্নকই। চাইনা চাইনা হিনাউশিংনা তোর্ব্বান তন্না হোনজিন্নরকই। অমুবা মচুগী শক্লোন্দা। উচেক্কুদি তুমিন্না হৌজিকসু তোংলি। হোংলক্লিবা মালেমগী মশকপু য়েংলদুনা।

– তাদা ঙা কয়াম ফারকই।

– ঈশিংনগা চাউবসিদা দাওনগা য়াদবগা মচা অনিখক্তগী হেন্না ফারক্তে।

– হোয়নে ঙসাই অয়ুক্তগীবু। হিংবগসি ব্রাদৌরিদা। ঙা অনীসিদা কয়াদি লৌনি?

লাংদু তোয়াইমা কাচিন অমদা পোপ থাদে।

– নীফুদি পীয়ুদনা।

ঙা অনীদু ইবেম্মল মখূৎনা হায়ফেৎ থাঙ্গৎলগা হায়রকই –

– কুনথ্রা তৌরসি, তাদা। পিকপসিদা ঐসু য়োনফমগা খঙলোইদৌরিবনি।

তোয়াইমা খুন্নক্তে। ইচোৎ চোৎনা ফাল মচিদা ফম্মি।

– গিলাস অমত্তং হান্না থকখিগে।

নিকনিক লাউরবা য়ু গ্লাস অদু অমুক্কী খূৎচিংদা থকচিল্লি। হৌজিক্তমক দিনহরিবু তুমিন্না মথন্ত ফমলিবদু তোয়াইমা উরকই। নোক্তুনা কৌনে। অমুক য়ু গিলাস অমগা থকচিল্লি।

– ঙরাংগীগা তরামঙা তারেদনা। ঙাগীনা ঙরাংগীদুগা হুমদ্রামঙা তারে। নীফুমঙা ওইরমাল্লে নঙনা পীগদবসি।

– পোৎকা অমত্তা য়োনপোৎতরি। ঙসিগীদি লূপা কুনমঙাদং পায়খরো, তাদা।

তোয়াইমা ব্রা ঙাঙফম খঙদে। মচিন্দা শোনবোই করিওই তপ্পা হায়রকই,

– খঙদ্রেদা ইবেম্মল নতৌসিদা কন্না ঙাঙবসু ঙমদে। লাইর মশেন্নি – উপায় লৈতেনে।

লূপা কুনমঙাদু লৌরগা লাংদু মরেংজুমদা থাঙ্গৎতুনা থোকখি। দিনহরি ইরায় লায়না ইবেম্মলনা থাদোকখিবা তোয়াইমবু য়েংহৌই। মমায় লৈথোরকপদদি করিমত্তা থৌ-ব্রা শাদনা ইবেম্মল খাংদা ঙা থাদদুনা লৈরম্মি।

মহৌশাগী খূৎশেম হায়ববু থাশিরমদাইগী থানা কোক্তোনদগী নোংচুপতা হাইথরপ মচেৎ অমত্তং আতিয়াদা থোকলি। অদুগা মণ্ডাল শান্দবা থবানমিচাক খরা লৈচিন মরক্তা উরি। অতৈদি মালেমপূম্বা অমম্বনা থাবলগী মণ্ডালবু লাকহৎলি। উ-বা য়ূমশিং মুশুক মুশুক মুরি।

পিকলবা হোতেলদু নুমিদাংসিদদি য়ু থকপা লাকপা মীনা পিক থল্লি। ইনিল নিল্লি। অসিগুম্বা মতমসিদনি ইবেম্মলগী হোতেলনা পোৎ শিংলিবসিসু। ময়াম লাওবা, পোৎ তমথোক তমশিন, য়ু হৈদোক হৈজিন - পুন্নমকসিদা কুইনা তৌরকলবনিনা শন্না মফৈ অমফাওবা ইবেম্মল জ্ঞান মাঙদে। পাখংমচা অমনবু ফাগী তৌশিন্নকই,

– ইতৈমদি কুইর কুইরগা নহাদুম ওইথোক্লে। শকলা ফজরিপোৎনি য়ূমদুম পানবিরোনে।

– পান্দুম পাল্লসিরা? পাখংলা পাখ্রারা অমত্তংবু থিরকউনে।

মখূৎতি লেপ্তনা থরাই তানা নোকই। পাখংদুদা নত্তনা ময়ামসু নোকই। দিনহরিদংদি তুমিন্না ফমলি। মহাক নোক্তে।

অদুক লাওখ্রবা মরক্তা কোম কৈরাপতগী থাবল্লেনা য়ুগী পৈশা অমুকসু থৌরে। শকফম থোক হনজিল্লগা ইবেম্মলনদুম শাওজিল্লি।

– সন্ধ্যাদবু পৈশা থৌবা লাক্লিবা নঙনবু হেন্না ঙকখরে। বা খঙমনখিদ্রবা হায়বদুনি। পৈশাদু হাৎলোইয়ে। হয়েং অয়ুক পীগে।

থবল্লেসু মাগা ওনশিন্নদুনা খৎনবা ঙমজপোৎতে হায়রম্রগা থোকখি। ইবেম্মলসু করি করিনো ঙাঙদুনা লৈহৌই। অদুবু মীৎকুপ খরদনি। থংনবদদি শকফম্ থোক ওল্লি। নোক্লুনা পোৎ য়োনবা হৌরকই।

থেঙলে। পুং ১০মুক তারমলগনি। ফালশাংদা চাইরিবা লুখাক, গ্লাস, প্লেটনচিংবা লোয়শিল্লি। হৌজিক্তি কাদু ইচিক চিকই। অরাপপদা খূনগী হূইশিংগী মখোল নত্তনা ইতা তারক্লে। দিনহরিদংদি মচি লেঙদনা ফম্লি। নুমিৎ খুদিংগীনি। ইবেম্মলদা অনৌবা নত্তে। লৈরং নাকলদা থারিবা কাংথোন্দা মচানুপী অতোনবী ইশিশিনা তূম্লি। কাংখল থাদে।

– ঐগী পৈশা কয়া তারে?

কাংথোল ময়াদা চঙলক্লুনা ইবেম্মলদা দিনহরিনা হংলকই।

– য়াখ্রেগুম্বা তাবরা - ওঝানা পারগা খরা হেক পীবিয়ু।

– চনী অসি পায়শিন্নু।

– ইবেম্মল পৈশাদু লৌশিল্লি। বাকসিদা হাপচিল্লি। দিনহরি চত্তে। ইবেম্মলগী মনাক্তা অদুম লেপপী। ইবেম্মলসু তৌফম ইখণ্ড খণ্ডদে।

– ইবেম্মল, হন্দক মরক্তি ঐহাক ৱাখলসিদা মণ্ডল মণ্ডল পণ্ডখম্দা খল্লি।

ইবেম্মল খুমদে। তুমিন্না লৈ। মখা তাথরকই,

– নচাশিংসিগা নহাক য়াম ৱারে। ঐহাক নণ্ডবু ইনাক্তা থম্নগে খল্লে। নচাশিংসু ঐগীদা থমদুনা মী ওইনবা ঐ শেম্বা ঙমগনি।

ইবেম্মল পুন্নমক মণ্ডগুম থোকই। দিনহরিদগী অসিগুম্বা ৱাহৈ মচিন্দগী থোরককনি হায়বা মহাক খনখিদে। অসুক কুইরব মতমদগী লোয়নদুনা লাকলবা, মীনা মশক খণ্ডবা দিনহরিদা করম্বা পাউখুম পিগদগে হায়বা মঙোন্দা খনফম খণ্ডদে। অদুগা মসিসু মহাক খণ্ডি – দিনহরিগুম্বদগীদি ৱাহৈ অসি তরাইনা থোরক্লোই। ইবেম্মল দিনহরিদা মুন্না য়েংই। অদুগা তপ্না হায়রকই,

– ওঝা ওঝানা নুংশিবীবা ঐগী লাইবক ফবনি। মখা তাবা ঙমলক্তে। খণ্ডহৌদনা পি তারকই। মখোল নিকলকই। বাকসিদগী লুপা চনিদু লৌথোকই। য়াম্না ৱানা হায়রকই,

– পৈশা অসি পায়শিনবীয়ু। ঐ লাইরবীনি। তৌঙম্বীনি। অদুবু ইপুরোইবনা শিখিবা নুমিৎতগী ঐসু শিশ্রবনি. . .। ওঝাবু কাউজরোই। ঐবু ৱারোঁবীগনু।

মখা তারকখিদ্রে। ৱাহৈ অমত্তা থোরকখিদ্রে। কাংথোল মচিদা ফমথদুনা মমায় খুমজিন্দুনা কপপদু দিনহরি মুন্না য়েংই। মহাকসু মচিন্দগী ৱাহৈ অমত্তা থোরক্তে।

আতিয়াদা থা থোকখিদরে। থৱানমিচাকশিং নৈচিন্না কুপখরে। লোক্তাক মালেম পুম্মম মমই। অমম্বা মরক্তা নাইতোম তারবা উচেক অদুদি তুমিন্না হৌজিকসু তোংলি। অহীংগী উচেক কয়ানা অমম্বদা পাইরি। ○

জুলাই, ১৯৯৩ ইং

# লাংদা থুবা

পোদ্রোক-পোদ্রোক-পোদ্রোক।

লাপলপ তাবা মখোলনি। ইবেনি থোইনা খন্দে। তুমিন্না ময়াম মরক্তা অদুম ফম্মী। মাগা লাকমিন্নবা খঙন চান্নবশিংদুনা কদাই কদাইদা ফমখ্রিবনো খঙদে। হোরেল লোয়নবুদি থেঙনগদবা লৈরে। তৌববুদি মখোয়গী থংনবা খূনগী মী মরক্তনি মানা ফম্রিবদু। অদুগা য়ুমথংনবা মনম্মা ইবেমনুংশিসু মনাক্তা ফমলী। অসুক য়াম্বা মীয়াম মহাক অমুক্তা উদ্রি। মণিপুরগী মী অপুম্বা তিন্নরবগুম খল্লি। য়ুমগী ৱাগা ইকাও কাওথোকই। কুম্মৈদু মঙাই।

প্রোদ্রোক পোদ্রোক পোদ্রোক।

হন্দক্তি নকননি। কনানো অমনা লাওরকই – 'কাপ্লে, চেল্লো।'

ইবেনি ইপা পাখৎনা ফুক হৌগৎলি। হন্না য়েংথোকখিবদা ইবেমনুংশি লৈরমরে। ফিজিদা মাবু চিংলমবগুম তৌখি। য়ামখ্রবা মীয়ামদু কায়দুনা মাইকৈ শলাই খঙদনা চেন্নরকই। লাও খোঙনৈ। অমনা অমবু কৌন খোৎনবা তান্নদে। ইবেনি ভাব তাদনা চেল্লি। নুপী অঙাং মফিমরোল খঙনদে। মীরক্তা তুশিন্নবা নেৎনবা কয়াসুনি। কপ্ন লাওনবগী মখোলসু য়াওরি। মশিং য়াম্রবা মাইকতা নুপা অমনা কন্না ঙাংলম্বসু তোকখরে। মদুগী মহুৎতা নিল্লবা মীরক অদুদা ময়েক শেংনা তারকই – পোদ্রোক-পোদ্রোক-পোদ্রোক। ইবেনি হৌজিক্তমক নোংমৈ মখোলনি হায়বা খঙলকই। পাখৎপা হেঙ্গৎলি। লাল হায়বদুরা খল্লকই। মপুন্সিদা অমুক্তা অসুন্না থেংনখিদ্রি। অমুকসু খল্লকই করিনুংগী লাকচরুবা? করিগুম্বা অমত্তা ৱাখল খনবা ঙমলক্কে। মখোঙনা পুবা মাইকৈ অমদা চেল্লকই। মীয়াম মরক্তুদা। মনাকোংদা লেপ্তনা তারি পোদ্রোক-পোদ্রোক ...।

নিংথমথাগী নুমিদাংৱাইরমসিদা ইবেনি মশাদু হুমাংনা লুপ্লী। হৌজিক্তি চেনবা ঙমলক্তরে। মশাদু ৱাবনা শদৌ থোংলকই। পাঙ্গল থৌনা লৈরক্তরে। তুং হন্না য়েংবদদি মী অমনি নত্তনা কনাসু চেল্লমদরে। সরক মপান্দা লৈরক মচিনশিংদা মী শঙ্গু শঙ্গু লেপনরম্মী। ইবেনি চেনবোই করিওই তৌরমবদগী চপ লেপই। তিংঙক তিংঙক অকোয়বদা য়েংই। করি লমনো, খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী করম্বা মাইকৈদনো

হায়বা ইবেনি খঙদে। মপুন্সিগী অমুক্তা লাকখিদ্রিবা লম্বীনি হায়বদি ইবেনি খঙলকই। সরক মপান্দা লেপ্লস্না পাখং মচা অমদা হংঙি –

– মসিবু করি লমনো?

– নাওরেমথোংনি।

– নাওরেমথোং হায়বা?

ইঙক ঙকই। লমসিগী মমিং মহাক তাখিদ্রি। অমুক হংই –

– কোনুং লম্পাক য়ৌগদৌবা কয়াম ল্লাৎলি?

– খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলদগী নোংপোক পাংনা চৎকদবনি। মসি কোনুং তাবা লম্বী নত্তে।

ইবেনি মসিদি নোংচুপনি হায়বা খঙলকই। নুমিৎনা শাংলবা চীংশাংলোমদা নৈশিল্লক্লি। ল্লাওরি ল্লাওরিবা নিংথমথাগী নুমিৎনা। কৈথেললোমদা অমুক হায়গৎপা? মশাদু অমুক হুমাং অনপ্পী কারকপগুম তৌই। মচিন্দা খঙদৌদনা হায়দোকখি –

– হৌজিকপু কৈথেল্লোমদা অমুক হায়গৎপা?

– করিসু তৌররোইদা ইতৈমা। মী অদুম চৎনরমলগনি।

ইবেনি থাজবা ঙমদে। হৌজিক্কি লাল মতাদুদবু মী অমত্তা চৎনরমগদবা মান্দে।

পাক হেক হন্দুনা মখোঙ থাংবা ঙমদে।

– ইবুংঙো হৌজিক্কি লান্দুবু মীগা শিনৈ হায়দ্রা?

– মীগা শিবদি তাদেদা। খরদি শোক্ল খোৎনবমাল্লে।

গাড়ি খরগা মৈ থাবরা?

মঙগুম্না তাই। মশাদু হৌজিকসু নিক্লি। নিংজিং মাংজিংনৈ। চৎসি কদায় লৈথসি কদায় তৌফম খঙদে। পাখংমচাদু মতৌদুদা ভাব তারমাল্লে।

– মী য়াম চৎনরেদা। কৈগু তৌররোই অদুম চৎপীয়ু।

মখা তারকই –

– ইতৈমবু ল্লাংখৈদগীরা?

– নত্তে। হুইকপুগীনি।

পাখংমচাদু তিংঙক তিংঙক য়েংলকই। হংহৌবগুম তৌই

– হুইকপ হায়বু করি লমদনো?

ইবেনি মখা তারমদে। নোংপোকলোমদা হায়গৎলকই। সরক্কী মচিদা শঙ্গু শঙ্গু লেপনরিবসিংদু হন্না ফাওবা য়েংদে। খোঙথাং কনখৎলকই। মিহুন লেপ্পা লৈতনা হল্লি-দংদংদং।

– ইবেনি, হয়েংদি মখোয়গী ইন্দিরা গান্ধি হায়বদু ইম্ফালদা লাক্কদৌরি য়েংলুসিকো?

য়ুমথংনবদা লৈবা মনম্মশিং থোকপা ইবেমপিশক্কা ইবেনিবু উবদা হায়রকই। শীং কোকথোঙদুমগা ৱানা চীংদগী হল্লকপদা মঙাইরি। শুমাং মতোন্দা বম থাদে। শোল্লি শোল্লি শীংবুন মচা অমগা মতুংইন্নরক্লিবা চহী নিপাল্লোমদা ঙায়রিবা মচানুপাগী শীং অদু থাংদবি। ফৈজাদুনা মমায় তৈথোক তৈথোক্কা হংলকই –

– কৈদৌবা ইনম্মা?

– হয়েংদি ইম্ফালদা ইন্দিরা গান্ধিনা ৱা ঙাংগদৌরি চৎলুসি হায়বনিদা।

– করি তৌনরুগবনো? মরোল মরিসু খঙবা নত্তা। অদুগী শরুক শীং কোকথোঙ অমা চল্লুবনা হেন্না ফৈ।

– অঙাওবিসিদি। মশক ফাওবদি অমুক্তং য়েংলুবা য়াইদনা। অদুগীসু মথক্তা ইম্ফালদা নোংমা ফাদোক চত্তুনা কুম্মৈসু ময়েংঙুগনি।

– ননাওনুপাসু হয়েং অন্দ্রোদা অঙনবা ফৌ খাওবগী খুল্লং চৎকনি হায়বগুম তৌই। য়ারক্কদৌবা মান্দেদা!

ইবেনি চৎনিংই। ইন্দিরা গান্ধি হায়বা নুপীদুসু মমিৎমকনা উনিংই। অদুগীসু মথক্তা ইম্ফাল চৎতবা কুইরে। চহী অহুম মরি ফারম্রগনি। খুদোংচারিঙৈ নোংফাদোক ইম্ফাল কানিংই। পোৎ লৈবগীঙাক নত্তে। ইম্ফালবুসু য়েংনিংবনি।

– নখোয় অনিগী মরক্তা কনানো অমা য়াওদবা য়াদে হায়দুনা কুমারনা ঙসাইনা হায়রম্রবনি। বস অমসু ৱায়রে। অচৎপা মী অমমমদা লুপা তরা তরাসু পিনি হায়রম্মী।

লুপা তরা পল্লকপদা ইবেনি খঙচৎ চৎনিংই। অয়ুক চাক তোকপদগী শীংচনবা চৎলুরগা শদৌ থোংবা মখৈ শীংবুন অমা পুরক্লিবা অসিবু লুপা অনি ফানা শিৎকদরা খল্লকই। বস তোংলগসু চৎপা, ইম্ফালদা কুম্মৈসু য়েংবা, লুপা তরাসু ফংবা ইবেনিদদি তাংনা থোকলগদবা ৱাফম্নি।

– চৎসি ইনম্মা, করিদি শেৎ চানি?

– নৈজরিবা খরসি হেক শেৎলগা লোয়রে।

– হোইদা। কৈদৌয়েগে!

খাইরম্বন্দ কৈথেল য়ৌরকপদা খুম্ব্রক লানশিবগুম দুকানশিং থোঙ লোম্ররম্মী। হৱাগাড়ি খরসু মৈখু ৱা ৱা কাদুনা মৈ চাকখিবদা ঙায়বগুম সরক্কী নাকন্দা লৈরি। সিফায়শিংসু পরেং পরেং লেপ্লি। মখোয় অহুম মরিতনি সরক্তা চৎলিবা। তরক তরক। অমুকসু অকিবা ফাওরকই। ইবেনি খোঙথাং অমুক কনখৎলি। কোনুং লম্পাক তম্রা লাকই।

নুমিৎনা নোংচুপ চীংয়া তানিং তামাং তৌরক্লে। নুংশাগী মণ্ডালসু মণ্ডম শাল্লক্লে। কোনুং লম্পাক য়ৌরকপদদি বস অমত্তা উবা ফংদে। ঙসাইগী বস ময়ামদো। ফিরালগা থেৎপা বসশিং। ইবেনি নুংশা থিরকই। থোঙ হাংদুনা লৈবা অপিকপা দুকান অমদা চংশিন্দুনা হংই। দুকান ফম্রিবী মৌনহাদুনা খুম্মকই,

– চৎখরে। কুইরে। করিনোনে ঙৈহাক্তং অদুদি মীয়ামদুনা গ্রুংগ্রাং মফম মরাং অমত্তা খঙদবনিনে। বসশিংদো থৌরোগা ঙাইখোগা মহা লাল অমনি, ইচে।

ইবেনি হৌজিক্তি ভাব তারে। ময়ুম য়ৌনবা বস অমত্তা লৈতরে। মচিন্দা খঙহৌদনা শোন্দোকখি –

– ইস, কমদৌনি।

মীৎকুপ্তুদা খল্লকই করিনুংগী লাকচরুবা। ইবেমপিশক নিংশিংলকই। মপুক্লিংদা ৱারৌরকই। করিগী মাবু হুঞ্জেক্তুনা চেনখ্রিবনো? অমুকসু খল্লকই ঙসাইগী লাল মতাদুদা থৱাই হিংনবা চেন্নবা নত্তনা করিদি উপাই লৈ। মপুক্লিং নুংশিরকই। কপনিংবা অমসু ফাওরকই।

– করি লম য়ৌগদবনো, ইচেবু?

অসুক থৱাই ৱারিঙৈদা নোক্তুনা ক্বা চখোম চাওনা চাদুনা দুকান ফম্বীদুনা হংলকই। ইবেনি খুম্রিংদে। শকফম মতাদুগা ইচেগা কৌরকপদুদা ইবেনি ইখঙ খঙহৌদনা শাওনিংলকই। অদুবু শাওনিংবা পুম্বা ফাথে।

– য়াম্রা লাপ্পী হুইকপ য়ৌগদবনি।

– হুইকপ হায়বা? মীংসিদি! কদায়ৱাইদা লৈবা লমনোনে?

অমুক নোকতুনা কোখনা হংলকই।

হন্দক্তি ইবেনি শাওনা খুম্মী।

– ঙারিয়ান চীং লাল্লগা লৈবনি।

মখা তারমদে। দুকান্দুদগী থোরকই। ৱাংখৈ তাবা কোনুং লম্বীরোমদা পরপ পরপ লাকই। চৎনা চৎনা খল্লি – করম্রা য়ুম য়ৌগনি? মাংদা লৈরিবা গোবিন্দগী

লাইশংগী চোঙাবন মথক্তা লৈরিবা নিলচক্রদা তারমদাইগী নুমিৎনা য়েবদা সনা মচু মান্না ইরং লংনা উরি। অদুগা অৱাংবা উতোল ৱাতোন্দা মঙাল খরা খরা লৈবা নত্তনা নুমিৎকী মঙাল অমত্তা লৈশিন্নক্তরে। ইবেনি খল্লকই কোংবদগী খরা হেন্থবফাওবদি রিকসা তোংবা ফংগনি। অদুদগীদি? থোকলবা লাককনি।

– চাওতোম্বীগী ফৌদু ফনদি থোককনি হায়ববু মাসু কোত্তদি ইহাপ হাপ্লরোইদা।

পিশক্লা কংক্রদু অমুক্তং কন্না চিংলগা মৈখুদু কামথোক কামথোক্লা হায়রকই। ইবেনিসু চাক থোংনা থোংনা মপুরোইবনা তোমচৌদা হায়রিবদু তাই।

– কদায়দগী হাপকদগে? লৌ হেক লিংবদগীনি ফৌ ওইনা পিগনি হায়দুনা কুমারদগী লৌশিনলিবা শেল মশিংবু থিঙম্মরোই।

তোমচৌনা খুম্মী।

– অদুবুদি ঐসু লৌহোন লৈবগা হার লৈবগদা ফৌবোৎ তরা পিনি হায়দুনা লুপা লিশিং অমনি মঙোন্দগী লৌরিবা।

কংক্রদু তোমচৌদা পি। মৈখু ৱা ৱা কারিবা কংক্রদু পায়রদুনা তোমচৌনা হায়রকই –

– কুমার হায়সি মরাইবক্তি লৈনেকো। ঙরাং নহান্থনি ঐখোয়গী ইতুং ইন্দুনা শঞ্জেনবা চীংদা শীং চনবগা, চৎলমবদো।

– হৌজিক্তি মহাজন ওনখবে। নহা ওইনা পৈশা পায়বা হায়বদু ওইরেদনা। খূনগী করিনোমা তৌবদা, থৌদোক ৱাথোক অমা হেক থোকপদা মাগা তান্নবা নত্তনা উপাই লৈতে।

কংক্রদু চিংঙি। মৈরু অনৌবা হাপ্পী। পিশক মখা তারকই –

– মীওইবা হায়বসে তম্বা ঙমদে, ইবাই। হোৎনবসু কনখরে। মরাশিনা লৈরিবা ঙাংথোক শক্তোক্লকপসু মীনা হেক্তা নুংশি।

– অদুবুদি ভোট লেপকনি হায়রিদনা। প্রধানবুদি লৈবাক্তা খুত্থুমনা শুবগুম্বনি।

ইবেনিসু ৱারী তানা তানা কুমারগী মরমদা ঙৈহাক খল্লুই। খুঙ্গংসিমক্তদা হৌমিন কাম্মিন্নরকপনি। নাওরোন অমরোমদমক্কি মঙোন্দগী হল্লিবা। পিশক্লা হনবসু চহী অনিরোমতা ওইরমগনি। অদুবু শকফমদি য়ান্না খেন্নখরে। ফিজেৎ চাকচাদগী হৌনা নহা ওইরি। ইম্ফাল মচাগা সঙ্গ তৌদুনা কদোম গীনো ৱাজনিতিদসু থৱাই কন্না য়াওরকই। প্রধানবুদি মানা ওইদনা কনানা ওইগনি। লাইরিক লাইশু নিংথিনা

তমহৌদ্রবসু মীমাং থোকনা থবক তৌবা ঙম্বদি মহাক্তনি।

– নবাই চৎলগে। অদো হয়েংসি ইবেনি ওইনা থারগে হায়বা নত্রা?

– মা ওইনা চৎলসনু। অন্দ্রোদা লৌ খাওবা ঙৈহাক য়াওরুগে।

– ঐসু চৎলরোই। মনম্মগা চৎলসনু। পৈশাগী ৱা ঙাকসু নত্তে। চৎত্রদি কুমারনা য়ান্না ৱারৌখ্রনি।

থোঙ হাংদোকলগা তোমচৌ থোকখি। মপান্দা মেরাগী থাবলনা পুমঙান ঙাল্লি। অহীংদি ওইশিল্লকলবনি। অদুবু থাবলসিদা য়ান্না ঙল্লিবগুম উরি। ইবেনি তুন্নিবা মচা অনিদু হৌদোক্তুনা চাক পিজনবা হোৎনরকই।

রিকসোদু কোংবা কৈথেলদগী খরা চগ্ধরগদি মখা থৌ হায়বা য়াদ্রে। ইবেনি উপাই নৈতনা ভারা পিরগা কুমথহৌই। কৈথেলগী লাপলপ্পা দুকানগী মৈঙাল খরদু নত্তনা মানা চৎকদবা মাইকৈ পুম্মম মমই। থা থোকলক্ত্রি। অতিয়াসু নোংনা কুপলকপগুম তৌরি। অমম্বদা অমুক খোঙথাং কন্না থাংলকই।

ইরিলবুং লাম্থোকলকপদগীদি মী খরা চৎথোক চৎশিন তৌরম্বা তোকখরে। পাকলবা লৌবুক ফাওদুনা চৎলিবা লম্বী ইচিক চিকই। মমিৎতা মশেন মরাং ওইনা মুশুক মুনা ঙারিয়ান চীংসাং পরেংনা শন্দোক্লিবদু। অথাপপদা খূনগী হুইশিংনা খোংলি। লমহুইগী মখোলসু তারকই। য়ান্না তান্ন্র। হৌজিক্তমক অকিবা ফাওরকই। মহাক থাবলগী মঙালসু পামদে। অমম্বসু পামদে। য়ুম য়ৌবতনি ইবেনিনা পাম্বা। মপুরোইবদু তানফমসিদা লাকলবদি - কয়াদা নুংঙাইখ্রনি খল্লকই। মহাকপু অন্দ্রোদগী হল্লকলমখিরোইদ্রা? মচা অনিদুনা কমদৌরমগনি? পুং অসিবু কয়াম থেঙলবা? মতোমতা পংখন্দা খল্লকই। কপনিংলকই করিনুংগীনো খল্লকই।

থা থোকলক্লে। নোংপুরবা লৈচিননা খনজিল্লবসু শুক শুনা মম্রমবদগী মরক মরক্তা খজিক খজিক মঙাল ফাওরকই। থেক খোইরবা লম্বীনা অমম্বা চীংলক্তা চংশিনখ্রিবদু মশেন মরাং মমিত্তা উই। ৱাংখেম খূন লাম্থোকলক্লে। মপুক্লিংদা খল্লকই – মাবু থিবা খূনগী মীশিং লাককনি। মপুরোইবা লাক্কনি। থৌনা লাকই। অমম্বনা য়োৎশিল্লক্লিবা মালেমগী অকিবদগী তপ্পা তপ্পা নাম্থোরকই।

তুংলোমদা মৈঙাল মচা অমা উরকই। ৱাওরি ৱাওরিবা লৈচিল মরক্তা। ইবেনি সরক্কী মতাইদা চপ লেপই। স্কুটরনি। খরা থৌরগা মাঙদা খংলেপ লেপখি। ইবেনি শ্বায় লাওই।

– ইতৈমা নৎত্রনে? কমদৌননো সিদি? ঐনে কুমারনে।

ইবেনি মীৎকুপ্তদা অশিবগী খয়াৎতগী নাঙ্গোরকপগুম তৌখি। খঙহৌদনা মপুক্লিং নুংশিরকই। মমিত্তগী মপি তারকই।

– মঙগা চপ মান্নখরে। শিরুবদগী হন্নকলবনি। ইবেনি মখোল থোক্তে হায়বতনি। থাঙশেংনা থনুংদদি কপলবনি।

– কৈশু খন্নুরনু ইতৈমা। হৌজিক্তি ঐ থেঙনরেদনা। চৎলসি।

স্কুটর মনিংদা কাখৎলি। ইবেনি - নে তারকই। থম্মোইগী অকিবা চিংনবা পুম্ন মাংখরে। স্বর অশাংবা অমা হোন্দোকই।

– বসতুদা করন্না য়াওহৌদ্রিবনো, ইতৈমা?

– লালদুদা থবাই হিংনবা পংচেন্দা চেন্নুরবনি। ঐনা কোনুং লম্পাক য়ৌবদদি গাড়ি অমত্তা লৈরমদরে। ঙসিগী থৌদোক সিগুম্বদি ইমানা পোকচৈঙদগী থেংনরক্তি।

ইবেনি ঙসাই মখৈদি করিমত্তা নীংশিংনিংলুদবনি।

বসতুদা কুমারনা মাইকতা করি করিনো লাওরগা মখোয় ময়ান্না নোক নোক্তুনা খুমখিবা ময়ামদু নৌহৌনা নীংশিংলকই।

– ইন্দিরা গান্ধিনা বা ঙাংবা হৌগৎলকপগা কদায়দগীনো ওপোজিসন ময়াম অমনা গাড়ি মৈথাবা নুংনা থাবা হৌগৎলকপনিনে।

– ইন্দিরা গান্ধিগদু মশককা অমত্তা নিংথিনা য়েংবা ফংহৌদ্রে।

– মাসু য়াম শাওখরে। পুরা লালনিনেকো।

ইবেনি মথা তাখিদরে। থেক খোয়বা চীং লম্বীদা গাড়িদু কন্না থৌরকই। থাওমৈগী মঙালনা উবা মাইকৈ অদুখক্তনি ঙাল্লিবা হায়ববু। অতৈদি পুম্নম মম্মী। থা থবানমিচাক থারবা অমুবা নৈচিলনা খুমজিনখরে। আতিয়াসু মালেমসু পুম্নম থমই। ইবেনি স্কুটর অদুনা কন্না থৌরকপদা কুমারদা কোনবোই করিওই তাদনবা হোৎনরকই। তপ্না থৌ হায়বা ঙমদে। মহাকসু য়ুম থুনা য়ৌনিংলকই।

চীং লম্বীদুগী মতায়বাইদা পাকলপ তৌবা মফম অমদা খঙহৌদনা গাড়ি খামখি। ইবেনি কুমথৈ। কুমারসু।

– করি তৌরে?

– করিসু তৌদে। ঙহাক্তং পোখাসি তৌবনিদা।

– হৌজিকপু অমুক পোখাখিগদ্রা?

– কুইরোই। ঙৈহাক্তনি।

ইবেনিগী মমায় মপামক্তদা মৈখেৎ খেৎলকই। চুরুপ চম্মী। ইবেনি উরকই – কুমারদু নোকফেৎ তৌরি। মমিৎতু ঙাংলি ঙাংলি তৌই – মৈখেৎকী মঙালদা।

মুৎখরে। পুম্নম মমই।

– ইবেনি!

ইবেনি স্বায় লাওই। থংনবা মীৎকুপ্ত কল্লবা পাম্বোম অনিনা মাবু চেৎনা কোল্লকলি হায়বা খগুলকই। অসিগুম্বা শাজৎ অমা কুমারনা চৎলক্কনি হায়বসি মহাক খনখিদে। মনাতোন্দা নমথিরবা য়ুগী মনম ফাওরকই। ইবেনিগী মচিন্দগী ব্রাহৈ অমফাওবা থোরক্তরে। মদুগী মহুৎ লোইবা নাইদ্রবা পি শিন্থরকই। মখোয়গী লৌবুক্তা মপুরোইবনা থাকপা লাংদা থুবা লমখুনু অদু করম্না মমিৎতা উরকলিবা খগুদে।

চীংশাং শিংনা তুমিন তুমিন মুশুক মুনা শন্দোকলিবদু উবা ফংদে। পুন্নমক মম্মী। অথাপ্পদা হুইশিং অমদি লমহুইগী খোঞ্জেল নত্তনা অতোপপা খোঞ্জেল অমত্তা তাদে। অহীং লাইরেম্বীনা অমুবা ফিজোল শেৎলদুনা মালেমবু কুপশিন্নকই। অদুগা লোইবা নাইদ্রবা নরক্কী লম্বীদা চিংথরকই। ○

*(অমুক হন্না ইথোকপা ঃ জুলাই, ১৯৯৪ ইং)*

## মৈশাল

আতিয়াদা থা থরানমীচাক অমত্তা থোক্তে। পুম্মম মম্মী। নৌনা ঈশিংদা ওৎপগী মখোল, য়াম্না থাপ্না খূলগী হুইশিংনা মরক মরক্তা খোঙবগী মখোল নত্তনা পুমচিক চিকই। তাম্না থাঙ্গ খুলদা মুশি মুশি মৈশাল খরদি উরি। অদুগা অথাপপদা লোক্তাক প্রোজেক্টকী মৈশালনা চীংমায়দা শাল্লিবদু ময়েক শেঙনা উরি। মৈশালশিংদু ইনক নক্লা ঈশিংদা মমি তাই। ঈশিংগী ইপোমদা ইথক হৌরি।

তুমিন্না ফমদুনা তোনু খোর্দাক তন্না অমম্বদা হি হোল্লকই। চহী তরানিথোইরোমতমক ঙায়রিবা মচানুপা মনিনা হিরুবাক্তা ফমলিবদু মশেন মরাং উই। অইংবা নুংশিৎসু অমুক অমুক কন্না শিৎলকই। নৌদগী হায়গৎলকপা ঈশিংনা মশাদু ইচোৎ চোৎলি। মচিন্দগী বিড়ি অদু ঙাংশং ঙাংনা চাকপমখৈ কন্না কন্না চিংই। মৈখুদু শাংনা শাংনা অমুক কামথোকই।

– নোংসে অমুক তাগদৌরমাল্লে।

– করি হায়বা বাবা?

মপাদা মনিনা হংলকই।

– করিসু হায়দেদা নোংসে অমুক তাগদৌরমাল্লে হায়বনি।

– লোক্তাকসে অমুক্তা হেন্না চাওরনিকো?

– উম, চাওরনি।

তোনু ইহৈ হৈনিংদনা খুম্মী। মপানা খূমলিবদু মনি ময়েক শেংনা তাদে।

– ঙা ফাবা য়াররোই। য়াগদ্রনে, বাবা?

হন্দক্তি তোনু খুমলকখিদরে। অরোইবা ওইনা বিড়ি অদু অমুক্তং কন্না চিংলগা ঈশিংদা হুস্থখি। অদুদগী হিদু কন্না হোনবা হৌরকই। লফুপাৎ তেরা, খোর্দাক খুন মুশুক মুথ্রি। করিমত্তা উদে। অদুবু লম্বীদি মহাক খঙই। প্রোজেক্টকী মৈশালতদি কুফেৎ কাফেৎ অদুম্মক উরি। য়াম্না তাম্না। হৌজিক্তি অঙানবা হায়বদু অসিখক্তনি। মাইকৈ অতৈদি পুম্মম মমই।

– বাবা, প্রোজেক্টকী মৈ অসি ফজদ্রা? মায়কৈ লোয়নমক অসুম হায়না তৌরবদি য়াম্না ফজনিকো?

তোনু খূমলক্তে।

– ফজদ্রনে? বাবা।

অমুক মনিনা অচিকপদু থুগাইদুনা হংলকই। হন্দক্তি তোনু খঙহৌদনা শাওরকই। খোঞ্জেল কল্লপ খুম্মকই

– মৈ ফজবসিনা নথিবোংদি থনগদরা?

করম্না মপানা শাওগৎলক্রিবনো হায়বা মনি ভাব তাবা ঙমদে। অসুম্না অমুক অমুক মথোং খঙদনা মপানা হেক হেক শাওবা তোয়না থেঙনখ্রবনি। অদুনা মনি মখা অমুক তারকখিদ্রে। অমম্বদা লঙনা উরিবা মৈঙালদুদা অদুম্মক হিরুবাক্তা ফমদুনা য়েংলি। মৈঙালদু মঙোম্দা ওম্থোক্লা ফজখরে।

তোনুসু মফাং মফাং খল্লুবদগী মহাক্কী শাওনিংলকপা রাখলপুম্ন পিক্রিবা মচাদা করম্না হৈজিনখ্রিবনো হায়বা মশাফাওবা খঙহৌদে। মপুক্লিংদা নুংঙাইতবা ফাওরকই। অচিকপদু অমুক থুগাইদুনা মচাদা হায়রকই –

– থাঙ্গ ঙায়োনবী অদুগা নঙগা ঙসাই কমদৌনা খৎনরকলিবনো?

মনিনা খল্লকই মপানা খংশাও শাওখিবদু মরম অসিনা ওইবা তাই। মহাকশু শাওনা খুম্মকই,

– খৎনদদি অদুক চাওখ্রবা ঙা অনিদুদবু লুপা কুনগ্রা পিগে হায়রদি কনানা শাওরোইদৌরিনো?

– ললোনবী হায়বসিদি অদু ঙাক্তনি। মচিনসু লোয়না কনবনি। কন্দবসু য়াদবা। মাগী মাগী ঙম্নবা হোৎনবা তাবনি। ঐখোয়সু য়োল্লক্তেদনা। তরাদি হাপলকইদনা।

– মদু ফাওবা য়ামদ্রিবনি। বাবানা হেক্তা পিথোকখি।

– নঙ ঐনা ঙাঙনবা ঙম্বা নত্তে। তৌবদি মখোয়সু খরদং তোংগদ্রা হায়দুনা ভারা তিংনা ইম্ফাল তান্না পুগদৌরিনি।

– ঐখোয়সু ঙাদু রানা ফাবনি। নুমিৎ কায়ানিদি শুরে ঐখোয়না ঙা অমত্তা ফাখিদবা?

তোনু মখা অমুক তারকখিদরে। চুম্মী, ঙাদু লাইবক ফদুনা ফাখিবনি। নোংনা রা রা চুবদা ফুম মথক্তা চোংখৎলকখিবনি। নুমিৎ কয়ানি খোইদা ঙা অমত্তা ফাখিদে। মেরা থা য়ৌরফাওবা লোক্তাককী ঈশিংদি অসুম রাংখৎলকই। লাংদা ঙা অমত্তসু থুদে।

– ঙায়োনবীগা খৎনবগীরা, বাবানা শাওরিবসে?

মনিনা অমুক মপাদা হংলকই। তোনু নোক্তনা খুমলকই,

– ঐবু নঙোন্দা করি শাওখ্রগে? ইচাদবু করিগী শাওদোইনো।

মখা তানখিদরে। তোনুদু তুমিন্না অমুক হি হোনবা হৌরকই। মহাকসু প্রোজেক্টকী মৈঙান্দুদা য়েংলুরি। মৈঙালশিংদু লেঙবগুম তৌই। অমম্বদুদা লঙবসু হেঙ্গৎলকই। তপ্পা তপ্পা মনাক্তা চংলকপগুমসু তৌরকই। ঈসিং মথক্তা তাওরদুনা। হি হোন্না হোন্না মুন্না য়েংই। হিনাক্তা চংশিন্নকলিবা মঙালদুদা। খঙহৌদনা নৌ থাঙ্গৎতুনা মঙালদুদা য়ৈ। মচেৎ মচেৎ পায়থোকলুরগা অমুক পুন্নপ পুনশিন্নকই। হিনাক্তা। হি হোনবা ঙৈহাক লেপ্তুনা অমুক মঙালদুদা মুন্না য়েংই। তপ্পা চৎলিবা হিদুগী মতুং ইন্নরিবা মঙালদুদা।

– করিনো বাবা?

নৌনা ঈশিংদা য়ৈবগী মখোলগা লোয়ননা হিনা তপথরকপদা মনিনা হংলকই। তোনু জ্ঞান খঙতা তাই। অমম্বা মায়কৈরোমদা য়েংদুনা অমুক হিদু হোনবা হৌরকই। অদুগা হায়রকই,

– করিসু নত্তেদা। খাওদা বিড়ি য়াওরিবনি মচৈ অমত্তা পিরকউ।

বিড়িদু মচিন্দা চুপ্তুনা থক্কা থক্কা লেপ্পা লৈতনা হি হোল্লকই।

– নোঙ তারক্লমাল্লে।

মনিনা অমুকসু হায়রকই। হায়না হায়না নোংলিক অমা অনি মমাইদা তারকই। মীৎকুপ খরগী মনুংদা মপোপ চাওরুপগা লোয়ননা কন্না চুথবা হৌরকই। বিড়ি অদু নোং মরক্তা মুৎখরে। মচিন্না কামথোরকই। অদুগা হায়রকই,

– য়েম্পাক অদু তুপ্প। খাওদু চোৎহনগনু। কোনশিল্লু।

মেরাগী পানখৎলকপা ওইদুনসু আতিয়া পুম্বা পুম্মম মমদুনা নোংনা কন্না চুথরক্লি। পাক হাংগদবা মান্দে। তোনু মশাপুম্বা নোংনা পুন্নুপ লুপ্লি। শেগায়রবা মল্লবা য়েনপাক্তগী মখাদা হিরুবাক্তা খাও অদু চেৎনা কোল্লদুনা মনি তাশিন্দুনা ফমলি। তোনুনা হিনুংদগী ঈশিং অমুক কপ্লোকই। অমুক হিদু হোল্লি। অমম্বদা। খোর্দাক তন্না।

ফন কন্ন হোল্লবসু হিদু ইচেল চেল্লু হায়বা য়ারক্তে। খোর্দাক তুরেল য়ৌরে হায়বা তোনু খঙই। মতম অমদদি তুরেল অসিনা ইম্ফাল তুরেল তন্না লোক্তাক্তগী চেম্নরম্বনি। অদুবু হৌজিক্তি প্রোজেক্টকী ডামনা থিঙ্গৎতুনা খোর্দাকনা লোক্তাক্তা হঙ্গৎনা চেনখৎক্লি। লোক্তাককী ইমায়বু চোলহল্লি। তোর্ব্বান লৈতে। তোর্ব্বান হায়ববু পাকলবা ঈচেল অদুগী মতাই অনিদা ঈশিং মনুংদা ম্বাংলবা তৌ পাম্বীশিং

হৌরিবদুনি। তোনু অমম্বদা, নোং মরক্কুদা নৌনা কোয়মা মাদুনা তৌ হৌরিবা মতাইরোমদা পাঙ্গল থোক্লা হিদু হঙ্গৎনা হোনগৎলকই। ময়াইদদি ঈরৈ অদু কনমনবনা হি হোনবা ঙমদে।

তুরেলসিগী তোর্বান্দনি লৌপরি অমা ফানিংচিৎ চহী কয়া তোনুনা উরম্বদু। ইমুং মনুং চাবা লেম পানা কোন্নরম্মী। অদুগা খুনশিংগী য়ামখ্রবা ঙাকোম কয়া নৈরম্মী। চহী খুদিংগী কোম মচা অমত্তং নিলাম ওক্কুনা ঙা কয়া ফাবা ফঙখি। ঙারুবাক মরি মঙা থন্না থন্না হাপ্তুনা থাঙ্গ নত্রগা মোইরাং কৈথেলদা য়োন্নবা হেক হেক হি হোনবদু তোনু নিংশিংলকই। পাক্লবা লোক্তাক্কী ঈয়াইদা হিহোন্দুনা, নুমিদাংরাইরম থাঙ্গ চীংশাং পরেংদা নুমিৎনা লৈথরকপদা, খুল্লং ঈশৈ শক্কুনা ফুম্মদা লৃ থুম্বা চৎপা, অয়ুক অঙনবদা নুমিৎনা থোরক্লিঙৈ লৃ কায়বা অদুগা লোক্তাক্কী শজিক হানৌ কোকথোং খরা ফাল্লকপা পুন্নমক তোনুগী মমিত্তা উরকই।

– বাবা, নোংসে অমুক হাংখ্রমাল্লে।

মচানুপা মনিগী খোঞ্জেল তাবদা তোনু মমিত্তা উরম্বা পৃম্বা মাঙখি। নোংদি হাংলক্লে। অদুবু আত্যিাদা হানগুম্না থৱানমীচাক্তি অমত্তসু উদে। মায়কৈ খুদিং পুম্মম মম্মী। প্রোজেক্টকী মৈঙালদুসু উখিদরে।

– উম, য়ুম য়ৌরমদাইদা হাংখরে। পুমচোৎ হেক চোৎনবা লাইনা শিল্লিবনি।

মনি খুল্লকখিদরে। মচানুপাদুনা য়েম্পাক মখাদা মুশুক মুনা তাশিল্লদুনা ফম্লিবদুদা মুন্না য়েংলুই। তোনুসু তুমিন্না অদুম্মক হি হোনবা হৌরকই। ঙৈহাক নৈরগা অচিকপদু থুগাইদুনা মনিনা অমুক হায়রকই,

– বাবা, প্রোজেক্টকী মৈসে লোক্তাককী ঈশিংনা ঙাল্লিবনিকো। ঐদি মৈদু য়াম ফজৈ।

মনি ঙসাই মপানা শাওদুনা চৈরকখিবদু খঙনিং নীংশিংলকই। অমুকসু চৈরক্তা খল্লকই। অদুবু তোনু তপ্না খুল্লকই,

– মানি, লোক্তাককী ঈশিংনা মৈশিং ঙাল্লিবনি।

মৈঙাল নত্তবা অতোপ্পা অমদি অমম্বনি। মঙালসিগী মনুংদা লৈরিবা অমম্বা। ফৌগী লৌকোন, মনামশিংগী ইংখোল অদুগা ঙাকোম কয়ানি মৈগীদমক ঈশিং মনুংদা লৈখিবা। মৈঙালসিগীদমক্তনি। ঈশিংনা ইকোয় কোয়শিনবা খোর্দাক তুরেল মপানগী পিকলবা ইংখোলদা লৈরিবা মখোয়গী য়ুম অদু তোনুগী মমিত্তা উরকই। অদুগা নোংমাইখোংগী প্রধান তোম্বীবুসু নিংশিংলকই।

কুইরবগী রানি। প্রধান তোম্বীনা চে অমা পুরক্কুনা হায়রে,

– তোনু, সোই অমত্তং তৌশিল্লু।

– করিগী সোইনো, তাধন?

ইঙক ঙক্না তোনুনা হংই.

– লৌশিং ঙাকোমশিং মাঙখিবগী ক্ষেতিপূরোন তান্নবা দরখাস্ত থাগদৌরিবনি।

– ফংবু ফংগদ্রনে?

অমুক ইপঙ পঙনা হংই।

– ফংনবা হোৎনগদৌরিবনি। ফংফমসু থোক্রিবনি। য়ুম ইংখোল হোংদোকনবা লম ফাওবা পিয়ু হায়গদৌরিবনি। হোৎনরবদবু করিগী ফংলোই।

চেদু লৌদুনা তোনু পাই। অরোং, নোংমাইখোং, খোর্দাককী খুঞ্জাশিংনা থাবা-দরখাস্তনি। মখাদা পরেং অমা সোই তৌরি। তোনুসু সোই তৌই। প্রধান তোম্বীনা সোই অদুদা য়েংলগা অমুক হায়রকই,

– তোনু, লুপা কুনথ্রাগা খায়নগদবনি। হয়েং অয়ুক ঐখোয়দা ময়াম পুন্দুনা মিতিং তৌগনি। পৈশাদুসু পায়রক্কদবা। মখা তারমদনা হন্দক্তি প্রধান তোম্বী থোকখি। পৈশাগী ব্রাফম পল্লকপদা তোনু হায়ফেৎ জ্ঞান মাঙই। অদুবু মাং-তাকখ্রিবা লৌফমশিং ঙাকোমশিংগী ক্ষেতিপূরোন ফংবগী ব্রা খল্লুবদা মপুক্রিং ইরাং লাংতক্করকই। মঙ মঙবা হৌরকই। পৈশা খরদং সরকারদগী ফংলবদি লৌ সঙম অমত্রা ওইরবসু লৈহৌগে খল্লকই। সরকারনা লম পীবগী ব্রাফমদুসু মপুক্কুংদা খল্লকই। আশা অমগা লোয়ননা লাংদু লেংবান্দা য়ানশিল্লগা থোরকই। অদুগা হয়েং পুখৎকদবা লুপা কুনথ্রাদু ঙা ইফামক ফাদ্রবদি কমদৌবা? অমুকসু খল্লকই।

– বাবা, ঐখোয়গীসু মৈ থানবা য়ারোইদ্রা? কুটি পোষ্ট য়ুংদবনিনা য়ারোইকো?

মচানুপা মনিনা হংলকপদুদা তোনু মঙফাওনৈ।

– য়ুম হোংলবদি মৈসু ঙান্না থাল্লগনি।

– কদায়দা ঐখোয় হোংদৌরবগে?

ইনৌ নৌবা ব্রাফম অমা তাবদা মনি ইঙক ঙকই। কদায়দা কমদৌনা হোংগদৌরিবনো লাকশিনবা ঙমদে।

– খঙদে। সরকারনা লম পিগনি হায়।

তোনু ভাব তাদনা খুশী। মচানুপা মনি মখা অমুক তারকখিদরে। মহাকসু মঙ মঙবা হৌরকই। ফজরবা য়ুম অমদা মচু মচুগী মৈঙালনা পুন্নঙ লঙবা য়ুম অমা। প্রোজেক্টকী চীংময়াদা ঙানবঙুম। মচানুপাদুনা মখা তারকখিদ্রবদা তোনু তুমিন্না অমুক হি হোনবা হৌরকই।

প্রধান তোম্বীগা মখোয় অনি অহুম বিষেনপুরগী ওফিসশিংদা তোয়না চৎপগী পাউ তোনু তায়। ইম্ফালগী ওফিসশিংদসু। ক্ষেতিপুরোন অমুকসু ফংগদবগুম অমুকগু ফংলোইদবগুম ভাব ইতা তাদে। পৈশাদি মচিৎ মচিৎ লুপা কুন কুনগ্রা তোয়না খায়খি। অদুবু খুঞ্জাপুম্বা খায়নবনিনা তোনুসু ব্রারবসু ব্রানা গুন্ন গুন্নবা খায়খি। মপুক্লিংদা খল্লি - হোৎপু হোৎনরবদি মতম অমদা শোয়দনা ফংগনিদা।

– বাবা, নোং অমুক তারক্রে।

অমুকসু মগুফাওনৈ। মশাদা নোংলিকশিংনা তারকই। অদুদগী নোংদু অসুম অসুম কনখৎলকই। তোনু হিদু কন্না হোনবা হৌরকই। হৌজিক্তি খুনগী হুইশিংনা ইনক নকনা খোংবগী মখোল তারকই। মরক মরক্তা মীগী খোঞ্জেলসু তাবা ফংলকই। খর চৎলগদি নোংমরক্তুদা খোর্দাক তুরেলদা ইন চিংনরি হায়বসু খগুলকই।

হিদু তুরেল তোর্ব্বান মক্তদা লৈরিবা কোম্প্লেংদা থৌরিনা পুনশিল্লি। পিক্রবা তোর্ব্বানগা তায়নবা মাগী য়ুমদু পুম্মম মমই। করিমত্তা উবা ফংদে। নোংসু চুরি। থোংজিন কানশিনখিবদা তোনুনা চাকখুমগী মগুম শান্দবা মৈগুালদা মাগী নুপীনা চাক থোংলিবদু উই। পিক্লিবা মচা অনিনা নাকন্দা বোরা থাদুনা হিপ্লি। ইমুংগী লময়াইদু নোংনা ইচোৎ চোৎলি।

– চেংসিদি লোইনা চোৎলেদনা। সের কয়ানো?

মাগী নুপী ইবেচাওবীনা খাওদু ফাক্তুনা হগুলকই।

– অহুমনি।

– অতৈদি করি লৈরকই? তেরসিংদি লৈরক্তুবা? মফি হোংদোক হোংদোক্লা তোনুনা খুমলকই –

– কদায়দগী তেরসিংনো? তেরসিংবু ফংলবদি চেং ব্রান্দ্রবসু লৈগেনে। মমলসনু ইবেম্মা। মম্বৈ মম্বা। মখোয়দা গুান্নগা লোয়রে।

তোনু হন্দক্তি মচানুপা মণিদা গুসাই শাওখিবগুম অমুক খংশাও শাওগৎলকই।

– তেরসিং ফাওবা ফংদবসিবু করি লমনো? হোইদা, হৈবু হৈনরে মম্বসিনবু। ইবেচাওবীনা নোক্তুনা খুমলকই। তোনুসু শাওরম্বা হস্তুখি।

– গুাদু লুপা নিফু শিৎলকই। চেং সের অহুম, থুম সের অমা, বিড়ি মপুন অহুম। বিড়ি থক্তুনা লেল্লগা লোয়রে। হায়না হায়না বিড়ি মচৈ অমা চমখৎলি। চাকখুমগী মৈনাক্তা চংশিল্লি। তুম্রিবা মচাশিংদা য়েংলগা অমুক হায়রকই –

– অঙাংশিংদি কয়াম কুইরে তৃমখিবা?

– ইহে, তা তোম্বী লাকলম্বনি। কুইন ফমদুনা ব্লারী শান্নরিঙেদা লাইরিক পারিবোই নিংই। তুম্রম্রে।

– পাইহ্লনু। মমিৎকা লোয়না তাঙলনি। প্রধান তোম্বীদি করি হায়রম্রিবা?

– হয়েং লুপা য়াথে পুখৎনগনি। পাটা শেংই-শেংদে, খাসলেন্দনি হায় হায়বরা করি করিনো য়াম ঙাংলম্মী। ভাব তাদে। অদো হোৎনরবদি ওইবা য়াইসু হায়রম্মী। লমগীসু হোৎনগনি হায়রম্মী।

– তোক্লো হায়য়ু। লম-নুং, ক্ষেতিপুরোনগা অমত্তা পামজদরে। খায়নবা লুপাগসু কোৎনিংঙাই লৈত্রে।

মৈনাক্তা ফমলম্বদগী ফুক হৌগৎতুনা থোকখি। অচাকপা বিড়িদু লৈবাক্ত শ্রু শ্রু নৈরম্মী। য়েনখাদা লৈরিবা হঙ্গেন পৌরা লৌথোক্লুনা কন্না তারিবা নোং মরক্তা তুরেললোমদা থোকখি। ইবেচাওবী ইঙক ঙক্লা য়েংহৌই। মচানুপা মনিনা ফমুংদা হিপ্লা হিপ্লা প্রোজেক্টকী মৈঙালদু মমিৎতা উরি। মপানা হায়খিবা মখোয়গী অনৌবা য়ুম অমসু মচু কয়াগী মৈঙালগা লোয়ননা মাঙদা উরকই। ○

*জুলাই, ১৯৯৪ ইং*

## মহৌশাগী অহোংবা

নিংথম থানি। কমদৌননো খঙহৌদনা নুংথিলদুদা নোংনা ফুদিং ফুনা চুবা হৌরকই। খাকপা লাওবগা লোয়ননা। নোংথাংনা তোয়না তোয়না কুপ্পি। ঙসাই অয়ুক্তগী নুমিৎকী মঙাল উরক্ত্রিবনি। লৈচিন থাবগুম নোংথি নোংমঙবগুম তৌরম্বনি। অসুন্না নোং অসি কন্না তারক্কনি হায়বদি থাজখিদে। ইংবনসু মহানি। নিংথমথাদা তাবা নোং হায়রেদনা। থোঙনাওগী পর্দা হায়দোক্কুনা য়েংবদা সরক্তা মী অমত্তা চত্তে। অমুবা কোয়লাসকী লম্বীদা চাওরবা নোংলিকশিংনা শাফু কন্না য়ৈরি। আতিয়াসু পুম্নম মমই। পাক হাংগদবা মান্দে। থোঙনাওগী গ্লাসসিংসু লৈচিন থাজিন্দুনা ইমক মকই। অনকপা খরা নত্তনা অরাপ্পা অমত্তা ময়েক শেংনা উদে। ঐহাক চৌকিদা চংশিন্দুনা অমুক ফমই। কোল্লিং বেল খিংই।

পিওনগা অমত্তা লৈতে। করি হায়গদবনো?

বিনোদিনিনি। থোঙজিন্দা পর্দা হায়দোক্কুনা হংলম্বদগী টেবল ময়া ফাওবা চঙশিনল্লকই। মখূৎতা ঙাংশঙ ঙাঙনা চাক্লিবা মৈফু অমসু পায়রি। ঐহাক টেবলদা লৈরিবা ফাইল অমা ফাক্লগা য়েংই।

– পিওন কদায় চৎখ্রবগে?

– পিওনসু করিশু কনামত্তা লৈতে। নোং তারক্ত্রিঙৈদা লোইনা ময়ুম ময়ুমদা চেন্নখরে।

অতৈ চৎনখ্রবসু পিওনদুদি চৎফম থোক্তবনি। ঐ অমা ইচাও চাওনা কা অসিদা ফম্লিবনি। অদুবু ঐ মখা তাদে। তুমিন লৈ। খুদাং ঘড়িদা য়েংবদা পুং অনিমথায়তমক তারি।

– পিওন কৌববু করিগীনো?

– য়ারে।

– য়াম্না ইংলমগনি। মৈ তিকউ।

– ইংদেদা।

– অদুনা ওইরে। কেটিকদু কোল্লর থেক্কৎতুনা তাশিন্দুনা ফমলিবদো। বিনোদিনিনা নোক্কুনা হায়রকই। মীৎ, খজাই, চিনবান পুল্লপ নোকপা মাগী খূৎনোক্কু

করিমত্তা হোংলমদ্রি। হন্দক্তি মঙোন্দা ঐহাক মুন্না য়েংই। মৈফুদু টেবল মখাদা মখুৎনা ইনশিন্নি। অদুগা টেবল মমাঙদা থারিবা চৌকিদা ফমথরকই। মাসু নোকখি নোকখি ঐঙোন্দা য়েংলকই। মীৎচানৈ। অদুবু ঐ কুইনা য়েংবা ঙমদে। ফাইলদু তরংদা অমুক য়েংই। জিন্থদা নোংনা য়ৈবগী মখোল নত্তনা পুমচিক চিকই। ঐ খঙই মহাক্তি ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরি হায়বা। ঐ তৌফম খঙদে। ব্রা ঙাংনদনা তুমিন্না লৈনবগী হৈনদবা অমসু ফাওরকই। ব্রারী শাফমসু খঙদে।

– মহৌশাগী শক্তম অসে য়ান্না হোংলে। নিংথমদবু কয়া কন্না চুথ্রবা নোংনো।

ঐনা ব্রারী শাবা হৌবনি। ওফিস অসিদা মহাক্না লাকপা চহী অমা ফারমলগনি। ঙসিনা অহানবনি ইবানিদা অসুন্না ফমদুনা ব্রারী শান্নবা। ব্রারীগী খুৎহৌ অসিসু ইশামকফাওবা খঙজহৌদে।

– হোই, হোংলে হায়বসু য়াই। হোংদে হায়রবসু য়াই। নোকপগী শকফম হঞ্জিন্নদুনা হায়রকই। ঐঙোন্দা য়েংখিদরে। টেবলদা লৈরিবা পেপর ব্লেট অদু মখুৎনা তপ্না তপ্না লৈদুনা শান্নে। ব্রাখলদু করিনোমা খন্দুনা লৈবগুম তৌই। ঐহাক ব্রারীগী মখা তাফম খঙদে।

– মহৌশাগী শক্তম অসি য়ান্না হোংলে হায়বা নৎত্রা?

অমুক ঐঙোন্দা য়েংখত্তুনা হংলকই। ঐহাক খুমদে। মখা তারকই,

– মহৌশাগা মীওইবগা য়ান্না নক্লে। মীওইবগী ব্রাখলসু ইতৎ তত্তনা হোংই। ঐনা ঙরাং খনবা ব্রাখল ঙসি হোংবা য়াই। কনানা খঙনি ঙরাং খনবদু হয়েংমুক খনবা। মদু নত্রগা ইনৌ নৌবা ব্রাখল অমমুক খনবসু য়াই।

– নঙদি মহৌশাগী ব্রাঙাংদু করিমত্তা হোংলমদেদনা 'সিদি। ঐনা ফাগী তাথোক্তুনা নোক্তুনা হায়। অদুবু মহাক নোক্তে।

– ব্রাখলদি য়ান্না হোংই। করিগুম্বদা অহোংবা অসিগীদমক ঐহাক অকিবা ফাওই।

– মহৌশাগী শক্লোনগুন্না মী খুদিং হোংনবা ঙাকনি। ঐসু হোংলম্বা য়াই।

– নুমিৎ থা থব্রানমিচাক্কুন্না নঙদি হোংদে। অদুদনি ঐনা মহৌশাগী শক্তম অসি হোংদবসু য়াই হায়খিবদু।

– নহাক করন্না খঙবগে?

– ঐনা নঙবু করন্না খঙলোইদৌরিবনো?

– লোয়নমক?

– লোয়নমক।

ঐহাক মখা অমুক তাদরে। নোংদি কনশিন্নকপা অসুম হেনগৎলক্লি। জিথদা য়েবগী মখোল হৌবা হেঙ্গৎলকই। থম্মোইদা খনবা হৌরকই - মী কনামত্তা লৈতবা কা অসিদা ইবানিদং অসুন্না লৈবসিবু চুন্নিবরা? ইমাংদা লৈরিবা অসি ফুগাইনা শাৎপা লৈমক্তি নত্তে। ঐনা পায়দুনা শান্নবা, মনম নম্বা য়াবা। মহাক মৌনি। মীগী নুপীনি। মীনা উগ্র-খঙগ্রদি করি হায়নগনি।

– করিনো খল্লিদো?

অমুক ঐঙোম্দা মুন্না য়েংলগা হঙলকই।

– ঐগী ৱাখল লোয়না খঙই হায়বদায়?

– খঙই। ইবানি অসুন্না ফমিন্নদুনা ৱারী শাবসে-নহাক কি। হৈনদে। নৎত্রা? মসিদা করিবু কিনিংঙাই লৈবগে? অদুগা নঙনা, ঐনা নঙগা ওনশিন্নদুনা ৱা ঙাংবা করন্না ঙন্নিবনো হায়বসিসু খল্লি। ঐদি খুদোংচাবা অসি ঙাইদুনা লাক্লিবনি।

– হৌজিকপু মদুগী কান্নবা করিনো?

– নঙদি কান্নবা ঙাক্তবু থি। মসিমসু হোংলমদ্রি।

– নঙনা হায়রিবদো করিনো? ঐ ভাব তাবা ঙমদে।

– মদুসু হোংদবা অমনি।

ঙৈহাক তুমিন লৈ। অসুন্না ঐনা মায়থিবা ঙাক্তনি। ঙাংন শান্নবদদি মহাক্লা লানঙম ফিরাল পায়থিবা ঙাক্লি। অদুবু ঐহাক কান্নবা থি হায়বসিদি ঐহাক য়ানিংদে। অদুবু তুমিন লৈ।

– কান্নবা করিনো হায়বা নৎত্রা? ঙাঙনিংবা হায়নিংবা হায়বসে থম্মোইগা য়ান্না মরি লৈনৈ। থম্মোয়গী ৱা হায়নিংই। থম্মোইদি হোংঙউ য়াদে। লেঙদে। অদুবু ৱাখলদি তোয়না হোংই। ঐনা হায়থিবদুনি অহোংবা অসিগীদমক্তা ঐহাক কি।

– করিনো নঙনা কিরিবসে?

– করিনোমা হেক্তা পামলকই। করিনোমা হেক্তা খল্লকই। য়ান্না নিং-তমনিংলকই। উচেককুন্না আতিয়াদা পাইনিংলকই। অহাংবা আতিয়াদা মনিং তন্না পাইবদু উরগা ঐসু পাইনিংলকই।

– মদুদি মহৌশাগী নঙগী ৱাখলদুনিদনা।

ঐনা নোক্কুনা হায়। মহাক্তি নোক্তে। ঐঙোম্দা মুন্না অমুক য়েংলকই। মীৎয়েং অদুদা ঐহাক নোকপা খঙলেপ লেপই।

– কৈদৌরে নোক্কবদি? নঙনা মতম অমদা নোক্লগা হায়খি – 'নঙনা ননিং তন্না পাইবদু ঐদি তুমিন্না ফমলগা য়েংনিংই'।

চুম্মী ঐ হায়খি। মহাকী লুহোংলমদাইদা হায়খিবনি। মতম অদুদা ঐহাক থবক তৌগ্রি। মা ঐ ফন নুংশিনরবসু ঐনা মাবু থাদোকখি। নুংশিবদি আত্মাগীনি। থম্মোয়গীনি। হোংবা নাইররোইদবা পোৎশক্কি। মপাম্মোংগী থুংনবা ঙাক্তনা নুংশিবগী পম্বুং নম্ভে। অসিগুম্বা লাইরিক্কী অরুবা ৱাশিং অসে ফন হায়দুনসু মহাক য়াম্না কপখি। মহাক ঐবু ৱারৌখি। অহল লমন্না হায়না শিংনবা ইঞ্জিন্যার অমদা মহাক পামদা পামদা য়ুম পানখি। ঐবু ইশাগীতা খনবা মীনি হায়বা বদনাম অমা পীরম্রগা ইবানিগী পুম্সিগী মতাং অমা থুপচিনখি। ঐনদি হায়খি – নঙদি ঐনা ফাজিনবা ঙম্রোই। পোন মনুংগী উচেক নহাক ওইবা য়ারোই। নঙদি নিংতম্না পাইগদবনি। ঐনা সুম য়েংদুনা লৈবা।

চহী কয়াগী মমাংগী ৱাফম হৌদোকলকলি। নিংশিংবা হায়বসিসু থম্মোয়গী ৱাফমনি। ঐহাক অমুক তুমিন লৈ। মখা তারকই –

– নঙদি তুমিন্না য়েংদুনা লৈহৌই - ঐনা ইনিং তম্না পাইবদা। পম্বুংফম খঙদনা নিং-তম্না পাইবগী অৱাবসু লৈ। পাইফম খঙলক্তে।

অসুন্না লিলা ড্রামাদফাও ঙাংনদবা ৱাঙাং শাঙাংসিং অসিবু তাননবা নোং অসি কয়াদা কন্না তাগ্রবনো? ঐ ফম্বা ঙমলক্তে। চৌকিদগী হৌগৎতুনা থোংনাওময়াদা লেপই। ইরাপ লাগুনা লৈবা লাঙ্গোলচীং, লবুকশিং - লৈচিন অমদি নোংনা অমত্তসু উবা ফংদে। ঙরাংদি পুন্নমক উরম্বনি। য়াম্না থুনা মহৌশাগী শক্তমসি হোংই। অদুবু ঐ থোঙনাউদা অদুম্মক য়েংই। মীত্তদি করিমত্তসু উদে।

– করিগীনো হৌগৎখ্রিবদি?

ইনাক্তা চঙলক্তুনা হায়রৈ। য়াম্না নক্লা। ফিজি ফিনানা ঐঙোন্দা থেঙই। অশাবা স্বর খজাইদা ফাওরকই। হকচাংগী অমদি এসেন্সকী মনম ফাওরকই।

– করিসু তৌদে।

ঐনা তপ্না খুম্মী। থম্মোয়দা মীহুনগী খোঙচৎ কনখৎপগুম তৌই।

– নহাক ঐগা ৱারী শান্নবা পামদে। ঐঙোন্দা নঙগী অপাম্বা করিসু লৈতে হায়বা উৎনিংঙি নৎত্রা? অদুবু ঐ খঙঙি নঙ ঐবু নুংশিখি। নুংশিরি। নহাক ঐঙোন্দগী অপাম্বা খরদি লৈরি। ঐ মদু পিবা ঙমগনি। হৌজিকমক।

করিনো মানা ঙাংলিবসে? ঐ ভাব তাবা ঙমলক্তে। তশেংনা ঐহাক অকিবা ফাওরকই। কয়াদা হোংলিবা মাগী শাজৎনো? নোংসিসু হাংবা লৈতে। ঐ মায় লৈথোক্তুনা চৎকে তৌবনি। খুদাং পায়রকই। চৎপা ঙমদে। অদুদগী লেংজুমদা মথুৎ অনিদুনা পায়দুনা মঙোন্দা মায় ওনশিনহল্লি। মঙোন্দা য়েংহল্লকই। মমিত্তা

ইরা চেল্লি।

– নও ঐবু করিমত্তা নুংশিদবরা? নওগী অপাম্বা অমত্তসু লৈতবরা?

ঐ খুমদে। ঐসু মঙোন্দা অসুম য়েংই। মীৎকুপ খরগী মতুংদদি মহাক নোকলকই। ঐসু নোকই। লেংজুমদা পায়রম্বা মখূৎ থাদোকই।

– মহৌশাসে হোংলে হায়খিবদু করিসু হোংলমদে নৎত্রা?

চিনবান ময়াদা মচিনবান নকশিল্লকই। মমিৎ উইশিনখি। চিনবান্দুদদি হৌজিকসু নোকলি। ইখও খওহৌদনা লৈথোকখিদুনা থোঙনাওদা অমুক য়েংখি। ঐ অমুক্কা হেন্না ভাব তারক্তে। নোকতুনা হায়রকই –

– ঐগী নুপাদু থবক মফম চীংদা তাই। ঐবু লুনা তৌই। অদুগা নুংঙাইরিবদি চীংনুপী অমগসু লোন্না লৈমিন্নদুনা মচা অমা লৈ হায়। ঐঙোন্দদি করিমত্তা হায়দে। ঐশু হংদে।

হন্দক্তি থোঙনাওদগী মমাই লৈথোরকই। ঐঙোন্দা য়েংদুনা হায়রকই –

– মহাকসু নিং-তম্বা য়াম্না পাম্মী নৎত্রা? ঐশুন্না। মাগা ঐগা খেন্নবা হায়ববু ঐগীনা পাইফম খওদনা পাইনিংবা নিং-তম্বনি।

তাঞ্জাদুদা গাড়ি অমগী হোরোন মখোল তারকই। হায়ফেৎ য়েংথোক্লুরগা অমুক ঐঙোন্দা হায়রকই –

– মহাক ঐবু লৌবা লাক্লে। ঙরাং চীংদগী থোরকপনি।

বেগতগী চে অমা লৌথোকলগা অমুক মখা তারকই –

– ঐগী ট্রান্সফর ওর্দরনি। কনানোমদা রিলিজ ওর্দরগা এল,পি,সিগা খরা পীবিরকউ। ঐ অমুক লাক্লরোই।

বিনোদিনি কাদুদগী থোকখি। থোঙনাও ময়াদা চংশিন্দুনা মপান্দা ঐহাক য়েংই। নোংমরক্তুদা চেনবোই করিওই তৌদুনা কারদা কাখৎখি। মপুরোইবগী মনাক্তা নক্কা ফমখি। নোংমরক্তা গাড়ি থৌখি। হৌজিক্তমক মনম্না চায়থোকহৌবদা ঙায়রিবা কাদুদা ইতোমতা লৈহৌই। ○

*সেপ্টেম্বর, ১৯৯৪ ইং*

## নোংদি তারকখিদরে

মাঙ্গোল দারিদগী পঙলাপ লাপ্তনা নুঙনা মরোল অহুম মরিরোম লোনখৎলগা লৈরিবা মোংফমগী মথক্তা য়ুংলিবাক্রোস অদু থাবল মঙালদা ময়েক শেংনা উরি। পিকখ্রবা শুমাংনি। মোংফমদুনা লৈরিবদু মদুগী মতোনদনি। থোইনা ৱাংদবা, মনা পুংবা উ পাম্বী অমসু মোংফমদুগী মনাক্তা হৌরি। উ পাম্বী অদু থাবলদুদা মুশুক মুরি। ৱাচেৎনা কাংথক হারিবা মাঙ্গোলগী লৈমায়দা ফক্লাংদা ঙাথরদুনা চোংনিকিন ফম্রি। চহী অমরোমতা ঙায়রিবা মচানুপাদুনা মতমবাক্তা তুম্রি। চহী অহুম্রোম শুরবা মচানুপাদুসু নাকন্দা ফমদুনা মকোক্তু মমাদা ঙাথ ঙাথ উইবগুম তৌরি। লৈচিন মচেৎ অমত্তা পক্লবা আতিয়াদা থানা তরু তরু থোক্লি। পিকখ্রবা মাঙ্গোল মচেৎ অদু থারলনা পুমঙাল ঙাল্লি। ইমুং অদুদি পুম্মম মমই। চোংনিকিন থাদা য়েংদে। মাংদা উরিবা মুশুক মুরবা ভঙ্গাইগী চীংশাং পরেংদসু য়েংদে। ইরাপ লাপ্তনা মৈঙাল খরা উরিবা চর্চতসু য়েংদে। শুমাং মতোন্দা য়ুংলিবা অপিকপা ক্রোস অসিদা মুন্না য়েংই। ক্রোস অদুদগী হেন্না মমীত্তা করিমত্তা উবা ফংদে।

– য়েংউ চোংনি, ঙা অসি চাওদ্রা?

মমাংমত্তদা চাওরবা ঙা অমা মখূৎতা য়াল্লদুনা লুংজাহাওনা নোক্তুনা মঙোন্দা উৎলকই। চোংনিকিন মশা পুম্বা শ্বায় লাওই। থংনবা মীৎকুপ্তদি থাবলগী মঙালদা মুশুক মুশুক য়ুম, উব্বা, চীংমায়শিং, আতিয়াগা শন্নবা অয়াৎপা মানবা চীংদোলশিং নত্তনা কনামত্তা লৈরমদে। চোংনিকিন পিক্লিবা মচা অনিদা য়েংই। অদুদগী খঙহৌদনা মমিৎতা মপি তারকই। খোঞ্জেল থোক্লা কপলকই।

চর্চতগী লাইশোন ঈশৈ তারকই। নুপী, নুপা অঙাংশিংগী অপুম্বা খোঞ্জেলদু অসুম অসম হৌবা হেঙ্গৎলকই। চর্চকী মনুংদা লাৎলিবা যীশুগী ক্রোস অদু চোংনিকিন মমীত্তা উরকই। কপ্লা ৱানা খাঙলগা মাসু ময়ামগী মতুং ইন্দুনা লাইশোন ঈশৈশিংদু তপ্লা মচিন্দা ঙংঙি। অমুক হিক হিক কপই। অমুক শকই। খোঞ্জেল ৱাংখৎলকই। চর্চতগী থোকলক্লিবা খোঞ্জেলগা অমত্তা ওইখিদুনা চীংমায় অমদগী চীংমায় অমদা খোঙ্থাং য়ৈদুনা নিল্লকই। চোংনিকিন শক্লা শক্লা ক্রোসতা পাং ত্থিলিবা যিশুগী শক্তমসু ময়েক শেংনা উরকই।

লাইশোন ঈশৈ লোয়খরে। অমুক ইচিক চিকলকই। অচিকপা মরক অসিদা উ-ৱা, য়ুমকৈ, চীংশাংশিংনা অমুবা শক্রোন লৌদুনা-থাবলগী মঙালদা তুমিন তুমিন অমুক লেপলকই। চোংনিকিন অমমমতং ওইনা য়েংলুরি। অদুদগী শুমাংমতোনগী ক্রোসতা অমুক য়েংলকই। থাবলগী মঙাল পুম্বা ক্রোস অসিদা হৈথরিবগুম তৌরকই।

– চোংনি, ঙা অসি চাওদ্রা?

অমুকসু মনাকোংদা তারকই। লুংজাহাওনি ক্রোসতা যিশুগুম পাংতিংলি। মুন্না য়েংই। পিক্রবা উফে অনিগী ক্রোসতা। মসিদি শুপ্নতগী উফেনি। উফেদা নত্তে। নুংমরোল মরোলগী মথক্তা লুংজাহাও পিপ্লি। অমুকসু চোংনিকিন মুন্না য়েংই। লুংজাহাও নত্তে মোংফমগী মথক্তা হৌবা লৈশিংনি। থাবলগী মঙালদুদা লৈশিংনা কৃক কৃক ইন্ননা হৌরিবদু চোংনিকিন উরকই।

– ঐহাক নঙগী ঙাদু পামদে। ঐ ঙাগা পামজদে।

মচিন্দা খঙহৌদনা শোল্লকই। অদুদগী তম্পাক্তা অমদি মঙোম্দা ঙাথদুনা নাকন্দা ফল্লিবা মচা অনিদুবু মখূৎ অনিমক্সা চেৎনা কোনশিল্লকই। মকোক্তুনা ৱাচেৎকী ফক্লাংদা ঙাথরদুনা মমিৎ উইশিল্লি। থিংবা ঙমদ্রবা পিশিংনা অরৎপা লৈতনা মমিৎতগী তারকলি।

– চোংনি, হন্দোকউ। ৱা থাদরক্কে।

ঙম্নবা ভঙ্গাইগী চীংমায়দা লুংজাহাওনা লেপ্লদুনা শীঙ চল্লিবা চোংনিকিনদা লাওরকই। চোংনিংকিন মপাদুদগী হন্দোক্তুনা লেপলগা য়েংখৎলি। উরিনা পুল্লপ পুস্লিল্লিবা চাওরবা মপুন্দু নাপী শিংবি অমদি উপাল মচাশিং নৈখায়রদুনা চীংখা তন্না শিৎথরক্লি। মীৎকুপ খরগী মতুংদা হৌরবা মখোলগা লোয়ননা চীংখাগী পুংপাক মথকতা তারকই। মখোল অদুনা চীংমায় অমদগী চীংমায় অমদা খোস্থাং য়ৈরকই। চোংনিকিন উরকই লুংজাহাওসু চীংথক্তগী শিৎথরকপোই করিওই কুমথরক্লিবদু।

পাকলবা বরাক তুরেলগী মথক্তা নুমিৎনা মৈশা পুম্বা হৈথরি। লৈঙোয় মথক্তা খোঙনা নেৎপদা পোকপগুম তৌই। লুংজাহাও মশাপুম্বা হুমাংনা পুন্নুপ লুপই। উরুম লাংবা উখা অমগী নুংপাক্তা ফমদুনা শেগায়রবা ফুরিৎতুগী মচিনা মমায় তৈথোকই। মখ্বাংদা য়াল্লিবা খাওদগী হিদাক মনা লৌথোক্তুনা চে মচেৎ অমদা হিদাকমনাদু কোল্লকই।

– মশাদু হুমাংনা লুপ্লে।

চোংনিকিন্না মনাক্তা চংশিন্দুনা লাদা য়োম্রিবা চয়োম থোক্লা থোক্লা হায়রকই।

– নহাক্তিনা। নমাইদু পুমশুাং ঙাংলে।

য়েংনরকই। অদুদগী করম্বা থম্মোইগী ইহুন্রো খঙদনা য়েংন য়েংনরগা নোকমিন্নরকই। চীংমায়শিং, পাকলবা বরাক অসিনত্তনা করিমত্তা উদ্রবা, মীনিল তাদ্রবা চিক্লবা মপমসিদা মখোয় অনিতনি। অচিকপনা থমোই অমদি ব্লাখলবু লাংতকনহল্লি। পাখং লৈশা ওইরিঙৈগী পুন্সি চোংনিকিন নৌহৌননা নিংশীংলকই। ব্লাখলনা চীংলক্কী লোকশিংদা, শংবানরবা চীংমায়শিংদা বরাককী শংলবা ঈমায়দা শান্নরুরি। মীৎকুপ খরদং পুন্সিগী অব্লা অনা পুম্বা কাওথোকলুই। নোকমি নোকমি চাক চারিবা লুংজাহাওদা মুন্না য়েংই। মহাকসু নোকলি।

– করিনো য়েংলিবদো?

লুংজাহাওনা হংলকই।

– করিসু নত্তে। মোতি হোইদু করম্বা মতমদা লাক্কনি?

থম্মোইদা লৈবা ব্লা পুম্বা থমলগা মোতিগী মরমদা হংলকই।

– নোং অসি তারবদি লাকলগনিনা।

– নোংদি তাসু তারক্তনা।

– তারকলগনিদা।

আতিয়াদা চোংনিকিন য়েঙখৎলি। লৈচিন মচেৎ অমত্তা পক্তে। নুমিৎনা অরংবা মঙাল ফুদোকলদুনা ভঙ্গাইগী চীংশাং মথক্তা থোক্লি। নোং তারকপ য়াবগী খুদম মচেৎ অমত্তা উবা ফংদে। নোংজুথাদি য়ৌরকলবনি। নোংমা নিনিতা ওইরবসু নোংসি অমুক্তা কন্না চুহন্নিংলকই।

– ব্লাসি কয়ামুক শুরমলগনি?

অমুক চোংনিকিন্না চাবা তোক্তুনা ঙসাই কোনখিবা হিদাকমনাদু থকলিবা লুংজাহাওদা হংলকই।

– চাম্মঙা মুক শুরমলনি।

অদুদগী মখুৎ থেক্তুনা মচিন্দা মুরুম মুরুম চোংনিকিন হিসাব পাবা হৌরকই। লুংজাহাও মঙোন্দা নোক্তুনা মুন্না য়েংই। চোংনিকিনসু মকোক হোৎলগা নোকথোরকই। মখোয় অনি অমুক খোঞ্জেল থোক্লা নোকমিন্নরকই। নোক্লা নোক্লা লুংজাহাওনা হংলকই,

– কয়া তারবা?

– খঙদ্রে। নঙ অমুক পাও।

লুংজাহাওনা য়াম্না হৈবগুম নুঙমচা অমা খুল্লগা নুঙপাক্তা খোৎপা হৌরকই।

– ব্রা অমদা পৈশা কুনথ্রামঙা-চাম্মঙাদদি . . .।

অপিকপা চর্কী শঙ মনুংদা পাষ্টরনা অঙাং ওইরিঙৈদা পুরিবা য়েন্নবা তম্বীখিবদু নীংশিং নীশিং পাকলবা নুঙপাক অদু শিন থুংবা মখৈ খোরি খোরি খোৎলি। শকফম হঞ্জিল্লি। চোংনিকিনদি নোক্তুনা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা লৈরি। কাইনথংদা লুংজাহাও নোকখোরকই।

– মোতিনা মরাইনা হিসাব পাজনিদা।

অশেংবমকসু মোতিনা পাবা ঙাক্তনি। হৌখিবা চহী কয়া মহাক্না হিসাব পারগা পীরম্বদা নোংমক্তা য়েৎখিদবনি। ঙৈহাক্তুং নোকমিন্নবগী ব্রানি। হিদাকমনা খাওদগী লৌথোক্তুনা লুংজাহাও চেদা অমুক কোনবা হৌরকই। মখা তারকই,

– হন্দক্তি মোতিগী মতুংইন্দুনা জিরিঘাততা চৎকে।

– করি তৌবা।

– মখোয়গী ব্রাগী কারবারসু খরা খরা তমগনিদনা। অদুগা শিলচরদগী পোৎসু লৈরক্কনি।

– করি লৈগদৌরিবা?

– নঙগী করিনোমা হেক্তা লৈগনি।

– ঐ করিশু পামদে।

– ঐ হন্দক্তি শোয়দনা চৎকনি। কৈনোমা শোয়দনা লৈগনি।

চোংনিকিন তুমিন লৈখরে। নোকখিদরে। হৌখিবা পোইনুদা অদুক চাওখ্রবা পাম অদুদগী ফৌ তিন তরানিপান্দগী হেন্না থোকখিবদু নীংশিংলকই। মসিনা কয়াম কুইনা চান্নগনি? অমুক পাম য়ানবা মতম ওইরে। উনৌ লাক্ত্রিঙৈদা ব্রাশিংসু য়ানহৌদ্রবদি করম্বা মতমদা য়ানগনি? নোং তারক্ত্রিঙৈ তৌহৌগদবা থবক কয়া নীংশিংলকই। মোতিবুসু অমুক নীংশিংলকই। ময়াং কংত্রিক কংবা মুশিন মুবা-ময়াংমচা মোতিবু। করি দেশতগীনো চোংনিকিন খঙদে। য়াম্না লাপ্পা লমদগী লাকপনি অসিদংনি মহাক্না খঙবা। পৈশা কুনথ্রমঙা অসিনা জিরিঘাততা লুপা কয়াদা অমুক য়োল্লমগদগে? লুংজাহাওনা ব্রাশিং মশানা য়োনজররবদি কয়াদি শীৎকনি? কয়ারক খনথ্রবনি। মসিদি কুইনা মঙলকলবা মঙনি। অদুবু অমুকসু খল্লি মোতিগী পুন্সিগা করিবু খেন্নরমগদগে। মসিমদি চোংনিকিন ব্রাখলনা লাম্বা ফংদে। মোতিগী মমাঙদা লাকলম্বা রামপ্রসাদ করিবু নুংঙাইখিবগে? খুদৈ মতৎতুমগা ব্রা খাবক লাক্না লাক্না বরাককী খোঙবান্দা অদুম্মক শিখি। চাবফাওবা নিংথিনা

ফংদবমখৈ। চোংনিকিন পুন্নমক খনবা পামলক্তে। অসুম হিংলিবসিদগী হেনবা অতোপ্পা শুৎহিং অমা মহাক শাগৎচবা ঙমজদে। মাগী মীৎখাংদগী লুংজাহাওবু মীৎকুপ অমত্তা নাম্থোকহন্নিংদে। মসিতনি।

– কৈনো খল্লিবদো। করি লৈরকউগে?

– কৈসু খন্দে। নঙনা চৎলবদি ইচা অনিগা-ইপাগগী লৈয়ু।

– নঙগীসু লৈগনি।

লুংজাহাওনা নোক্কুনা হায়রকই।

– হোইদা, নোংসিদা তাখিসনু।

চোংনিকিনসু নোক্কুনা খুম্মী। অদুদগী অমুক মখোয় অনিমক নোকমিন্নরকই। নোক মখৈ নোকমিন্নরগা চোংনিকিন ময়ুমদা লৈহৌরিবা অঙাং অনিদু নীংশিংলকই। শীঙ কোকথোংদু শমদা হাপকৎতুনা চৎখি। নুঙপাক মথক্তা ফমদুনা হিদাকমনা থক্কুনা লৈহৌরিবা লুংজাহাওদা নোক্কুনা হন্না য়েংলম্মী। নুংশাগী মৈশাদা ঙাংশিল্লবা অঙৌবা ফজরবা মায়থোংদুনা নোকলকপদু লুংজাহাও মুন্না য়েংজৈ। তুংয়ান তাবসু। বরাক্কা থেকচিনখিবগা-চোংনিকিনবু উরক্রুবদা থাংপাক অদু পায়দুনা চীংদা কাখৎখি।

– ঈশ্বরগী মচা যিশুনা ঐখোয়বু পাপ্তগী কনবিগনি। ঐখোয়না তৌজবা পাপশিং ঈশ্বরদা ঙাকপিনবা হায়জসি।

পাষ্টরগী খোঞ্জেলদু চোংনিকিন হৌনা তারকই। তুন্নুবগুম মীৎকপ খঙথোক থোকই। অদুদগী র্চচ মনুংদগী মীনিনগী মখোল তারকই। ঈশ্বরদা তৌজখিবা পাপশিং তমলিবদু ময়েক শেংনা তাদে। ক্রোসতা পাং তিংলিবা, মকোক্তা তিংখংগী লুহুপ উপ্তুনা ঈ শিঙ্থরিবা যিশুবু মমিত্তা অমুক উরকই। নুপী অঙাং খাক্তনা তমথিনা অউ অউবা পংহাত্ত হাৎনবা, য়ুমকৈ মৈতুন্ন থানদুনা লৈফম, চাফম লৈতবমখৈ পংচেম্পা চেন্নবা, তাহেদ্রবা উহৈদ্রবা থৌদোকশিং পুন্নমক মঙনি। সুপ্নতগী লৈহাও চেন্দ্রবা চীংমায়দা ইংখোল খরদং মনা মশিং থাদুনা হিংজরিবা মরাল লৈজদ্রবা মী কয়াগী পুন্সি পিখন্নরিবা -- চীংলমদমগী ৱারী চোংনিকিন তাবা ঙমদে। মশা পুম্বা অকি তুংজুংই।

কনানা পাপ তৌরিবা কনানা তৌদ্রিবা মহাক খনবা ঙমজদে। ঈশ্বরদা

হায়জগদবা হায়ববু – মীৎ পাঙনা পাঙনা মঙলাক্লরিবা অসিদগী কনবিয়ু অসিতনি।

চর্চতা অমুকশু লাইশোন ঈশৈ শকলকই। থাবলগী মঙাল অদুম্মক চীংমায়শিংদা শন্দোক্লি। অইংবা নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎলি। অদুবু ওমচাক্লরবা থম্মোয়দি চোংনিকিন ইংথহনবা ঙমদে। মোংফমগী ক্রোসতা মুন্না অমুক য়েংলকই। উফে মচাদুদা যিশুনা লৈরি। মশাপুম্বা ঈ শিম্লরি। তিংখংগী লুহুপ উপলি। মমিৎ অদু উইরুম উইরুম মঙোন্দা য়েংলকই। চোংনিকিনসু য়েংই। যিশু নত্তে। লুংজাহাওনি। য়োৎপি থাজিল্লবা মখূৎ অদু উফেদুদগী নাম্লেকতুনা চাওরবা ঙা অমা মঙোন্দা উৎলকই।

– চোংনিকিন, ঙা অসি চাওদ্রা?

– য়াম্লা চাওইনে।

– মকুইগা বরাক্কী ঈরোংদগী ফাবনি। ছোটোবেক্রোদা য়োল্লুগে।

– য়োল্লোই। ইপা পীজগনি।

হৌগত্তুনা ঙাদু লৌশিনগে তৌই। হৌগৎপা ঙমদে। অমুক য়েংথোরকপদদি লুংজাহাও লৈরমদরে। থাবলগী মঙাল অদুদা ক্রোস মচাদু তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরি। চর্চতগী লাইশোন ঈশৈগী খোঞ্জেল নাকোংদা হৌনা তারকই।

– নোংসু শুকতা হেক তাদে।

শেগায়রবা লং অদু অতৎপা লংলা অমগা লংলা অমগা পুনশিন পুনশিন লুংজাহাওনা মরু মরাং থারিবা চোংনিকিন্দা হায়রকই। অপিকপা অঙাং অনিদুসু মফি অমত্তা থোংদনা শুমাংদুদা থাদোকতুনা থম্রি। লৈবাক খোৎতুনা অদুম শান্নরি।

– হায়শুমদনা তুরেলসু ময়াং য়াম্লা কংথরে।

ময়াইদা ঈশিং খজিক্তং চেল্লিবদু নত্তনা নাকন অনিমক নুংচাক ঙাক্তা ঙাইবা বরাককী মফম খরা অদু নীংশিংলগা চোংনিকিন্না খূমলকই।

– ৰাগা অমত্তা য়াল্লোই। মোতি লাকলগা খরা অমুক য়ানবা হায়বদুনি। নোংসি তারকলগদ্রা হায়দুনা খুন্নাকপদা ফৌ তিন অনিসু ৰাগী মমল ওইনা পিথোকখরে। চানিংঙাইগা লৈতবরা খঙদে।

মতোমতা লুংজাহাওনা শোনবোই করিওই হায়রকই। চোংনিকিন তুমিন্না লৈ। য়োৎপাক তৌনা তৌনা মরু মরাং খরদু লিংবা লাকনরকই। লুংজাহাও মখূত্তা

খোয়জে অহুম মরি পায়রগা লাংদুনা মরেংজুমদা থাঙ্গৎতুনা থোরকই। চষী ফাদ্রিবা মচাদু থাজৎতুনা চুপলম্মী।

– মকুইগী ঈচিন্দা ঙা ফারুগে। শান্নরম্মুকো।

মচা অহলদুগী মখজাইদসু শিকলম্মী। চোংনিকিন থবক শুরমবদগী লেপতুনা নোক নোকতুনা ফাগী তৌদুনা লাওহৌই,

– ঙানা নন্দুনা শিজনিকো।

লুংজাহাওসু নোকনা নোকনা করি করিনো খরা হায়রম্লগা খুনগী লম্বীদা চৎখি। বরাক্কী ঘাট লোমদা।

– অঙাংশিং তুমদ্রিবরা?

চোংনিকিন হন্দকসু মঙফাওনৈ। মকুবোক্কি। চৰ্চতগী খুনগী নুপী নুপাশিং থোকনরক্কিবদো থাবল মঙালদুদা উরকই।

– তুমখরে।

– নঙসু তুম্রোরো। হয়েংদি ঙন্না হৌগৎলগা লৈজাংফাইদ চৎকদবনি।

চোংনিকিন ইঙক ঙকই। লৈজাংফাই হায়বা খুন্দু মমিং তারবসু মহাক কৈদৌনুংদা চৎখিদ্রি। মহাক্না খঙবা হায়ববু যাম্না লাপ্পা অচৌবা খুন্নি। খোঙনা চৎপদা নুমিৎ হুন্নিদগী তাদনা চংঙি হায়বা অসিতনি।

– লৈজাংফাইদদি করিগী?

অহল ওইরবা মকুবোক্তু পাক খুমলক্কে। স্বর অশাংবা অমা হোনখিবগুম তৌই। ঙৈহাক লৈরগা তপ্পা হায়রকই,

– চৰ্চতা খুঙ্গাশিংনা লৈজাংফাইদা মতম খরগী খুন হোংবদা লেপ্লরে। খুন্নাকপসু লৈজাংফাইদগী ঙসি থুংলরে। হয়েংমক হোংলগনি।

চোংনিকিন মঙগুম্মী। খুন হোংবগী ৱা অসি চিবোন চিবোন ঙাংনরবসু মহাক থৌৱা শাখিদে। অসুক থুনা ৱারেপ লৌগনি হায়বা মহাক থাজদে। খঙহৌদনা হায়রকই,

– ময়াম হোংগ্রবসু ঐখোয়দি হোংলোই।

– হোংনিংদে হায়দুনা হেক্তা যাবা নত্তে। ঐখোয়খক্তং করম্না লৈহৌগনি?

চোংনিকিন খুমদে। পাওখুমগী মহুত্তা মপি তারকই। কপনিংলকই। মখোল

থোক্তনা ফিজিনা মমাই খুমজিন্দুনা কপ্পি। মকুবোক্কা মখা তারকই,

– নোংমত্তা কাংদনা মী কয়া হাৎলি-খুনশিং মৈ থারি। ঙসিহয়েং হেক্তা খুন অসিদুসু লান্দারক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। ঐখোয়গী পিক্রুবা খুন অসিনদি করি তৌবা ঙমগনি।

ঙাঙবা লেপখি। পিক্রুবা থেল অসিদা লৈরিবা য়ুম কুনমুক্তা লৈবা মখোয়গী খুঙ্গংগী শক্তম মমিত্তা উরকই। ব্লানা হিংলিবা নুপী অঙাংশিং লোয়নমক অমমমতং ওইনা উরকই। পিশক পিশক পিকপা য়ুমশিংসু। মপি অমুক্কা হেন্না তারকই।

– য়েংউ, বামুঘাট, তিস্থল অদুগা সোঙপেন খুন খুদিংমক হোংনখ্রবনি।

ইমম মন্নবা ইমুংদুদা চংনা চংনা মখা তারম্মী,

– লুংজাহাওদা থোকখিবগুম – ইশু অনিদা অমদি নঙোন্দা থোকহন্নিংদে। ঐদি অহল ওইরে। কান্নদ্রবনি। শিরবসু য়াই।

চোংনিকিন অকোনবগী ব্লাহে অদুদা মশাপুম্বা শ্বাই লাওই। অহলসিসু পুন্সিগী অব্রা-অনা মায়োক্কুরবসু মখুন অসিবু, চীংমায়শিং অসিবু, বরাক তুরেলবু থাদোকনিংদে হায়বা চোংনিকিন খঙই। অচুম্বমকসু তরক তরক লৈরিবা খুন অসিদা ঙশি হয়েং করি থোক্কদগে হায়বা তম্বা ঙমদে। তমথিরবা থৌদোকশিং পুন্নমক মঙনি। চোংনিকিন লুংজাহাওবু নীংশিংলকই।

অহীংচুপ্পা চোংনিকিন তুম্বা য়াদে। অদুক থেঙলবফাওবা লুংজাহাও বরাক্কা মকুই তুরেলগগী ঈতিনফমদা ঙা ফাবা চৎখিবদগী হল্লক্ত্রি।

নুমিদাংব্লাইরমদদি ইরং তুরেলগী ঈরোংলোমদা অমুক চৎলমগদ্রা খল্লুই। ঙরাং নহান ঙা অচৌবা ফানবগী পাউ তাখি। অদুবু অথেঙবা ফাওবা মহল্লক্ত্রবদুদদি নুংশা থিরকই। বামুঘাটতা মমান্নবশিংগা লেকলমগদ্র খল্লকই। খনবতনি। থাজদে। নোংমত্তা লুংজাহাও অহীং হল্লক্তবা য়াওখিদে। থেঙলবসু থেঙনা হল্লককনি খল্লকই। মকুবোকসু তুমবা য়াদে হায়বা চোংনিকিন খঙখি। খুনগী হুই অমত্তং খোংবদা মপান্দা হেক্তা থোকখি। লুংজাহাও ওইরমদবদা অমুক ব্লাচেৎকী কাংথক্তা কাখৎখিবগী মখোল তায়। চোংনিকিনসু মচা অনিদু চেৎনা কোল্লদুনা মমিৎ কক্লা অমত্তা উইশিন্দনা মনাকোং থাঙ্গৎতুনা লৈরি। হল্লকপা মৈরেত্রবদুদদি মওল মওল খল্লকই। মোতিগী মনাক্তা জিরিঘাট তন্না চৎলমগদ্রা খল্লুই। অদুবু মহাক থাজদে। নোংবু তারক্রবদি লুংজাহাওনা চৎলুদ্রবসু মোতি শোয়দনা লাককনি। ব্লাগী মমল

পীরগনি। অদুদগী ঝাশিং অদু খাবক লাক্তুনা ঈমায় ঝাংলবা বরাক্কী ঈচেলদা ঝাশাং অমা পায়দুনা হোম্দুনা চৎখিগনি। নুমিৎ কয়ানিগী খোঙচত্তা। মপূক্লিংদা লেপই-লুংজাহাওনা মোতিগী মনাক্তা চৎলোই। খনফম খঙলক্তে। থেঙনা হল্লককনি অসিতনি মানা খনজবা।

অয়ুক্তসু হল্লক্তবদুদি চোংনিকিন স্তান মাঙবা হৌরকই। মাঙোম্দা, লময়াইদা, শুমাংদা চপ চপ লেপই। খূনগী পাখং ময়ামনা থিবা চৎখিবদু ফাওবা মহাক খঙদে। কনাগসু ঝারী শারুদে।

নুংথিল য়ৌরকপদদি চীংশাংগী মথক্তা আতিয়াদগী নুমিৎনা মৈশাপূম্বা হৈথরি। চোংনিকিন অয়ুক্তগী করিগুম্বা অমত্তা চা থক্তে। মচি অমদা অমুক ফম মচি অমদা অমুক লেপ তৌদুনা লৈরক্রি। মমৈদা বারক্কী ঘাটলোমদগী খূনগী পাখং ময়াম কাখৎলক্রিবদু উরকউ। ঝাগী শগায় অমদা করিনো অমা পুরক্রি। মখোয়গী য়ুম তম্না চঙলকই। শুমাং মতোন্দা শগাই অদু থম্মী। চোংনিকিন মশাদু খঙহৌদনা নিকলকই। অকিবা ফাওরকই।

– ইপু, মকুইদা উ অমদা পাং তিংলগা হাৎলম্রে।

পাখং অমনা মুকবোক্তা কুপলিবা ফিদু হায়দোক্তুনা উৎলগা হায়রকই। চোংনিকিন ঈনা মশা পূম্বা তৈরবা লুংজাহাওবু উরকই। সগাইগী মনাক্তা থম্লিবা লাং অদুসু। লাং মনুংদা চাওরবা ঙা অমা য়াওরি। অমুক দাগফম ঙাক্তা ঙায়রবা ঈনা লুপ্লবা হকচাংদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা অঙাওবীগুম মুল্লা য়েংই। থংনবা মীৎকুপ্তদি অমুক্তং খংলাও লাওরকই। অদুদগী লৈমায়দা স্তান মাঙনা তুথরকই।

মাঙোম্দা থাবলগী মঙাল লৈরমদরে। শায়জিনগী মমি শুমাংমতোন্দা লৈরম্মী। মোংফমগী মথক্তা য়ুংলিবা উফে অদু ময়েক শেংবা হেঙ্গৎলকই। লুংজাহাও যিশুগুম্না ক্রোসতুদা পাং তিংনা তিংনা মঙোম্দা হায়রকপগুম তৌরকই,

– য়েংউ চোংনি, ঙা অসি চাওদ্রা?

– ঐহাক ঙাগা অমত্তা পামজদে।

মহাকসু মচিন্দা খঙহৌদনা হায়রকই। মচা অনিদুবু চেৎনা কোল্লগা অমুক কপলকই।

মথংগী অয়ুক্তনি। চোংনিকিন শমদা পোৎচৈ হাপচিল্লি। পোৎচৈদুগী মথক্তা পিক্লিবা মচাদু ফমহল্লি। মকুবোকনা মচা অহলদু পমদুনা – খুঞ্জাশিংনা পরেং শানা চৎনখ্রিবদুগী মতুং ইনখি। চোংনিকিন পাক চত্তে। মোংফমদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ঙৈহাক লেপ্লুই। মচিন্দা শোল্লকই – 'ঐ অমুক ননাক্তা লাকখিগনি, খূন অসিদা লৈরখিনি।' থিংঙমদ্রবা পিগী পরেং অমা মমিত্তগী তারকই। বরাক্কী খোংবান্দা লৈহৌরিবা ব্রা মপুনশিংদুসু মমিত্তা উরকই। নোংদি তারকখিদ্রে। থম্মোইবু ইংহনবা চীংমায়বু ইশং শংহনবা। হৌজিক্তি করিবু কান্নরিবগে নোংনা তারকলবসু।

– চৎলসি। থেঙখ্রগনি।

মকুবোক্লা অমুক হঞ্জিল্লক্কুনা হায়রে। ঙম্রবা চীংমায় নাকচেক্কী খোঙলম্বীদা পরেংশানা নৈজাংফাই তন্না খুঞ্জাশিংনা চৎখ্রিবদো উরকই। শকখঙদ্রিবা লমদমদুগীদমক চোংনিকিন মঙগুম্না লেংঙম শাঙমদনা মখোঙ তপ্না থাংবা হৌরকই। ○

অক্টোবর, ১৯৯৪ ইং

# মপূং ফাখিদ্রবা লীলা

ফক্লাংদা থেৎলিবা কৃষ্ণগী ফ্রেম চনবা অয়েকপা লাই অদুদা ফমুংদা হিপ্না হিপ্না কহ্লাইনা মুন্না য়েংই। লাই অদুনা নোকফেৎ তৌরদুনা মঙোন্দা য়েংলি।

ভগবান, ঐ শিনিংদে হিংবসি য়ান্না পামজরি। ঐহাক হিংনিংলি। শিবগী মরমদা মীৎকুপ অমত্তসু ঐহাক খনবা পামজদে।

থোঙনাওরোমদা মমাই লৈথোকই। লমদা থাগী নুমিদাংব্লাইগী অঙাংবা মচুনা আতিয়া পুম্বা শন্দোক্লি। থোঙনাও ময়াদা হৌরিবা হৈখা, মালহৈ পাম্বীশিংদা মনা অমত্তা পান্দনা অঙৌবা মপান্না য়োমলী। অঙাংবা মচুনা অঙৌবা মচুদা য়ৈরি। থোঙনাও মপাদা তান্না উচেকশিংনা পাইখ্রি। কহ্লাই পুন্নমক হিপ্না হিপ্না য়েংই। হৌগৎকে খল্লি। লেঙবদা মশাপুম্বা অনাবা ফাওই। মখোঙ মখুৎ ইপঙ পঙথৈ। হিপ্না হিপ্না অমুক ফক্লাংলোমদা মমায় লৈথোকই। কৃষ্ণগী অয়েকপা লাইদা য়েংই। অমুক মীৎচানৈ।

ভগবান! তাইবংপানবগী মায়াসিদা ঐদি ঙাওজবনি। নঙনা শান্নবীরম্বা লীলাগী শরুক খরদংদনি ননাইনা শান্নজবা। করিগীনো মপূং ইফা ফাদবগুম ইব্রাৎতা ব্রাৎপগুম তৌরিবসিবু। ঐ শিববু কিজে। ঐহাক শিনিংদ্রি, ভগবান।

অমুক মমীৎ উইশিল্লি।

লমলোং কৈথেলগী মতাই ওইরপ্না শারবা নুংশাদুদা রাধামনি হোতেল ফল্লি। পিকলবা হোতেলদুগী মথক্তা কুপলিবা দ্রম মনাগী মনিলনে লৈরঙগী মৈশানে পুন্নপ পুন্দুনা মশাদু হুমাংনা পুমফুৎ ফুৎলি। লৈরঙদুদা খাং মথক্তা থাউসু মৈ হৌবমখৈ শারি। অতোৎপা বেশন্দু থাউদুদা থাদরি। ফানশাং অনিখক থারিবদু ইহাঙ হাঙই। সরক্তসু মী ইচৎ চত্তে। অমুবা কোয়লাসনা মহী চেনবমখৈ শৌদোকই। শাখ্রবা নুংশাদুদা চঙলক্তুনা কহ্লাইনা ফমলরবদুদা রাধামনিনা নোকফেৎ তৌদুনা হায়রকই,

– তাইবুঙো, হকচাং খরা নুংঙাইবিরেদনা?

– খঙদেদা। নখোয় ময়ামবু উরগা খরা হেক মনুংঙাই। ইতোমতগা লৈরবদি

শিরগদগুম মখল্লি।

ঙৈহাক লেপই। শেগা কোৎপি ফুরিৎ মচাদুগী মথক থংবা কুদাম নাম্বোকলবা ঈ থাংনা ঙৌরবা হকচাংগী শরুক অদুদা য়েংই। মদুদগী লোইরোই হায়গৎখ্রগা লেংজুম শরু অনিগী কারক, খৌরিগী কুৎতকপা মফমদুদা মুশি মুশিরবা অমুবা চন্দন মচেৎ অমা পক্লিবদুদা অমুক য়েংলকই। পাম্বোম মরুগী অহাঙবা মফমদা। কহ্নাইনা মঙোন্দা য়েংলি হায়বা রাধামনি খঙই। মখাংদা য়েৎশিল্লিবা ইম্নফিদু লৌথোক্লুনা ইনশিল্লি। কহ্নাইসু করিমত্তা খন্দবা শাদুনা মখা তারকই,

– অদুবু শিদি শিনিংদ্রিহে, ইবেম্মা রাধা।

– করিগী শিরুদগে তাইবুঙো। নহা অদুক ওইরিবো। শিবা য়াদ্রি।

রাধামনিসু নোক্লুনা অদুম খুম্মি। মখূৎতি বোরা খাংদগী লৌথৎপা, থাদবা লেপ্তে।

– চহী হুম্ফু তানখৎলকলবু নহা ওইবা কৌরিব্রনে?

– শকফমদি নহা ওইরিদা। চহীনা চৎনপোত্তে। চহী হায়বসিদি পাবু পাশিল্লুরবদি পংয়ামদা য়ামম্মী। ঐ ফাওবা য়াখে তানখৎলক্রবনি।

– নঙবু য়াখে শুরকলবরনে? থাজদেদা।

– ৱাবু হায়জরিবা। য়াখে শুগদববুদি চহী মরিমা মঙামা ৱাংলমবসু ময়ারি।

রাধামনিসু অমুক নৌথনিংবগী মওং অমা কহ্নাইনা উই। নাম্ব্ররকলিবা ফি অদুদা কহ্নই অমুক য়েংই। হকচাংগী ফিবম উরুরগা নহা ওইরি অমুক খল্লকই। মুন্না য়েংলুই। রাধামনিগী মমিৎ অনিগা থেংনরুই। মচিন্দা খংহায় হায়দোকরকই,

– হিংবসি নুংঙাইনেকো, রাধা। শিগনি খনবদা ওম্বোক্লা পাম্মুখরে।

– খঙদেদা তাইবুঙো, ঐখোয়দি হিংদা য়াদবগী অদুক হিংলিবা হায়বদুনি। – তাইবুঙোহোয়দি শেল পায়বনিনা নুংঙাইবিরমগনি।

– নুংঙাইথোকপা হায়সিদি শেলগা মরি লৈনপোৎতেদা। ৱাখলদা লৈরে।

– শেল পায়দ্রবদি নিংবা থুংদে। নিংবা থুংদনা ৱাখল নুংঙাইবা হৌনদেদা।

– নশা নহা ওইরি। করিগী নীংবা কায়দৌরিনো?

হন্দক্তি ৱাধামনি তুমিন লৈখরে। খাং অদু থাংথে। কিটলিদা ঈশিং অমুক থাঙ্গৎলি। গ্লাসনচিংবা চামথোক খোৎতোকই। মসিপুম্বা তুমিম্রা কহ্নাই য়েংদুনা লৈ। অদুক শাখ্রবা ওমচাকনখ্রবা অদু মঙোন্দদি ফাওদবগুম তৌই।

– চিনি য়াওদবা চাঙাং ওইরমগনিনে তাইবুঙোগীদি।

খুম্বা ঙাইদনা চিনি য়াওদবা চাঙাং অদু নাকন্দা থম্মী। কহ্নাই ৱাধামনিদা

য়েংদুনা অদুম্মক লৈ। য়াধামনি তৌফম খঙদে। লৈরঙদগী শীং শৎতোক্লুনা মুথৎলি। চাকলম্বা শীংসিং মৈরি মুথৎখিবদগী মৈখুনা অমুক পুম্মম মমই। অদুফাওবা কহ্নাই হৌগৎতে।

মনাতোম্দা ধুপকী মনম ফাওরকই। স্বর হোনবা নুংঙাইরক্তে। মমিৎ পাঙথোকই। লুখুমগী ফক্লাংগী কম অমদা লৈরিবা লক্ষমীগী পিগ্রাইগী মূর্ত্তি মচাদুদা ইবেন্মালনা খুরম্নিবদু উই। মমায় লৈথোক্লুনা থোংনাওরোমদা য়েংথোকখিবদা করিমত্তা উদরে। থোংনাও থিংজিন্নম্রে। অমুক নাকন অমদা চেপই। ফক্লাংদা থেৎলিবা কৃষ্ণগী অয়েকপা লাই অদুনা নোকফেৎ নোকফেৎ মঙোম্দা য়েংদুনা লৈরি।

– হৌগৎলমলেদনা?

ইবেন্মালনা হংলকই।

– নঙগী ধুপ মনমদু স্বর হোনবা নুংঙাইতে। থোংনাও হাংদোকউ।

ইবেন্মাল থোংনাও হাংদোকই। লমদাগী পানখৎলকপা থানা থোংনাও মপাদা লৈচিন নোংফাই থাংদবা আতিয়াদা তরু তরু থোকলি। ইবেন্মাল কাংথোল মচিদা ফমথরকই। কহ্লই থাবু য়েংলম্নদগী অমুক ইবেন্মালদা য়েংলকই। উনশানা খরা খরা খুইথরক্লবসু ফজবা ইমাঙ মাঙদ্রিবা মাগী নুপী অহলদা মুন্না য়েংলকই। নহা ওইরিঙেদদি ফজবদা মীপূম খুদিংনা শোন্নরম্রিবনি।

– করিনো মুন্না অমুক য়েংলিবদুনা?

– করিসু নত্তে

খুম্মী। অদুবু মনাক্তদি য়াম্না নক্না ফমহন্নিংই। থাবলনা লিৎশিন্নকলিবা মঙাল অদুদা করিনো য়ারী খরদি শান্ননিংই। ইরোই লোয়শিন্দবা য়ারী কয়া ইচিৎতা চিখবগুম মপূক্লিংদা ফাওই। অদুবু থম্মোয়গী য়া, পূক্লিংগী ইহুল পুন্নমক শানবগী মতম পুম্বা হেন্দোকপ্রবগুম উরিবা ইবেন্মালগী শকফমদুদা তুমিন্না লৈবা নত্তনা য়া অমত্তা ঙাঙদে। কৃষ্ণগী নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবা মায়থোংদুদা অমুক য়েংই। কয়াদা মোম্দা নুংঙাইনা উরিবা।

– ডাক্তরনদি করিসু তৌরোই তপ্না তপ্না ফরক্তনি হায়। অমুক দিল্লিদা চৎলুদ্রবসু সিদা সুম য়েংসি হায়রি।

– ফববুদি ফরক্তনি হায়ববু কয়াদি কুইরে ফমুংদগী হেন্দোক্লিবা। ঐ অসুম্না লৈবা হৈনদে।

– নুমিৎ হুগ্নি মরিনিদং ফমুংদা কুনবদা, চৎনিংবনা খ্রো খ্রো খোংলমমলগনি। থোকখরে। করিগীনো অসুক থুনা থোকখ্রিবা? কহ্নাইনা খলহৌই। করিগীনো অসুক থুনা ইবেম্মলনা অহল ওইশিল্লিবা। নহা ওইরিঙেগী পুন্সিগী ব্বারী অমত্তসু শাদ্রিবা। ইনাক্তা মীৎকুপ অমত্তসু ফম্লিংদ্রিবা।

ভগবান! নঙদি মতম পুম্বদা বসন্তগুম্না তগৎ তগৎ তেক্কুনতা মরৈ। নঙদি মখল কয়াগী লীলা শান্নদুনতা মরৈ। মোমোন নোকলদুনা। গোপি কয়ানা থৌগল্লি।

অয়ুক অঙনবনি। লমলোং কৈথেলগী দুকানশিং থোঙ ইহাং হাংনদ্রি। ফৌ তাইফম, এনশাং নাপী য়োনফমদি মী খরা খরা তিনবা হৌরক্রে। রাধামণিগী অপিকপা হোতেলদুদি অয়ুক্কী চা থকপা মী মরোল অনীরোম শুখরে। খরা অমসু চা থক্কদবগী ঙায়নরি। রাধামণি চোৎলি চোৎলি তৌবা শীং অদু কামদুনা ঈশিং শৌহন্নবা হোৎনরি।

– তাইবুঙো, লেঙশিনবিরকউ।

চা ঙাইরিবা নুপা অমনা হায়রকই। শীং কাম্নম্বদগী য়েংথোরকপদা কহ্নাইনা অয়ুক্কী ব্বার্কিগী ফিজোলদা হোতেলদুদা চংলক্লিবদু রাধামণি উরকই। নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা হোইসু মাইসু হায়দনা তুমিন্না ফাল মচিদা ফমথখি। য়াম্না চীঙলেম্না। রাধামণিসু খজিক্তং নোক্কুনা হংঙি,

– কৈদৌঙৈ লেঙথোরকপগে, তাইবুঙো?

– ঙরাং থুংলবনি।

রাধামণি মখা তানা হংদে। চা শেম্নবা হোৎনৈ। কিটলি থাংথদুনা লৈরঙ মথক্তা খাং অমুক থাঙ্গৎলি। কহ্নাই মমিৎ কুপ্তুনা য়েংই। অয়ুক্কুদসু মমায় ঙাংলপ তৌরবা রাধামণিদা। নাতোন্দা পক্লিবা অমুবা চন্দন্দা। তবোপ তবোপ্পা চা শেম্রিবা মখুৎতা। কহ্নাই নোকফেৎ তৌই। মখা তাথে,

– চৎলমদ্রবসু য়াবজাৎনি। শাজেল খরা তৌরগা চিঞ্জাক খরা কক্লগা হান্নগী হিদাক অদু চারগা অদুম ফজনি থাদোরক্রে।

– করি ওইনা ঙমদবনো তাইবুঙো? ঐখোয়দি তাবু তাজদে। ঙসাই মাবু কৌশিনখিবা নুপাদুনা কহ্নাইদা হংলকই। খোঞ্জেল ওল্লপ তৌনা থৌ-ব্বা ইশা শাদনা খুম্নকই,

– কনানা খঙনোদা ইবুংঙো। ঐখোয়নদি থিকা খরা তৌ, গাড়ীগী মহাজননি হায়দুনা জিপ কারদদা চৎলিদো। সঙ্গা খর তৌশিল্লেদো অদুদদি হকচাংগা

নোয়থোরক্তুনা-ডায়েবেটিস হৌরক্লিবনি। দিল্লিদা পৈশা খরা কোয়বা ওইনা হুন্দোকলুরে।

ম্রাঙাংদুদা নুপাদুসু তুমিন লৈখরে। চা থকলগা মহৈ মহৈ তুমিন তুমিন হৌগৎতুনা চৎনখি। কহ্নাই মতোমতা নোক্তুনা লৈহৌই।

রাধামণিদি থবক অদুম ইচিন চিল্লি। খাংদা মঙ্গল থাদনবা, গ্লাস চান্নবা শীং অচোৎপদু কাম্ব ময়ামসিনা কহ্নাইরোমদা ওনশিনবা ঙমদে। থৌওইনা ম্বারী শাদবরা হায়বসু খঙদে। মায়থোংদা শাওনিংবসু উৎতে। কহ্নাইদি মাগী কাগী ফক্লাংদা থেৎপা শ্রীকৃষ্ণগী অয়েকপা লাইদুগুম নোকফেৎ নোকফেৎ রাধামণিদা য়েংলি।

– রাধামণি, নঙগী মিং অসিবু ফজনা, মতা চানা থোল্লমমিনে।

– কমদৌবা, তাইবুঙো?

রাধামণিনা অশাবা থাউদা হৱাই মঙ্গল থাদ থাদনা হংলকই। কহ্নাইসু খঙজি রাধামণি তায় হায়বা।

– মতমসি হৌখিবা খঙহৌদে। য়াওশংগসে অমুক য়ৌরক্লে।

– অং য়ৌরক্লে। অসুন্না হৌখিদুনা অহল ওইদুনা সুম শিখ্রগদবনি।

রাধামণিসু খুম্মকই। মপূক্লিংদদি অয়ুক অসিদা চা থকপা মী ইচং চঙলক্তবগী শাওনিংই। নহানমখৈদি সিগুম্বা মতমদা চা কিটলি অনী অহুমদি য়োল্লবনি। কহ্নাইনা ফমজিনবসিদা মী চঙলক্তবনি হায়বা রাধামণি খঙজি। অদুনা মপূক্লিংদা কহ্নাইবু চৎহন্নিংই। মচিন কাঙবদি ঙমদে। কহ্নাইদি মচি ইরেঙ লেঙদে। অয়ুক অসিদদি রাধামণিবু তগৎ তগৎ তেক্লা কহ্নাইগী মমিত্তা উই। হায়রকই,

– শিবগী মরমদা করিগী খল্লুগদগে? ঐখোয়দি বসন্ত য়ৌরকপসিদা পূক্লিংগসে ইনৌ নৌথোকই। নৌথোক্তরনে?

– পূক্লিং নৌথোকপগা খঙজদেদা। চহী মতাংসিদদি। চা খরা য়োন্দুনা হিংনবা হোৎনরিবসিনি। হিংলিবনি হায়দুনা তৌরিসি মঙগুম্বনিদা। লুখ্রাবিগা ওইশিল্লে।

– নপূক্লিং পিকথবগী ম্বাদা মঙাংজি। নঙনবু য়ারবদি নুংঙাইনা থম্বীগে-নচানুপী লৈশাবীদুসু মহৈ মশিং তমহনগে, ময়ুম মকৈ পালহনগে হায়রেদনা।

হন্দক্তি রাধামণি শাওনিংলকই। অদুবু তথি তথি হেক খুম্বসু ঙমজদে। থৌনাসু লৈতে। কহ্নাইগী মফমদা মহাক মশাসু খঙজদবা ব্যবহার অমদি লোত্তুনা লৈরিবগুম খল্লি। লাইরবনা-ইনাকখুনবা মীদা য়েংবা মীৎয়েং অদুরা হায়বা মহাক ভাব তাবা ঙমদে। অদুবু কহ্নাইগী ম্রাঙাংদা খাঙবা ঙম্বগী শক্তি ম্রাংমদা লৈবগুম অমুক অমুক থম্মোয়দা ফাওরকই। কপনিংলকই। কপনিংবা ফাজিন্নবা অমুক

হোৎনৈ। তপ্লা হায়রকই,

– তাইবুঙো, ফাগীসি খরদি হাকমল্লেকো।

– ঐনা নহানমখে নঙোন্দা হায়রিবসে ফাগীনি খনবরা? ঐ ফাগী তৌদে। অশেংবনি।

হন্দক্তি রাধামণি থৌনা অমা লাকই। খঙহৌদনা হায়রকই,

– তাইবুঙো, অহলসু ফনা ওইরে। রাসি সুম হেল্লিন্নকলবদি ব্যবহার কায়নরক্কনি।

কহ্নাই নোকফেৎ তৌই। মসিগুম্বা রাঙাং মঙোন্দা অনৌবা নত্তে। মমৈদা মানা লানঙম ফিরাল পায়খিবা ঙাক্লি খল্লি। তপ্লা তপ্লা অশাওবা পূম্বা ইংথরক্কনি। রাধিকানা কৃষ্ণদা শাওজবগুম। অদুনা কহ্নাই করিমতা নিংঙাইদে। মদুগী মহুৎ রাধামণিগী বুপ বুপ লাউরবা হকচাংগী মফম খূদিং য়েংলকই। খল্লকই - ইনখৎলক্লিবিগুম হকচাংগী কায়াৎশিং ঈরাংগী ইপোম হৌরি। নোক্তুনা হায়রকই,

– নঙনা ঙাঙনিংবা ঙাঙউ। চৈনিংবা চৈয়ু। ঐদি করিমত্তা শাওরোই. অদুবু নঙদি শাওরগা হেন্নদুম ফজথোকই।

রাধামণি ঙাঙফম খঙলক্তে। লৈরঙগী নাকন্দা লৈরিবা তম্বায় হেন্না য়াওরিবা অচাথাও লিক্লিদু পায়খৎতুনা দুকানলোমদা চৎনবা হৌগৎলকই। কহ্নাইসু হৌগৎ হৌগৎনা হায়রকই,

– অদুবু রাধামণি নঙসু খরা খল্লু। ঐ নঙনা অপাম্বা খূদিং পীবা ঙমগনি। চৎলগে। নঙ খল্লম্মু।

পাউখুম ঙাইদনা কহ্নাই থোকখি। চিনি য়াওদবা চা অদু থকখিদরে। মখোঙ নাম্মা চিংলপ-চীং লেন্না থোকখিবদু রাধামণি ভাবমেন তাদনা য়েংহৌই। অদুদগী স্বর অশাংবা অমা হোন্দোকলগা ফান্দা ফমথরকই। রাখলনা ঙৈহাক উংই।

কহ্নাইসু স্বর অশাংবা অমা হোল্লি। থোংনাও মপাদা হৌরিবা উ-রাশিং থাবলগী মঙালদা মুশুক মুশুক লৈরিবদু য়েংই। লৈচিল পক্তবা তশেং তশেংলবা আতিয়াদসু। লৈগী মনম কা মনুংদা চঙলকই। রাধামণিবু নীংশিংলকই। থোংনাও ময়াদা, থাবলগী মঙালদা লেপ্তুনা মঙোন্দা নোকলক্লিবগুম তৌই। ঙৌরবা তবোপ তবোপ্না হকচাং থাবলদা মফি অমত্তা থোংদনা। কহ্নাই মুন্না য়েংই। মশাদু হমাংনা মরিক মরিক কারকই। হৌগৎকে তৌবদা মশাপূম্বা চৈনা ফাওরকই। হৌগৎপা ঙমদে। থোংনাও ময়াদা লেপলম্বা শক্তম লৈরমদরে। মমিৎ অমুক উইশিল্লি।

রাধামণি হান্নগী শাজৎতগী খরদং হোংবগুম তৌই। ইকাইথিবা শক্তম অমসু কহ্নাইগী মমিত্তা উই। হান্নগুম হেক উবগা মাবু কৌ-খোৎপা তৌদে। কহ্নাইবু উবদা মফি মরোল পংলোইদা লোইশিনবগুমসু তৌই। ঙৌরবা মায়থোংদু তঙাং তঙাংশিল্লি। অদুগা খৌরি চরম মখাগী অকুৎপদা, নাতোম্দা থিনবা চন্দন অমুবদু হান্নদি ময়েক শেংলম্বনি। হৌজিক্তি মশেন মরাংনা উবগুম তৌরে। কহ্নাই মসি পুম্বা উরগা চিনবান্দা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদগী হেন্দোক্নুনা থম্মোয় পুম্বা মথুম মরাং হৌই। ঙসি হুমনিগী মমাংদা, নুংথিল তান্নক্নু মানা হায়রম্বা নীংশিংলকই।

– রাধামণি, য়াওশং নুমিত্তি কাইনদা লাই খুরুম্নুসিকো। বসন্ত রাসসু য়েংলকসি। শোয়বা য়াদে।

পাউখুম ঙাইরমদনা থোরকখি। রাধামণি মাবু তিংঙক তিংঙক য়েংহৌই। মপৃক্লিংনা খল্লি – হন্দক্তি মহাক শোয়দনা য়াগনি। অমুক অনীরক্তা হায়বদা মবুক ওন্নককনি। নুংঙাইনা হিংনিংদবা কনাবু য়াওবগে?

মমিৎ পাঙথোরকপদদি থোংনাও থিংজিন্নমলে। মদুগী মহুৎ ইলেক্ট্রিকী থাউমৈনা পুমঙাল ঙান্নম্রে। নাল্লবা শংবানবা ফক্লাংসিংদগী মঙালনা থক্তোরকই। অমুক কৃষ্ণগী অয়েকপা থেৎলিবা ফক্লাংলোমথংবদা চেপ্পবা হোৎনৈ।

– হৌগৎলেদনা। তপ্না তৌবিয়ু, ঐ পায়গে।

মাগী নুপী অতোনবী সখিতোম্বীনি। মশা পায়দুনা চেপহল্লি। মমায়দু হেক ওস্থোকপগা কৃষ্ণগী মমিৎকা মীৎচানরুই।

ননাইগী নিংজবতদি থুংহনবীয়ু। ঐবু অসুম্না থম্বীগনু, ভগবান।

অমুক সখিতোম্বীদা য়েংই। অদুঙৈগী ফজবদি মাঙদ্রি। শাংতক শাংতক তৌবা খুৎ-শাশিংদুনা লৈ-লৈদুনা জগোয় শানা মহাক্না বাশক শকপদো কহ্নাই অমুক নীংশিংলকই। শেল কয়া থাদুনা মমৈথংদা মাগী ওইজবা ফংখিবনি। শকফমদু হৌজিকসু থোইনা হোংদ্রি। নোক্নুনা হংলকই,

– তুম্বা য়াদ্রবরা?

– তুমদে। তুম্নগা শিরম্নবদি।

– হায়হৈদেদা, করিগী শিদৌরিনো?

– ঐহাক শিনিংদে। শিবা কি।

– নুমিৎ খরনিদং নাবদা পূকচেল অদুক পিকপা। নুপা মান্দেদা। ডাক্তরনসু করিসু তৌরোই হায়রি। নশা নানগে। তুম্বা থেম্বীয়ু।

সখিতোম্বী নক্কা ফমদুনা মোল্লবা মখূৎতুনা মশাপূম্বা তপ্পা তপ্পা নমবোই নানবোই তৌই। কহ্নাই সখিতোম্বীদা অদুম্মক মুন্না য়েংই। নোকই। সখিতোম্বীসু নোকফেৎ তৌই। কহ্নাইনা মখূৎ অদু পায়শিল্লি।

– করি তৌরে?

– কৈশু তৌদে। ঈশৈ অমত্তং ঙংলকউদনা।

– মনশিক্ষা শকলকউরা?

থৱাই তানা নোক্তুনা সাখিতোম্বীনা হংই।

– জয়দেবগী ঈশৈ শকউ। কেশবকুঞ্জদা রাধানা কৃষ্ণদা ওইনবগী মতাংদো।

– নারবসু অদুগুম্বা ঈশৈগসু তানিংলিবোইরে।

অমুকসু নোক্তুনা হায়রকই। অদুগা তপ্পা ঙংবা হৌরকই। কহ্নাই মমিৎ উইশিন্দুনা তায়। অসুম অসুম ঈশৈদুদা ৱাখল লূপলকই।

রাসলিলাগী পুংখোল তারকই। এসরাজগী মখোলগা লোয়ননা সূত্রধারিনা অহিকপা খোঞ্জেলদা বসন্ত বর্নন তৌরকই। কহ্নাইগী পূক্লিং পূমশুম শুমলি। খোঞ্জেলদু অমুক তপথরকই।

– করি তৌরে লেপ্পবদি?

কহ্নাই মঙগুন্না হংই। অমুক শক্কৎলকই। খোঞ্জেন্দু ফাজিল্লদুনা।

রাধামণিগা মাগা মখোয় অনিতা কারদা ঙারিয়ানগী চীং লম্বীদা চৎমিন্নরি। কাইনদা লাই খুরুম্বা। রাসলিলা য়েংবা। রাধামণি মনাক্তা নক্কা ফম্রি। নোকফেৎ নোকফেৎ ফজরবা মমিৎ অদুনা মঙোন্দা অমুক অমুক য়েংলি। মায়থোংদু মকা লামলি। কহ্নাইসু মঙোন্দা য়েংই। নোকলদুনা। থম্মোয় পূম্বা নুংঙাইবগী ঈথক হৌরি। য়াওশং নুমিৎকী মমাই পাক্লবা থানা ঙারিয়ানগী চীং মরুমদগী লিংখৎলক্লি। নোংচুপ থংবা চীংশাং পরেংদনা নুমিৎকী ঙাংলৈনরবা নোংজাবী মচুনা মালেম পূম্বা চায়থোরক্লি। রাধামণি থম্মোয় পূম্বা নৌথোকপগুম তৌরি। কহ্নাইগী মরেংজুমদা পায়দুনা জয়দেবগী ঈশৈ শকলকই —'অৱা-হুমাং মরিক্কা, লাইবক পুন্নং লংলিবা, তৈথোকপিয়ুবা নুংশিবা নখূৎনা।' এসরাজগী মখোল তারকই। কহ্নাইসু ষ্টারিং পায়রি হায়বা কাউথোক্তুনা রাধামণিগী মমায়দগী হুমাং মরিক মরিক তৈথোকপি। থংনবা মীৎকুপ্তদি কহ্নাই খঙলকই-গাড়িদু য়াংনা লোক্তা চেন্থরক্লি। মশা পূম্বা শায় লাওই। মাইকৈ পূম্বা পুম্মম মমখি। ঈশৈ অমদি যন্ত্রগী মখোল পূমলেপ লেপখরে।

অয়ুক অঙনবদুদা রাধামণি লৈরঙ মৈ থাগৎতুনা হাথু হাথু চা লোনখৎলি।

শীঙদুসু ইচাক চাক্তে। মপুক্লিংদা খল্লি - চা থকপা মীদি লাকনরগনি। ফক্লাংগী লৈবাক য়াওব্রবা ব্লাচেৎ অদু থেক্তুনা লৈরংদা ইনশিল্লি। মদুদতা মৈরীদু খরা চাকখৎলকই। তাঞ্জাদুদা পুং ঝালগী মখোল তারকই। কপ্পা লাওনবসু। মমাংগী লৈরকতগী অশিবা পুথোরকপা মাল্লি। কনা ওইরিগদগে ঙৈহাক খল্লি। অদুবু কুইদে। গ্লাস চাম্ব-, বোরা হৌনবা বেশন তোৎপরোমদা পুক্লিং চিংশিল্লকই।

– মীওইবা হায়সি তম্বা ঙমদে। শিগনি থাজদবা মীসু হেক মশি।

ঙাঙ ঙাঙদুনা নুপা অমা ফানদুদা চা থক্লবা ফমথরকই। রাধামণিসু থোইনা থৌশাদনা হংই,

– কনানো লৈত্রিসিনা?

– তাইবুঙো কহ্নাইনি। য়াহৌরকপদা ফমুংদা শিদুনা লৈরম্মাল্লে। থাজখিদরে।

রাধামণি কদোমদগীনো খঙদে মশা পুম্বা শ্বায় লাওই। ঙৈহাক নুংবংননা ফান্দা ফম্মী। নীংশিংলকই-য়াওশং নুমীৎতা কাইনদা চৎপগী ব্লাদু। পুং ঝালগী মখোল হৌনা তাবা হেঙ্গৎলকই। ○

*নভেম্বর ২, ১৯৯৪ ইং*

# ভাবনা শাগৎপা ৱারী

বন্দ নুমিৎনি। ইম্ফাল সহর মী ইতাক তাকই। সরক্তা গারি অমত্তা চেন্দে। ইচিক চিকই। মথোল মরি ৱাংবা হোতেলগী অহুমশুবা মথোলগী মতাই ইথং থংবা কা মনুংদা প্রকাশ রাও ফমুংদা ফৈজুপ চিংখৎতুনা হিপ্লি। তৃম্বা নত্তে। ফোটোগ্রাফিগী মেগাজিন অমা য়েংলি। অদুগা কাদুদগী তপথোক্লিবা পীক্লবা মাঙ্গোলগী রেলিংদা ঙারদুনা নির্মল দাস খুন্তাক লানশিবা মাল্লবা ইম্ফাল সহরগী শক্তম দলাল মথক্তুদগী য়েংলি। অকোয়বদা উরিবা দলালশিং ইমন মন্না ইমোৎ মোৎনা উরি। মরক মরক্তা উ পাম্বীশিং খরা হৌরিবশিংসু মনা ইকং কংলদুনা শিরুম নারুম উরি। য়ুমথক্তা পার্ক মচাশিংদা শাৎলিবা লৈশিংসু উফুল ইথাং থাংলদুনা মচু মমেন অমত্তা থোক্তে। নির্মল দাস করিসু য়েংনিংঙাই লৈতে। অদুবু নিংথমথাগী ৱাউরি ৱাউরি তৌবা নুংশাদু য়াইদুনা রেলিংদা ঙাথদুনা অদুম লেপই।

প্রকাশ রাও মেগাজিনদু ফাক্কৎতুনা ফোটোশিং অমমমতং কৃপ্না য়েংই। মচুশিংগী কম্বাইনেসন, লাইট এন্দ সেদ, থিম, টেকনিক পূন্নমক। অদুদগী ইথোপিয়াগী ইকঙদা চানিংঙাই লৈত্রবা শরূ ঙাক্তা ঙায়রবা নুপী অঙাং কয়াগী ফিবম কাইরবা ফোটো অদুদা মুন্না য়েংলকই। মানা য়েংলিবদি তুখোঙসিং ময়েক শেংনা উবা, শরূশিং মশীং থীবা য়ারিবা কেমেরাগী ময়েক শেংবা ফজবদুবুনি। মখোয়গী ৱারবা পুন্সিদুবু নত্তে। তোংশা য়াওদ্রবা মুশিন মুবা উনশানা কৃপ্না মীওইবগী থীরবা মশকপুনি।

মেগাজিনদু খুমজিল্লগা মাগী শাংলবা দিল্লি দূরদর্শনগী কেমেরামেন ওইরকপগী পুন্সিদা মশানা নমখিবা ফোটোশিং, ডোকুমেন্টরি ফিলমশিংদা খ্বাইরম্বন্দ বাজারগী নুপী কৈথেল – মণিপুরী জগোয় অমদি সংস্কৃতি পূন্নমক নম্রিবসি তোপ তোপ্লা অমনি খল্লি। মমিৎতা পূন্নমক অহিংবগুম উরকই। লমদমসিগী তোপ তোপ্লা নুপীগী পুন্সিবু চাওরবা কলা অমগুম খল্লি।

'প্রকাশ, করিনোমা য়েংলরাও। কেমেরা পায়রকউ।'

নির্মলনা খংকৌ কৌরকপদা প্রকাশ মঙফাওনৈ। ফমুংদগী হৌগৎতুনা মপান্দা

কেমেরা পায়দুনা থোরকই।

'তু, আদগী য়ূমথক্তা লৈরিবসি য়েংউ। মসিসু ঙসিগী বন্দ অসিদা ফোটোগী কলা অমা ওইবা য়াই।'

নির্মলনা খুদোম্বী থিল্লিবা মায়কৈদা প্রকাশ য়েংই। খাইদগী ৱাংবা দলাল অমগী য়ূমথক্তা নুপা অমগা নুপী অমগা ফম্মিন্নরি। য়ূমথক অদু খাজিন্দে। মপান য়াম্না নক্লা ফম্মিন্নরি। থওইনা য়েংখৎলুদ্রবদি মখোয় অনীবু কনানসু উরোই। মফম ইরৈ লৈতবদৌনা ৱাংলবা য়ূমথক অদুদা নুংশা য়াইদুনা চিক্লা করি ৱারী শানরিবনো হায়বা প্রকাশসু খল্লি। ঙৌরপ তৌবা আতিয়া, চেপথরপ তৌবা অমেঙবা নুমিৎ, অমনবা দলালগী মতোনশিং অদুগা অঙাংবা শারিগী ফিজোল শেৎপী নুপীদুনা নুপাদুগা য়াম্না নকশিন্ননা ফম্মিন্নরিবা অপূম্বা কেমেরা থাঙ্গৎতুনা প্রকাশনা এঙ্গল অমা থি। শাংলবা লেন্সতু শেমদুনা কুইনা য়েংঙি। অদুগা ফোটোদু কাপ্পি।

'অসুন্না, ফম্মিন্নরম্বদগী নুপা অসিনা নুপী অসি মখাদা ইস্থরক্লবদি. . .?' নির্মলনা হায়রকই।

'মদুনা অমুক নঙগী করম্বা ভাবনা শাগৎপা ৱারীনো?'

'কনানা খঙনি – মসিসু থোক্লোই হায়বা। পুন্সিসে তম্বা ঙমদে।' অমুক নোক্কুনা মখা তারকই—

'সিনেমা দ্রামা ওইরবদি নহাকসু কলাগী ফজবা পোৎথোক অমনি হায়গনি। হায়রোইদ্রনে? থোকহন্নিংদবা থৌদোক অমা থোকপগী পূক্নিংদা হায়ফম খঙদবা করিনোমা ফাওই। মসি নুংঙাইবগা য়াম্না নকশিন্নে। আর্টিষ্ট খুদিংনা মসিগুম্ববু থি।'

'অদু ওইরবদি ইবানি নুপা অসিনা নুপীসিবু ইস্থরকপা ঙাইবা তারি।'

প্রকাশসু নোক্কুনা খুম্নকই। নির্মল মখা তারক্তে। হোটেলদুগী মখাদা লৈরিবা মী অমত্তা চত্তবা সরক্তু য়েংই। সরক্কী নাকন্দা থেলা গাড়ি ময়াম পৈদুনা লৈরি। মদুগী মথক্তা পুলিস অনী অহুম ফমদুনা ৱারী শানরি। বিরি মচৈ অমমম চিংলদুনা। নির্মলনা খল্লি – মখোয় অনীসিনা ফম্নিবসি পুলিসশিংদুনা উরমগদ্রা? উরোই। থওইনা য়েংখৎলবসু মফমদুদগী উবা ফংলোই। নির্মল নুংশাম্বর হোন্দোকই। প্রকাশতগী কেমেরাদু লৌদুনা মাসু লেন্স চিংশিন্দুনা য়েংই। নুপীদু য়ুংখৎপদা ঙায়রিবা বিলামাতিগী অহৈবা উখোং অমদা ঙারি। নুপাদুনা মখূৎও মশাও করিগুম্বা খরা হায়রি। ঙৈহাক য়েংলগা কেমেরাদু প্রকাশতা পীনা পীনা মমায় লৈথোরকই।

'নহাক ঝুরিয়াবু খঙঙিদনা?'

'কনানো ঝুরিয়া হায়ববু?'

'হোটেলসিদা ৱাই হেক হেক শিৎপি নুপীদো।'

'ঝুরিয়া কৌব্রা? নঙদি মীংগা য়ান্না খঙলম্মীনা।'

'ঐনা কৌবা মীংনি।'

'ৱাইশিৎপিদু কেদৌরবা?'

'মহাক্কীসু নুংশিনবা নুপা অমা লৈ।'

কুচু মুবী, মশক থীবি ৱাইশিৎপিদু মমিত্তা উরকই। নুপীদু লৈশাবী ওইরমগনি হায়বদি ফিবমদুনা মহাক থাজদে। চহী কুনগী মথক ওইগনি। ঙাংলি ঙাংলিবা মশম অদু মপুন্সিদা অমুক্তং হাৎত্রিবগুম ইফা ফাই। লৈশাবী ওইরম্বা য়াবা হায়ববু ফারবা মশম মরক্কুদা শিন্দুর মচেৎ অমত্তা পক্তবদুনি। মোৎখ্রবা, থীগ্রবা মশক অদু নীংশিংলকপদা প্রকাশ নোকনিংলকই।

'নঙগী ৱারীগী হেরোইন ঝুরিয়ানা ওইগদৌরি নত্রা?'

'সিনেমা দ্রামাতবু মশক মতৌ ফজবা ফজবী ঙাক্তনা ওইবনি। পুন্সিগী লীলাদি মখোয়সু অচৌবা পার্ট অমা কৃন্নিবনি। মখোয়গীসু ফজগ্রবা মঙ কয়া লৈ। মঙশিংদুদা মখোয়সু হিংলিবনি।'

'হোয়নে। ঝুরিয়াগী নুংশিনবা নুপা অমা লৈ। মহাকসু ৱাই শিৎপনি। মখাদি?' প্রকাশনা নোক্তুনা শমজিল্লকই।

'থেলা ইনবরা – পানিৱালারা – ৱাইশিৎপরা অমা হেক্তা ওইবা য়াই। অদুবু মহাক ঝুরিয়াগী চহী লেঙ্গানি। কুচু খরা মুজরবসু ফিবম মুর্ত্তি ফৈ। মখৃত্তা ঘরি শি। পৈশাদি খরা তাঞ্জরবা মীওইনি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে – মখোয় অনী নুংশিনৈ।'

'ৱারী লোয়রে।'

'অদুবু, হন্দক মরক ঝুরিয়া মথ্বায় নুংঙাইতে।'

প্রকাশ নোকপা তোকখি। নীংশিংলকই – নুমিৎ তরেৎ নিপান্নিগী মমাংদা মখোয়না হোটেলসিদা থুংলবা মতমদা ৱাইশিৎপিদু নাতোন নাকচিগী নাশিকাদুগা নোকফেৎ নোকফেৎ খোয়জংনা হেক হেক ৱাই শিৎলম্মী। অদুবু ঙসি নিনি হুন্নিদি ইশুকতা শুকথনা মথ্বায় ইনুং নুংঙাইতনা উই। ৱাইগা শিৎপদু খোয়জংদে। প্রকাশকী মমিৎতা হান্নদগী অমুক্তা হেন্না মশক্কু থীজিন্না উই। প্রকাশসু খুন্নকই –

'ঐসু মদুন্না খল্লি।'

'অদুনা ঝুরিয়াগী পুন্সিবু, ৱারীবু ঐনা অসুন্না লোইহন্নিংই . . .

ব্রাহৈশিং অদু লোইরম লোইফাত্ত্রিঙৈদা প্রকাশনা খংলাও লাওরকই –

‘নুপী অসিবু মখাদা ইম্থখরে। নুপাসি কন্না চেল্লিবসি য়েংউ।’

নির্মল থৌ ব্রা শাদনা মমায় লৈথোরকই। মানা য়েংখৎপদদি নুপীসু নুপাসু অনীমক লৈরমদ্রে। মখাদা অমুক য়েংথৈ। পুলিসশিংদু হৌজিকসু ফমদুনা মখোয় মশেন ব্রারী শানরি। প্রকাশতু কা মনুংদা চঙখিগে তৌবদা নির্মলনা হংলকই –

‘কদায় চৎকদৌরিবনো?’

‘পুলিসতা তাকপা।’

‘নঙ সাক্ষি ওইবা ঙমগদরা? নুমীৎ কয়ানি মফমসিদা নহাক লৈখিনি?’

প্রকাশতু মখোঙ থাংলম্বদগী খঙলেপ লেপই। নির্মলনা নোক্তুনা হায়রকই –

‘নুংশা য়াইদুনা অদুম মরৈয়ু। উরিবা য়েংলিবা অসি মঙাই।’

‘ঝুরিয়াগী পুন্সিবু করম্না লোইহন্নিংবা?’ প্রকাশতু ইহৈ হৈনিংদনা হংলকই। নির্মল হান্নগুম অদুম নোক্লি।

‘হৌজিক্তি ঐসু ভাব তাবা ঙমদরে। অদুবু মীগী মশক খঙবা য়াম্না লুই। পুন্সিসি শম্নদে। কদায়দগী হৌরগা কদায়দা লোইগদগে খঙদবা খোঙচৎনি। য়াম্না তমঙমদে। হৌজিক্তি নমথিরবা গলিগী অমোৎপা মরক্তুদা নুপী অদু শিরম্নগনি। নত্রনে।’

প্রকাশ খুমদে। নির্মলসু মখা তাখিদরে। নুমীৎসু অৱাংবা দলালগী মরুমদা অসুম অসুম লৈথরকই।

নুমিদাংদা ডাইনিং হোল তম্না প্রকাশকা নির্মলগা ব্রা মচেৎ অমত্তা ঙাংনদনা কুমথরকই। চান-থক্কবা য়েংশিল্লম্রিবা মেনেজরনা মখোয়নিবু উবদা হায়রকই –

‘বন্দ নুমিৎ অসিদা ওস্প্লোক্লা নুংঙাইখিদ্রবা থৌদোক অমসু থোক্লে।’

‘করি থোক্লবগে?’ নির্মলনা হান্নগুম থৌরা শাদনা হংলকই।

‘ঐখোয়গীসিদা ব্রাইশিৎপি নুপীমচাদু দলালদগী মতোমদা চোংথদুনা শিরম্লে।’ প্রকাশ ইঙক ঙক্লা করিনোমা হায়গে তৌই। অদুবু নির্মলনা তুমিন লৈনবা ইঙ্গিৎ তৌই। প্রকাশ ব্রা মচেৎ অমত্তা কাংথোরক্লে। নুংঙাইতবা মচেৎ অমত্তসু উৎতনা নির্মলনা মখা তারকই –

‘পোষ্ট মোর্তেমগী রিপোর্টতদি অতৈ করি হায়বগে?’

‘নুপীমচাদু মীরোম্লে। হায়বগুম তৌই।’ মেনেজরসু ভাব তাদনা শ্রু শ্রু নৈশিনখি। নির্মলনা খজিক্তং নোকখিবদু প্রকাশ উহৌই। ডাইনিং চৌকিদা ফমথৈ।

মায়োক্লবা ফক্লাংদা থেংলিবা মৈরা পাইবী নুপীশিংগী অয়েকপা লাইদুদা য়েংই। প্রকাশতা ওনশিন্দুনা নির্মলনা হায়রকই – ‘হৌজিক্কী মতমদদি ভাবনা শাগৎপা ৱারী হায়বা অমত্তা লৈতে।’

নভেম্বর ১১, ১৯৯৪

